অকোংবা—

শ্রীকোইজম ইবোমী সিংহ

ওইনাম বিঙেল,

ইম্ফাল.



অহানবা কোওবা

১৯৫১ ইং

অনবা—

শ্রীরাসবিহারী সিংহ

ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,

ইম্ফাল

## ৱা অমতং

উপন্যাস অনৌবা অমা কোংবগীদমক ৱাহৌদোক ইনিঙঙাই করিসু লৈতে। অদুবু মরম অমা লৈবনা ৱাহৌদোক মচাসিনা ইজরি। মদুদি, উপন্যাস অসি ইবগী মতম অদু তুংদা সাহিত্য-মুক্তোইবা কনাগুম্বা অমনা খংনিংলকপা য়াই। লাইরিকসি ইং কুমজা ১৯৪৬-কী চৈয়াইদা লেংখিবনি। অদুবু মাগী মমাং থাগী লাইরিক অতৈ হায়া ফোংনিংবদগী মসিবু নমশন্দুনা থমজল্লুরে। হৌজিক মাগী মতাং থোরক্লুনা ময়ামগী মমাংদা পুথোকচরবনি। মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাং-লৈরেল্লক্তা তিনবা য়াত্রবসু লৈরাং-লৈশীং মথেল অমা হেলহনবা য়াগদয়া হায়না নিংবিজুনা মৈতৈ-সাহিত্য লৈকোমুংগী মুক্তোই-লৈথিবশিংনা মুংশি-মিৎয়েং তাবিয়ু হায়না নিজরি। ইতি—

থোজবা
শীতলজিৎ

ইম্ফাল,
তাং ১১। ১১। ৫১ ইং

# নুংশি-বাখৈবা

১

শ্রী থিয়েটরগী মেনেজরগী কাদা, নারাণসিংনা মেনেজর ওইহুনা করি করবা লীলা শাররিগে হায়রুনা লাইব্রিক খন্দুনা মমাংদা লাইব্রিক খরা চৈথাইহনা লৈরম্মী। মনাক্তা রাধাচরণগা চন্দ্রাদেবীগস্থ চৌকি অমমমদা ফমহুনা লৈরম্মী। নারাণদি তুমিন্না লাইব্রিক য়েংহুনা লৈরম্মী। রাধাচরণ-না চন্দ্রাদা বারী শাবা হৌরম্মী— ইবেম্মা, হন্দক্তি লীলা খরা নিংথিনা শাররসি।

মোমোন মোমোন নোক্লহুনা চন্দ্রাদেবীনা খুমকই— তাদা, ফনি। অহুদা রা অমা লৈনে।

করিনিনা ইবেম্মা?

ঐখোয়দি মখোয়গী আঃ হুঃ দাগা থংবা নত্তে। অহুনা খরারা বাওর্নবস্থ লীলা পাম্‌বা ওলোইনে।

চন্দ্রাগী বাসি তাকপা অনেকসি নারাণ-না খুম্মী— করি বানো চন্দ্রা, নংনা তৌগে নিংলবদা করি হৌরগদি। ফরেদি অমা নখম্ন থক্তে শানি।

হো হো অদুনি হায়না রাধাচরণ-না রা নোৎশল্লম্মী। চন্দ্রা দেবীনা মোমোন নোক্নুনা তারম্মী। নারাণ-না অদুদগী হায়রকই—হন্দক্তি রাম-না বন চৎপা মতাং অদু শান্নসি। য়েংউ, মদুগী লাইরিকস্ু লৈরে।

অসি হায়দুনা নারাণ-না রাম-না বন চৎপা হায়বা লাইরিক অমা রাধাচরন্দা পিরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা কনানা লেংবা লাইরিক্নো হায়না হংলম্মী। অদুদা রাধাচরণ-না খুম্মী—ঐনা লেংখিবা অদুনি।

অদুদি তাদদা য়েংহনবগী মরমদি?

য়েংহনবা নত্তে, অশুম চুন্না পিবনি।

নারাণ-না অদুদগী চন্দ্রাদেবীদা ওন-শন্দুনা হায়রম্মী—চন্দ্রা, হন্দক্তি য়াম্না হৈনা তৌদো। অরা-মুংঙাই অনিনা পুল্লবা পুক-চেল অদু মতম অমতদা উৎকদবনি।

য়াম্না ফনি মেনেজর বাবু। অদুক হোৎনদুনা য়েংবা হায়দুনি। লাইনা তম্বা অমদি লৈরম্লগনি।

নংনা করিগী রাক্নরি। লাইরিক লেংবা মশামক্না মানা পামজবা রাহৈ-রাতা হাপদুনা ইবা লাইরিক্নি। অদুগী মথক্তা মশামক্না রাম শাগদৌরি, নত্তে নত্তে রাম-মক ওইদৌরি।

রাধাচরণদা ওনশন্দুনা অমুক মেনেজরনা হায়রকই— বাবু, য়েংওই, হন্দক্তি লীলা অসিদা শ্রী থিয়েটরগী চহি অমগী শেনফং অমুক্তদা ফংনবা তৌগদৌবনি।

কদাইদগীনোদা মেনেজর বাবুনা হায়বিরিসিবো? লীলা

অমনা লীলা কুন-মুক্কী শেম্থোক থোকহনগদবনি হায়হুদি কনাগী শক্তিনো ?

করিনো রাধাচরণ বাবুনা হায়রিদুবো ? নশানা লাইরিক লেংজরে অদুগা অমুকস্থু নশানা চোংথোক্কুনা মরু ওইবা পার্ট লৌদৌরে। অদুদবু ?

চন্দ্রানা হায়রম্মী— মেনেজর বাবুনা ভাব তাবিত্রে। তাদদি রাম শাবদা মপা লৈতনা শাথিনি। ভাবোক্না শোইদনা অযোধ্যাগী রাম হায়দু অসিরা হায়নি। অদু হায়গে হেক তৌরকপদা সীতা শারিবী অদুগী মতৌনা রাম-সীতাগী মচুত্তা তাদা রাধাগা ঐগদমক উরগনি। অদুদদি মতুংদা অমুক হন্না শান্নবদা কদাইদগী ভাবোক লাকপিগনি হায়গে ?

রাধাচরণ-না অদু তাবদা হায়রম্মী— মী চাওরক্লবা হায়ববু রা ঙাংবা কয়াদা হৈরবনোসে। হৈয়ু হৈয়ু, অদুম্নদা লীলাদস্থু হৈবিয়্ন, মদুদগী হেন্না করিমত্তা পামদে।

মথোয় অনিগী য়াসি তাবদা মুংঙাইরদুনা নারাণ-না নোক্ল নোক্লদুনা হায়রম্মী—

নখোয় অনিগী য়াসি তাবদা ঐ লীলা য়েংবগা চপ মান্ননা মুংঙাইরে। অস্তুম্নদা তৌবিউ, শোইদনা ঐগী শেল তাগনি।

রাধাচরণ-না খোইরুম তৌনা ফাগি ওইনা মেনেজরদা হায়রম্মী— মেনেজর বাবুনা পৈশা ফংনি হয়াওরি। হেন্না ফংলগা ঐখোয়গী তলবত্তি করিস্থু হেনবিদৌবা লৈতে।

মেনেজর নারাণ হায়বা নিপা অসি খিত্তদা থুনা শাওগন্‌বা জাৎনি। অদুনা রাধাচরণগী য়াসি তাবদা থুরম্মী— মদু নখোয়না

উফম থোক্কে। ঐগী লীলা লেপ্পা কালদা নখোয় তশব লৌবি-দবরা নত্রগা তাবিব্রা ?

মুংঙাইসি হায়দুনা তৌবনিদা—অসি হায়দুনা রাধাচরণ-না থেমজল্লম্মী। চন্দ্রানা অদুদগী ফুক হৌগৎতুনা হায়রম্মী—ঐখোয়গী রা ঙাংনবা লোইরেদনা, য়ুম হন্নবা য়ারেদনা!

মেনেজরনা— য়ারে, কায়নরসি।

অসি হায়নদুনা মখোয় লোইনা হৌগৎনদুনা চৎখ্রে।

২

চন্দ্রাদেবীগী য়ুম্নি। রাধাচরণ-না লীলা তম্বা চৎসি হায়দুনা হৌবা লাক্লম্মী। চন্দ্রানা ঙাইহাক ফমখিসি হায়দুনা অদুগা রাধাচরণ-নসু ফমনিংদুনা ফমথরম্মী। মখোয় অনি চুরুপ অমমম পায়নরদুনা পুক্নিং-লুপ্না রারী-রাত্তাই শারম্মী। রাধানা হায়রম্মী—

চন্দ্রা, থেংথ্রবদি মেনেজরনা শাওগনি।

শাওনিংলগা শাওশন্থু! নিপানবু অদুক য়াম্না কীবা হৌ-নদেদা!

তৌন্থু তৌন্থু চন্দ্রা, মীগী তশব চাক্করগা—

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন মোমোন নোক্লগা রাধাচরণরোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদা রাধাচরণ-না অমুক হায়রকই—করিনো মীনা হায়রগা নোকুনা লৈরিসিবো ? ঐনা হায়বা রাসি মুম্না থন্নু, ঐখোয় মীগী মনাইনি, মপু য়ানবা চৎকদবনি।

মপুনি হায়দুনা পংতৌ তৌবা য়াবরা!

করিবুসু তৌগবা, মাসু বিচার লৈবা মীনি!

চন্দ্রাদেবীনা অহুদগী ইমুং চংখ্রগা হিদাক হান্নকই অহুগা পানা তপ্ন-তপ্না রাধাচরণগী মনাক্তা ফমদুনা ৱারী শান্নম্মী—তাদা, শ্রী অসি থাদোক্লাসদো।

কদাইদা য়াওরুনি অমুক ?

য়াওব্রবস্থ য়াইদনা।

মুংশিং ফাদুনা চাগব্রা ?

চন্দ্রানা মোমোন নোক্লগা শংত্রিক শংনা য়েংদুনা মিৎ য়াওনা নোক্তুনা লৈরম্মী। রাধাচরণস্থ মাগী দুগা চপ চাবা মায়থোং উৎতুনা য়েংমিন্নরম্মী।

রাধাচরণ-না হায়জরিবসি তশেংবনি মহাক্তি অদুক য়াম্না ফীভম ফবা মীওই নত্তে। চন্দ্রাদেবীদি ইশৈ তৌবীনিনা শ্রী থিয়েটর থাদোক্লবস্থ ইশৈ-নোংমাই শক্তুনা মবুক থনবা ঙমজবা মীনি।

ঙাইহাক য়েংনরে হায়রগা পানা মতপ অমা চাও হায়দুনা রাধাচরণগী মখুত্তা লাল্লম্মী। অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই—তাদা, অদুক য়াম্না তোম্না থনবা হোৌনদে। ফন ফব্রবস্থ নিপানি।

অং, নিপানি। অদুবু মীওইবা হায়বসে তক্ষম থংদে চন্দ্রা।

অদুদি ঙাইথো তাদা, করিগুম্বা·········হায়ররোইদা।

রাধাচরণ-না ঙক্লম্মী। চন্দ্রাদেবীনা খোইরুম তৌদুনা লৈরম্মী।

রাধাচরণ-না—হায়য়ু করিনো ?

তুজুংবা রানিনে তাদা।

অদুবু হায়য়ু করিদোগে ?

হায়ক্লরগা অমুক—

হায়রগা নংগী কায়বা লৈবরা চন্দ্রা ?

লৈতে, তাদগী লৈনে।

ঐগা অকায়বা, ঐগীবুদি কায়জসন্ন।

ছুম ফত্তেদা হায়ররোইদা।

হায়য়ুদা ইবেম্মা, হৌরগা তোকপা চুমদে।

চন্দ্রাদেবীনা পানা মতপ অমা তপ্পগা মহাক মথন্তা চারম্মী। অদুদগী পানা মহি য়োংশল্লগা হায়রকই— তাদনা য়াম্না তক্লবদি হায়রবা হায়ত্নি।

হায়য়ুনে করিমতা চিংনগন্নু।

অমুক চন্দ্রাদেবীনা পানা মহি য়োংশল্লম্মী অদুগা হায়রকই— ৱাদি অসিনিদা, অতৈ কৈখ্ন নত্তেদা।

অদুবু হায়রোনে প্রৎ-প্রৎ।

করিগুম্বা তাদা, মেনেজরনা ঐথোয়গী ইতৌ............

থংখ্রবদি হায়বা নত্রদো ?

উম্ মানি।

ৱাধাচরণ মরাই লুক্লমদে। অসিদগী হেন্না লায়বা তলবকী ৱা পন্‌বদদি চিন্তা তৌরম্মী। অদুগা হন্দক্কি নিপা ওইবগী মূর্ত্তি চপ-চানা উৎলক্লে। অমুম্না হায়রকই—

চন্দ্রা, নিপানি হায়বদাই নংনা ঐবু ?

হায়খিয়ে।

মহাক্না তাম্মোকনিংলবগ্ন তানশন্নু, নংবু লেংদ্রবদি।

ঐবুদি লৈহল্লোরবদি কমদৌনি ?

নং অতুম য়াওহৌ, বেরা লৈতে।

নংনা কদাইদা চৎকদৌরিবা তাদা ?

কনানা খংগনি, চৎপস্থ য়াই চত্তবস্থ য়াই।

হোয়দা, মানবু করি তৌজবা ওমগনো ?

অতুদগী চন্দ্রাদেবীনা পানা অমুক তপতুনা রাধাচরণ-দা পিরম্মী মহাকস্থ অমা তপ্পগা চারম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক রা অমা হৌদোক্লম্মী— তাদা অহল-লম্মম্না করি হায়নি ?

করি হায়রুনি ?

ইশৈতৌবী অমা পুরক্লে হায়রোইজ্রা ?

হায়রগা মখোয়গীদা চংদবস্থ ওাইদনা।

অতুদি উচেকতৌনা কোই-পাই পাইগজ্রা ?

পাইস্থ ওাইদনা !

ফৈ ফৈ, খন্দি খল্লুকো।

নংবু ওমগজ্রনে চন্দ্রা ?

চন্দ্রাদেবীনা নোক্লম্মী। নোকপগী অর্থ করিস্থ নত্তে। রাধাচরণ-না মুপীগী শাজৎ খংনা খংনা মাগী আত্তায় হায়দু য়োরক্লবদদি খংদবা শারি নত্রগা খংদ্রি হায়না খল্লুবদগী নোকপনি। অতুদগী চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই— তাদা, য়েংওোই, মুপী ঐখোয়দি নিপানা চৎপা মায়কৈদা চৎপনি।

হোয়দা মতুদা লেপপুদা।

সীতাবু করম তৌগে ? মাবু কনানা বনদা রামগী তুং-ইন্দবা য়াদে হায়গে ?

মথন্তনা মপুরোইবগী ভুং ইগ্গবনি।

অদুবু তাদনা ঐবু সীতাগুম্বীনি হায়না খনৃবা ওমদ্রি।

রাধাচরণ ইকাইরম্মী। করিমতা খুম্নমদে। ভুমিন্না অদুম লৈরম্মী। অদুগা চন্দ্রাদেবীনা অমুকম্থু হায়রম্মী— ওম্মোই, ঐদি তয়াং-তয়াংবীনি। ইশৈ তৌবীনি, ওসি অমা হয়েং অমা ওইরিবনি।

রাধাচরণ হেন্না ইকাইরম্মী। তাবদা তারম্মী, করিমতা খুম্বা ওম্নমদে। চন্দ্রাদেবীনা অমুকম্থু হায়খরম্মী— ভুং কোইরোই ঐদি, অদুক মতম লেন্নবা নিপাগীদমক পোক্লকপনি ঐখোয়দি।

রাধাচরণ খাংবা ওম্নমদ্রে। মহাক্না মমাংদৈদা চন্দ্রাদেবীবু নিং-লম্বদু মাইবীদোনা হায়দোক্লকপদুদা ইকাইবনা উং-উং লাওরম্মী। অদুদগী ইকাইরবা মীনা ইকাই খাংবদগী মশাবু কণ্ঠোকপদোনা হায়রকই— চন্দ্রা, নং শাওরগনু, নংনা পাইবগুম ঐসু পাইগনি। ঐখোয়নি লম্বেল অমতগী থুংফম অমতগী মী ওইগনি।

চন্দ্রাদেবীসু অমুক মপুক্লিংদা অকৌবা পোক্লম্মী। মানা ওসি হায়রিবসি য়াম্না হেনমনখ্রে হায়বা খংলক্লে। অদুনা মাগী খম্মোই অদু থক্-থক্ নিক্লম্মী।

করিগুম্বা রাধাচরণ-না পুক্লিংদা বারৌথিদুনা মতম পুম্নমক্তা চন্দ্রাগী বাহৈশিং অসি নিংশিংদুনা লৈখ্রবদি হায়না খল্লম্মী। অদুনা ওাকপিয়ু হায়বগী খোম্থাংদা হায়রকই—

তাদা, ঐ ওসিদি য়াম্না চায়খ্রে বারৌবা য়াদে।

চন্দ্রা, ওসি নংনা অদুম হায়রমদ্রবদি নশক খংলমলোই-দবনি। নং ঐগী কনাবো হায়বা ওসিদি খংলে।

তাদা, সীতা শাবা নত্তে, সীতাগী পুন্সি ঐগীসু ওইগদোগী শিল্লক্রমাল্লে।

লাইনা তম্বা লাকনি ইবেম্মা।

অসি হায়রগা রাধাচরণ-না মথুদাং ঘড়ি য়েংলম্মী। অদুগা থেংখ্রে চৎ'স হায়দুনা হায়রম্মী।

৩

লীলা শাম্নবা মুমিত্তা চন্দ্রাদেবীদো রাখল অমনা লোম্না লাক্লুনা উমশল্লম্মী। সীতা শাবনি হায়দুনা তেরগা রাধাচরণ মখোয়নিগী পুন্সিগী অহোবা ওইদোরিমাল্লে হায়বা রাখল অকন্‌বা অমনা কন্না চিংলম্মী।

রাম-না বন্দা চৎপা তারে হায়বা পাও ফংবদা রাম-না চৎকদৌরিবনি হায়না খনবা ওল্লমদে। রাধাচরণবু শ্রী-দগী য়াওবা য়াদদুনা তাম্থোকপনিকো হায়না খল্লম্মী।

রাখল অদুনা পুন্নবা চন্দ্র'বু য়েংবদা ভাবোক-না শোইদ্রে মিথিলা নীঙোল জানকীদেবীমক শংশংনা চোংথোরক্লুনা উৎলরবনি হায়না খন্দবা ওল্লমদে।

রাম-না বন্দা চৎপা তারবদি সীতা মাদি করম্না কোম্নুংদা মুংঙাইনা লৈহৌগনি? অসিগী রাখল লাকপা মতমদা সীতা ওইরিবী চন্দ্রাদেবীনা খল্লম্মী— রাধাচরণ-না বন্দা চৎকদৌরি, করম্না চন্দ্রা মহাক্কি শ্রী থিয়েটর য়াওহনা লৈহৌগনি?

লীলা শাম্নবা মতমদা চন্দ্রাদেবী মশামক্তা মশাবু চন্দ্রামক্কি

হায়না খল্লে অদুগা ভাবোক্না চন্দ্রানা সীতা শারি হায়বা কাউখ্র-দুনা সীতামক থোরক্লে হায়না খল্লে।

মরক অসিদা করম তৌরি ? রাধাচরণগী সু চন্দ্রাদেবীগী রাখল অদুমক্নি।

রাখল অমতগী মখা পোন্দুনা তৌথোরকপা অভিনয় অদু উবদা ভাবোকী অমুক্তং মুংঙাইবা হায়বদু য়ৌরে।

লীলা লোইরে, ভাবোক ময়াম রা রা লাউনা মুংঙাইদা, ফজখ্রেদা হায়না থোক্লখ্রে।

অসুম তৌরিঙৈ তাপ্পা অসিদা নারাণ মেনেজরনা গ্রীণ-রুমদা চংলক্লুনা রাধাচরণগা চন্দ্রাদেবীগা অনিমক্তা থাগৎলম্মী অদুগা হায়রকই— এৈনা নহাল হায়ব্রা, চহি অমগী থোকপা শেল লীলা অসিমতনা থোক্কনি হায়না।

মেনেজরনা উবদি কনানা ককনি ?

রাধাচরণ-না অসুম্না হায়রবা মতুংদা অমুক মেনেজরনা চন্দ্রাদেবীদ হায়রম্মী— চন্দ্রা, নং ঙসিদি চন্দ্রা ওইথিদ্রে সীতানি সীতা ওইখ্রবনি।

চন্দ্রাদেবীনা মপুক্লিংদা অকীবা অমা য়াওনা মেনেজরগী মাহু তারম্মী। অদুগা মথন্তা অসুম্না খল্লম্মী— চন্দ্রা চন্দ্রা ওইদ্রে, সীতা ওইখ্রে। সীতা ওইখ্রবী এৈনা চন্দ্রা অমুক ওইবা ফংলরোইদ্রা ?

মেনেজরসু তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী ঙাইহাক খল্লরগা হন্থরকপা কালদা চন্দ্রাদেবীনা খুল্লম্মী— তাদা, ওজা হৌবননি। তাদনা মেনেজর ওইরমদ্রবদি এৈখোয়না করি হেদুনা অসুম্না উৎপা ঙমগবনো ?

নারাণ-না— অদুদাগা খংদে, হংচিৎ অমুক শাম্লগনি। হুন্দক অনিরক অসিনা শ্রীগী চহি অমগী শেন্থোক য়োগদৌরিবনি।

ফনি, রামগী কৃপাদগী হোৎনবা হায়হুনি।—অসি হায়রুনা চন্দ্রাদেবীনা মফী-মরোন্নচিংবা লৌথোকদোবগী হোৎনরম্মী।

নারাণ থোকখ্রে! রাধাচরণ-না ফী লৌথোক-লৌগোক্‌না হায়রম্‌মী— ঙসিগী মতৌদু হংচিৎ অমুক থোকউ য়ারোই। নংগীদি খংদে চন্দ্রা, ঐগীদি মতুংদা অদুম তৌ হায়বা শুকয়া য়াররোই।

চন্দ্রাদেবীদি মরম খংলমদে। অদুনা হংলম্মী—করিগী য়ারোই তাদগীদি? নশানা লীলা হৈবনি, অদুগী মথক্তা লাইরিকসু নশানা লেংজবনি।

মদু নত্তে মদু নত্তে চন্দ্রা!

অদুদি করিনিনা?

মদু ইনৎ-নত্তবা অইন্‌বা অমনা ইন্দুনা তৌবনি। মদুদি ঐ নত্তনা ঐনা হায়দোক্তনা কনামতনা খংলোই চন্দ্রা।

চন্দ্রাদেবী তুমিন্না লৈরম্মী। করি ওইরিগবা হায়না খল্লম্মী। মহাকতৌনা রাধাচরণ-না লীলা থোকপা মতমদা রাথল খন্‌বরা হায়নসু খল্লম্মী। অদুদগী মহাক্না খুন্নম্মী—

হোয় চুম্মি, তাদা নত্তনা তাদগী পুক্‌নুংদগী রাথলদি কনানা খংনি? অদুমকপু—

নোকমি নোকমি তৌরদুনা রাধাচরণ-না হায়রম্মী— অদু-মকপু হায়দি নংঙোন্দা হায়দোকউ হায়রিবরা?

ছুম হায়দে, হায়ব্রবস্থ মচু খংফম থোকপা মীদি মরাইনা খংজরমগনি হায়নিমা।

রাধাচরণ না রাসি ভাবদা শক হঞ্জল্লম্মী। চন্দ্রাস্থ মাদোনা রাখল অমনা পুত্তনা সীতা শাবনা পানৃবা ঙম্লিবরা হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী থম্মোইম্বুংদা চন্দ্রাদেবীবু মুংশিবগী মৈ অচু কন্না চাকপা হেল্লম্মী। মৈচাক কন্‌বগা লোয়ন লোয়ননা চন্দ্রাদেবীবু মহাক্‌না অরাবদা তাহনগদৌরিবরা হায়না খন্‌বা হেঞ্জল্লম্মী।

অদুদগী রাধাচরণ-না খুয়ম্মী— চুম্মি চন্দ্রা নংনা হায়রিহু। খংফম থোকপা মীদি মরাইনা মচু খংজগনি।

মী অচু কনা ওইরিগবা। মরাইবক ফনা ফরিনিদা তাদা।

হোয়, কৈ হায়না খল্লগা ফবা, ফত্তে হায়না খল্লগা ফত্তবা।

'ফত্তে হায়না খল্লগা ফত্তবা' রাহৈ অসি চন্দ্রাগী থম্মোইদা থং লাউনা পাল্লম্মী। অদুনা মানা খল্লম্মী— হৌজিক ফাওবা রাধাচরণ-না মহাকপু থাজত্রি হায়না।

অদুদগী মানা তকশি শোল্লম্মী— অং খংই, মুংশিৎ শিৎ-লকপদা ঙাইরিঙৈদা ফ্রে-ফ্রে হাইবা ঊনাগুম্বী মুপী কয়াদমক নর্না নমিত্তা উজরুরে। নত্রবদি নোংলৈ মুংশিৎ কয়ানা ফাওবা শগ্না অমা ফাওবা লেংহনবা ঙমদবা মুপী লৈ হায়সি মতমগী মতুং ইন্না খংলকনি হায়না চন্দ্রাদেবীনা মপুক মনুংদা হায়জরম্মী।

রাধাচরণলোমদা ওনশন্দুনা চন্দ্রাদেবীনা হায়রম্মী— তাদা, ছংচিৎ অসি নকমন্ত্রা?

নক্রে—নক্রে, লাপ্লে—লাপ্লে।

অদুবু হায়বনা চুমত্রা মেনেজরদা?

মানা হায়গদবনি ঐখোয়না তাগদবনি।

খংত্রেনে তাদখোয়গী পাখোং অসিনা।

মাগী মাসি তাবদা রাধাচরণ নোক্লক্লে অদুগা নোক্লা নোক্লা হায়রম্মী— মদুনা পাখোং ওইরবদি জগৎ অসি পাখোংগী মহুম্নি।

অদুবু তাদা অমুক্তংদি হায়দুনা য়েংসি ?

ঙাইখো চন্দ্রা, নং থবক কয়া চিন্বগে ?

করিমত্তা চিন্দে।

অদুদি কদোই হংচিৎ শান্নরগা ?

হংচিৎ শান্নব্রগনা কদোই ?

শেল মাংই থুনা ফংলোই।

কনাগী ?

মেনেজরগী নিদনা কনাগী ওইনি!

ফরে শাম্নবা হায়দুনি— অসি হায়না হায়না চন্দ্রাদেবীদু মাগী ফি লৌথোক্লম্মী।

রাধাচরণসু হুই খোংল খোংলদুনা মফীমরোল লৌথোক্লম্মী।

মরক অসিদা অমুক মেনেজর নারাণ অদু নোকখি নোকখি তৌরদুনা চংলক্লম্মী অদুগা রা হংলকই— হংচিৎ অসি শোয়বা য়াম্রেকো, ঐহাক মী থরদা পাও পিথোকখ্রে। য়াম্না ইকাইনবা মফম্নি। শোয়রবদি মখোয়না ঐবু করিনি হায়রগনি।

অদুদগী রাধাচরণদা ওনশন্দুনা হংলম্মী— রাধাচরণ বাবু, ঙসি লৌলা মুংঙাইবগী রাদি ঐনা ঙসাইনা হায়খ্রে, অমুক হম্নদুনা কামদে। নখোয় অনিগী নত্তৌনা লৌলা মহৈ য়ান্বনি। অদু রাধা বাবুগী ল্যাইব্রিকী রাদি ঙাংনম্রি।

লাইরিক্কী রা হায়বদি বাবু ?

লীলা য়াওবা মীনা ঙাকস্নু চৎনদে লাইরিক্কস্নু ঙাক চৎনদে। অনিমক ফত্রবদি।

মেনেজর বাবুনা হায়বিরিববু লাইরিকস্নু ফবনা লীলা মুং-ঙাইখিবনি হায়রিবরা ?

অং মানি মহুনি।

য়েঃ, মহু মুংশিবিবগী অহুক হায়বিবনি। ঐনা ইবা লাই-রিক্কবু করি ওইগবনো ?

থাঙ্গৈশেংবনি !

রাধাচরণ মোমোনদমক নোকৃলম্মী করিমতা হায়রমদে। অহুদগী মেনেজর নারাণ-না হায়রকই— রাধা বাবু, লীলা মহৈ য়াল্লে, হৌজিক্কি লাইরিক্কী দক্ষিণা তৌদনা লৈথোকপা চুমদ্রে। মহৈ য়াল্লবদি দক্ষিণা পিকম থোক্কে। হুঁ-হুঁ, মহু হায়বা নত্তে। মহৈ য়াল্লবমক্তদা ঐনা থংশন্নদনা লৈবা চুমদে হায়নিমা।

রাধাচরণ অহু তুমিন্না লৈ, রা খুমলমদে। মরক অসিদা চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই—লাইরিক্কী দক্ষিণা কয়া পিবিগে হায়রিবা ?

ইতপ-তপ্পা নারাণ-না খুল্লম্মী— ঐনা থনবদি লুপা চামঙাদং পিগে থল্লি।

মহুদি য়ামন্দেদনা তাদা।

ইবেম্মা, য়ামদে, য়ামদে, চুম্মী নংনা হায়বা। অহুদা ঙসিগী-দমক্তনি।

অহুদি তাদনা হায়রিসিদি শান্ন-খুদিংগী মমল পিগে অসি নত্রা ?

অং মানি।

অদুদি য়াইদনা, করি হায়বিরিবা তাদা রাম শাবনা ?

রামগীদমক সীতানা দালালি তৌবদি অতোংবদা ওইবস্থ ওাইদনা। মদুদা রামনা য়ারোই হায়নিঙাই করি লৈবগে ?

মেনেজর নারাণ-না নোক্ল-নোক্লদুনা হংলম্মী— অদুদি রাধা বাবু য়ানরেদনা ?

অহোয় য়াজরে।

অদুদগী নারাণ-না ফুরিৎখাওদগী লুপা পুথোক্লুনা পিরম্মী। মদু রাধাচরণ-না লৌবদা চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই— পৈশা ফংলে। সীতাগী দালালি কাউবা য়াদেদো !

অদুদা রাধাচরণ–না লুপা তংখাই অমা দালালিনি হায়দুনা পিরম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা য়ামল্লে হায়দুনা য়ারমদে।

মথোয় অনি চিংনরিবদু উরগা নোক্ল-নোক্লদুনা মেনেজর নারাণ অমুক থোকখ্রে।

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী হায়রকই—রামগী শেল সীতাগী শেল হায়না লৈতে।

রাম-সীতাগী মরল !

অসি হায়নরগা মথোয় অনি ফাক্ ফাক্ লাউনা নোক-মিন্নরম্মী।

অদুদগী চন্দ্রাদেবীনা হায়রম্মী—সীতাগী মরলদি রাম-না য়েংবিফম থোকই। অদুনা ঐগী ওইরস্থ ঐডোম্দা থম্বা ওম্লোই।

অহুগা ঐনা সীতা ওইবা তোকতুনা চন্দ্রা ওইরব-অমা লুপাদুদা ঐগী হক লৈত্রে। মসি কাউনবা য়াদে।

মখোয় অনিমক থরায় তানা পংনোক্তা নোক্লম্মী। কীরোন লৌথোকপা লোইরগা ময়মদা হনখ্রে।

৪

নারাণ মেনেজরগী ময়ুমদা মনাওবীসিংহ লাকতুনা য়ারী শারৈ। নারাণ-না মহাকপু তরাম তরাম কৌশল্লহনা হায়রম্মী—মনাও, হন্দক অনিরক য়াম্না বন-চৎপা শান্নবসি ওহ্নোক্লা মিংচৎ কংবা অমনি।

মানি মেনেজর বাবু। কুম-অমগী শেঙ্গোক লোইনা থোক্লিবা লীলা হায়সিদি করি-মুক হায়নিংঙাই লৈরি।

রাধাচরণগী লাইরিক মমলসু অনিরক অসিদা লুপা লিশিং অমা পিখ্রবনিদো।

মাগী শেল অহু মপু ওইবা মুন্নরি হায়না তাই।

কনা কনা—নারাণ-না হাথু হাথু হংলম্মী।

কনা ওইগনি, নাগর নাগরী অনিনিদনা।

হেন্না নংগী নাগর-নাগরীগা থংদে। মমিং হেক্তা হায়রুবা।

হুম ফত্তেদা, মীগী ময়ল থমগী বাবু ঐথোয়না ইশিল ওইনা ঙাংনহনা কায়দে।

মতুদা নারাণ শাওনিংলহনা অমুক কয়া হংলম্মী—মনাও নং অসিনা তৌরিশি? অমুকসু হৌদোক্লগা, হেক্ত মহায়রুবা।

য়াকায় ওইরবদি য়াসি পংঙাং ঙাংবা ফত্তেনে মেনেজর বাবু।

মনাও, নহাক্তি অঙাংনি, নংনমুক ঐঙোন্দা পাওতাক পিদুনা কাম্নদে। নংত্থম ঐগী পাওতাক তাগদবনি।

মনাও-না কীরক্লদুনা হায়রম্মী— মেনেজর বাবু, ঐ হল্লগে, কাইদা চারোইদোরি। ঐদি অত্থুম চুম্না রারো শাবা লাকপনি। অদুদা অসি য়োশল্লক্লবদি ঐ তৌফম থংলোইদোরে।

নারাণ বাবু শাওনিংবা হেন্‌বদা নত্তনা মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্লে। করিগী মহাক্লা তাবা য়াদবা থবকপু রাধাচরণ-না তৌফম থোকই। মঙোন্দা শোয়্নদনা অকাইবা অমা থোক্লকপা তাই হায়না নারাণ-না খল্লম্মী।

অদুনা মনাওবীদা কল্লপনা হায়রম্মী—

মনাও, নং ঐবু নহাক্কী মেনেজরনি হায়বা কাওরমাল্লে।

কাওদে করিমতা।

অদুদি করিগী ঐনা হায়য়ু হায়রগা— ?

লীলাগা মরী লৈতবা বাদি ঐনা লীলাগী মেনেজরদা হায়-নিংলগা হায়বা য়াই হায়নিংক্রগা হায়দবসু য়াই।

করি হৌজিক লীলাগী লাইরিক মমলগী রা অদুবু লীলাগা মরী লৈনদে কর্ম্না হায়গেগে ?

করি রানোনে মেনেজর বাবুনা হায়রিক্লবু ?

অওইবনিনে ঐনা হায়রিসি, করিদা মরী লৈনক্রিবনো ?

রাধাচরণগী মথুৎ য়োক্লবা মতুংদগী মাগী মরম্নাই শেন ওইখ্রে। অদুদগীদি মহু লীলাগী শেনগাও শেলনি হায়বা রাগক্রা ?

থংক্রে, মনাওবী, নংনা পণ্ডিতকী মঙংদা রা ভাংগদোগী হোৎনরিবা। ঐখোয়না ইচম-চম্না অদুক থংনিংক্লনা হংলগা—।

অদুবু ৱাধাচরণ হায়সিদি ময়ুমদা মুপী লৈবা নত্তেদো !

অদু ঐসু খংইনে। অদুননিনে ঐনা হংলিবা।

মানা মুপী কোয় হায়বদি অফবা ৱা নত্তেদো। ঐনা ওসাই চেকশিন্দবদগী ৱা অকায়বা অমা হোঁদোকলুদুনা তৌরিবনি।

মানি মানি। অদুবু নং ঐবু থাজত্রা ?

করিগী থাজরোই ?

অদুদি হায়য়ুদনা কনা কনানো ৱাধাচরণগী শেল মুন্নরিববো ?

ফরে হায়রগে, অদুগা ঐঙোন্দগী থোকপনি হায়বদি য়াদেকো মেনেজর বাবু।

কনাদা হায়রুগবনো মনাও ! ঐথোয় অদুক মীওইবগী হৌনবা খংনিংদুনা তৌবনি। হায়রু তাসিনে, কনানোনে মী অদুবু ?

চন্দ্রানি ঐনা তাবদি।

মেনেজর নারাণ-না ফাক ফাক নোক্নুনা হায়রম্মী—অদুবুদি ঐসু চিংন চিংনদুনা লৈরিবনি।

কয়া চিংনরিবা ?

নহাল দালালি লুপা তম্থাই অমা লৌ হায়দুনা ৱাধাচরণ-না পিরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা লৌরোই য়াম্মল্লী হায়থি।

মীদি কনামতা মথোয়গী মনাক্তা লৈত্তে হায়ববু মী তাথিনি হায়বা মতাঙম মনাওবীনা তুমিন্না হায়রম্মী— শোয়ত্রবনি, মথোয় অমত্তা ওইরবনি।

মেনেজর নারাণ-না কল্লপ-কল্লপা হায়রম্মী— করি, করি, করি মনাও, অমত্তা ওইরবনি হায়রবা। কয়া কুইরে ?

মনাওবীনা থক্‌-থক্‌ নিরূা থুম্লম্মী—ফনা কুইর মাল্লে। ঐখোয় ইশেল ঙাংনবদি ঙসি ঙরাংদগী মা নত্তে।

রাধাচরণ, রাধাচরণ, মথন্তগী মরাল নত্তে। চন্দ্রাদেবী, নহাক্কী নরালস্নুনি।

নারাণহু মচিন্‌বান চিক্কুনা ঙাইহাক মরু-লুকথনা লৈরম্মী। অদুগা অমুক হায়রকই—

ঐগী থিয়েটরদা অসিগুম্বা লমচৎ নাইদবা। ঐ করিমতা য়ারোই, য়ারোই মতুম্লা তৌবা। মখোয় নত্তনা লৈবাক অসিদা মী লৈত্রবরা? লৈ লৈ, য়াম্না লৈ। অপারনি। মাৎপা নত্তে। তোকচশল্লু মখোয়নিমক। অদুগা ঐগী অসিদি লমচৎ নাইদবগী মফম ওইবদি ওইহল্লোই। করি হায়গে মনাও? নংস্নু মুম্না খন্দুনা য়েংউ।

অদুদগী শাওবনা মমায়-মমিৎ ঙাংশং ঙাংখ্রদুনা প্রী-প্রী পাখৎতুনা লৈরম্মী। মাগী মমাংদা চুরুপ উপু তারম্বদুদগী মচৈ অমা লোথোক্লগা চমগে তৌনা তৌনা অমুক হায়রম্মী—তাউ মনাও, ঐনা হায়বসি কয়ামুক কায় হায়না নংস্নু খল্লু। মখোয়না ঙক্রগা বদনামনা ঐঙোন্দা ঐগী থিয়েটরদা—শোয়দবনি।

মনাওবীনা তপ্না অমুক থুম্লম্মী—মেনেজর বাবু, ঐখোয়না থাংজৈমক শেংনা উরু-খোৎলুবা নত্তে, অদুক মীময়াম্না অমগা অমগা ঙাংনবগী তৌবনি।

অদুবু মুংশিৎ শিত্তনা উনা লেংবরনে?

মহুস্নু চুম্মী।

অদুদি কৈদৌনা অমুক—

অতুদা অহানবদা তৌন্নু-থোৎন্নু হায়দুনা হায়বিবনা ফত্ৰা ?

নারাণ খরা হন্থরে অদুগা হায়রকই— চুম্মী, অমুক্তং হায়-বিদুনা য়েংগে। মতুংদা অন্নুম তৌশল্লক্লবদি ঐ মথোয়বু থম্বা ওয়োই। মথোয় শোয়দনা তোক্কদবনি।

অসি হায়দুনা চুরূপ অমুক চিংদুনা কোইয়েং য়েংলম্মী।

মনাওবী বিদায় লৌদুনা ময়ুম হনখরে।

৫

শ্রী থিয়েটরদা নারাণ-না ময়াম তিল্লিবা অদুদা রাধাচরণ য়াওবরা হায়না থোংজিন্দা লেপ্তুনা কোইয়েং কোইয়েং য়েংলম্মী। মানা থিবা মী উরদুনা হায়রকই—

রাধাচরণ বাবু ঐগী কাদা অমুক্তা লাকপিউবা।

য়াম্না ফনি।

মেনেজরগী কাদা চৌকি অমমমদা নারাণগা রাধাচরণগা ফম্মী। নারাণ-না যা হৌরকই— রাধা বাবু, রা অমা হংনিংই।

হংবিউ কদৌগে ?

অদুদা·········চিংনা চিংনা নারাণ-না পাক হায়দোকপা ওমদদুনা তৌরম্মী। অদুদগী অমুক হায়রকই— ঐনা হায়দো-ন্নিসি রা য়াম্না লুবনি।

লুসন্নু কদৌগে।

অদুদনে রাধা বাবু, ইমিৎনা উবা থংবা নত্তে, না-না তাবনি। মদুস্নু কয়া য়াম্না অচুম্বনো হায়বা য়ানা তাবা নত্তে।

অদুবু কদৌগে হেক্তা হায়দোকপিউ।

রাধা বাবু অশেংবা খুম্বিউদনা ?

রাধাচরণ তাবদমক তারম্মী করিমতা খুম্লমদে। অহুদা নারাণ-না অমুক হায়রকই— শেংনা খুম্বনা ফৈ। নত্তনা ফৈরেং তুরেং তৌরবদি ঐদি শাওবগী লোই-খম্বা নাইরোইদবনি।

মাগী রাসি তাবদা রাধাচরণ-না খল্লম্মী—

করিনো মসিনা তৌ শারিসিবো। মাগী থিয়েটর য়াওই হায়ত্নুনা মীগী অথুপ্পা রাম্বু তাক্তবা য়াদে হায়রিবরা। মত্থুদি কদাই য়াগদগে ?

অহুদগী ফোংনা হায়রকই— মেনেজর বাবু, করি রানো অহুদা হান্না হায়রিবো। করম্বা নুমিত্তা ঐনা মীনম্বা রা হায়খিবা লৈবগে ?

লৈতে চুম্মি। ঐ নোংমতস্থ মীনম্বা রা রাধা বাবুনা ৱাংবা তাখিদে। অহুদা ৱসি ঐনা হংদোরিবা রাসিদি অচুম্বা পাউথুম ফংগদরা ফংলোইদরা হায়না য়াম্না চিংনৈ।

করিমত্তা চিংর্নবিগনু, ঐ অসি শকৃতি ওন্‌বা য়াই, পুকচেলদি হান্নগীগুম লৈরি।

নারাণহু মপুক্লিংদা নোক্লম্মী। ওম্বোক্লা কম্না চাওথোকচবা শারিদা হায়না খল্লম্মী।

অহুদগী ইতপ-তপ্পা হায়রকই—করে, অহুদি ঐ হংলগেকো ?

য়াম্না ফনি।

মীনা অস্তুম হায়বগী হংবনি। ঐদি করিস্থু খংবা নত্তে।

করিনোনে অহুক য়াম্না চিংনবিরিবা অসিবো। হেক্তা পাক্ হায়বিয়ুনে।

মীনা হায়নে বাবু নহাক্কা চন্দ্রাদেবীগা অনি অসি·········

মখা তাগে তৌরকপদা রাধাচরণ-না খুমকই— য়েঃ, য়েঃ, অদু ওইরেকো। হায়সনু কদৌগে।

অদুবু অচুম্বরা ?

করিগীনো মেনেজর বাবুনা অমুক মুন্না হংবিরিসিবো ?

অসি তাবদা নারাণ অদু শাওরপ তৌরম্মী। অদুবু শাও-বদি ফত্তে খনৃবনা হায়রকই— ঐগীদি হংফম থোকই অদুননিনে।

ওঃ, অদুদি চন্দ্রাদেবীগী প্রেম-লাংদা থুবা মী অমরা মেনেজর বাবুবো ?

রাসি তাবদা মেনেজর নারাণ শাওবা ফাবা ওন্নমদে। অদুনা খোন কল্লপ্পা মায় ঙাংনা হায়রকই— মদুগুম্বা রা অদু অনিরক হম্না হায়মু রাধা বাবু। ঐ লমচৎ নাইদবা চৎকে হায়দুনা শ্রী লিখৎপা নত্তে।

রাধাচরণমু মপা চানা শাওরম্লে। অদুনা অমুম্না খুম্নম্মী— অদুদি শ্রী থিয়েটরগী মুপী অমত্তা ময়ুম পানবা য়াদে হায়রিবরা ?

নারাণ করিমত্তা খুমদে। তুমিন্না লৈরম্মী। অদুদগী রাধা-চরণ-না অমুক হায়রম্মী— লীলা য়াওবগীদমক তলব ফংবনি। য়াওরগা জেলদা লৈবদি লৈরোইদনা। তলব ফংদে অদু মত্তাই-দনা ?

অদুদি রাধা বাবুনা হায়রিসিদি ঐনা তারকপা রা অসি শোয়ল্লে হায়বনিদনা।

অং মানি, অং নত্তে।

করি পাউথুম্লো অদুবু, মানি, নত্তে।

অদুগী অর্থ খংনিংবরা বাবু ?

খংনিংই ।

অদুদি তাউ ।

চন্দ্রাগা ঐগা মুংশিনবগী হায়রুরদি চুম্মি । অদুগা মী মচা-দুমা বদনাম তৌবদি পামদবনা 'অং নত্তে' হায়বনি ।

বদনাম করিগী ইকাইরিবা ?

মেনেজর বাবু, নশাগী বদনাম ওইনি হায়দি কীরগা অতোপ্পা মীগী বদনামদি কীদবা ? করি ধর্ম্মনো ? ঐখোয় অনি মুংশিন-বদনি । অদুনা অওইবা ওইখিনি হায়সু খংত্রি । খংত্রিদ্রৈনা ময়াম্মা ঙাংনবা হৌবিরবদি কনাগী অমাংবনো, ময়ামগীরা, চন্দ্রা ঐখোয়নিগীরা ?

অদুননিনে ঐনা হংলিবা । চুমদবা ওইরবদি মীরা ঙাংনরিব-শিং অদুগী মরা তারোই ।

মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন লৈনরে, অদুগা হন্-সু হন্থন-রক্লে । অদুদগী রাধাচরণ-না হায়রকই—

মেনেজর বাবু, ঐদি মীনম্বা রা ঙাংলোই হায়খিবদুনি । শোয়দবনি ঐখোয় অনি মুংশি-থোরী অমনা পুল্লবনি । অদুদা মহাক্তি মুপীমচানিনা ইকাইদুনা করি হায়গদগে খংদে ।

ঐ মঙোন্দদি করিমত্তা হংলোই ।

মহুস্থু মেনেজর বাবুগী খুসীনি ।

হুম্ ঐ হংলোই, মা য়াম্মা ইকাইগনি । অদুগা ঐনা অসি হংবগী মরমদি অতৈ করিসু নত্তে অসিনি ।

হায়বিয়ু ।

ঐনা চন্দ্রাবু মাগী পুন্সি অসি ঐগী শ্রীগীদমক য়ুম পান্দবমথৈ লৈয়ু হায়বা নত্তে। বাবুখোয়না তৌরিবা কর্ম্ম অদু হুরান-লান্না হায়দুনিদো। হায়ন-খোৎনা তৌদুনা ফোংনা লুহোং-কৈহোং তৌদুনা লৌন-লৈনরবা অমা কৈদো। মদু নত্তনদি মীনা তারগা খংলগা নখোয় অনিদবু বদনাম তৌরগা তোক্লোইদো। মীগী মচিন পায়দুনা মেন্বা ওম্বা নত্তে। বদনাম অদু শ্রী হায়বদি ঐ য়াওনা শরুক য়াদবা য়ারক্লোইদো। অদুনা রাধা বাবুবু লোম্না অসিদা কৌশন্দুনা তান্নসি হায়বনি।

তপ্না রাধাচরণ-না হংলকই— অদু ওইরবদি ঐবু করি তৌজো হায়রবা?

মসি য়াদি য়ানিংলোই, য়ারবদি মসিগুম্বা অসি তৌনুসিবা রাধা বাবু, করি খন্বগে?

ঐ হৌজিক করিমতা খন্বা ঙমদে বাবু। মতুংদা.......

অসি হায়রগা রাধাচরণ মখা তাখরমদে। নারাণ না ইঙক-ঙক্না য়েংদুনা লৈরম্মী।

রাধাচরণ-না অমুক হংলকই—

মসিদা ঐখোয়না ঙমদদুনা তোক্রুবদি মেনেজর বাবুনা করি তৌবিগে হায়বা?

ইচিন্-ইরৈ অসিনা পন্বা ঙমদ্রে।

অদুক য়াম্না লুনা খন্বিগনু মেনেজর বাবু, অপাম্বা অমা হেত্তা তৌবিয়ু। ঐখোয়গীদমক বদনাম ফংবদি চুমদে। ঐ হেকমক হায়জগে। ঐখোয়বু শ্রী থিয়েটরগী সার্ভিস্ তোকউ হায়বা নত্রনে?

নারাণ-না মানি—নত্তে অমতা হায়রমদে, অদুম তুমিন্না লৈরম্মী।

রাধাচরণ-না মহাক্কী তুমিন্না লৈবদুগী অর্থ লৌনিংবা লৌহুনা লৈরম্মী।

কনামতগী মচিন্দগী না অমতা থোক্লমদ্রে। কা অদু ইচিক্-চিক্লম্মী। মদুগী তুংদি করি ওইরদগে হায়বা রাধাচরণদি খংলম্মী অদুগা নারাণদি লেপ-কম খংলমদে।

ঙাইহাক তুমিন লৈনরগা রাধাচরণ-না চৎলগে হায়দুনা লীলা-তম্বা কাংবু মরক্তা চৎখরে।

৬

মদুগী মুমিত্তা লীলা তম্বা কায়নরগা রাধাচরণ ময়ুম হল্লমদ্রে। রাখল অরুম্বা অমনা বজ্র ভাবমুক রানা খন্দুনা মশাদু লুমথরম্মী। অদুনা মশাদু শ্রো-শ্রো চিংদুনা চন্দ্রাদেবীখোই-রোমদা থুংলুরে।

চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণগী শুকথবা মায়থোং অদু উবদা মপুক্লিংদা অকীবা অমা পোক্লম্মী। মখোয় অনি ফক অমদা ফম্মিন্নহুনা লৈরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা চুরুপ অমা থকউ হায়না পিরম্মী অদুগা রাধাচরণগী মায়থোং অদু মিৎ-কুপ্তুবমথৈ য়েংদুনা লৈরম্মী।

রাধাচরণ-না চুরুপ অদু লৌদুনা চল্লগা মুং-শা শোর মপি শাংলবা অমা হোল্লম্মী, না কয়িমতা হায়রমদে; তুমিন্না অদুম লৈরম্মী।

চন্দ্রাদেবীস্থ য়ারিবা মথৈ করিমত্তা হংদনা লৈগে নিংলম্মী। তৌবগীদি করি মরমগী রাধাচরণ-না মায়থোং মকশিনবা হায়বহু য়াম্না খংনিংলম্মী।

চুরুপ অদুমা থক্রুম-থক্ত গুম তৌদুনা লোইথোকখ্রে। অদুবু চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণগী ৱাহৈ অমতং তানবা নোঙ্গৌবীনা নোং ঙাইদুনা লৈবগুম লৈরম্মী।

করিমত্তা হৌদোক-লক্রুবা অদুদা খাংবা ঙমব্রদুনা চন্দ্রাদেবীনা ৱা হৌরক্লে। মানা হংলম্মী—তাদা, করি তৌরে, ভুমিন্না লৈরবদি ?

রাধাচরণ-না ৱাহু তাবদা ম্নুংশা-শোর মপি অমতং হোল্লম্মী। খুম্বদি করিমত্তা খুমলমদে।

অদুদা অমুক চন্দ্রাদেবীনা হংলম্মী—তাদা, য়েংবদা য়াম্না ম্নুংঙাইত্রে, করি তৌরবগে ?

অদুদস্থ রাধাচরণ করিমত্তা খুমদে। চন্দ্রাদেবীনা অমুকস্থ ইতপ তপ্পা হংলকই—ঐ অসি তাদা নংগী অৱাবা শরুক য়াবা মীনি হায়না খনবা ঙমব্রা ? হায়য়ুবা কদৌগে ?

ম্নুংবংনগে মতৌগুম লৈরম্বা রাধাচরণ লেংদবা ঙমলক্রে। অদুনা খুম্লকই—ইবেম্মা, নং লৈনে। নং লৈ হায়বদুনা নংঙোন্দা অৱাবা শরুক য়াহন্নিংদে।

করিগীনো তাদা ?

ম্নুংশিবগী মথৌদি ম্নুংঙাইহনবনি।

মানি, অদুনা ঐস্থ নংবু ম্নুংঙাইহনবা য়াবরা য়েংগে তৌবনি।

মানি, অদুনা ইবেম্মা ঐস্থ নংগী ম্নুংঙাইবা থুগাইনিংদে।

তৌমু ত'দ', রা লোৎকমু।

অসি হায়না হায়না চন্দ্রাদেবীনা চুরুপ অমমুক পিরম্মী। রাধাচরণ-না মত্থ লৌরগা চমলম্মী।

রাধাচরণ না তপ্পা তপ্পা হায়রম্মী— ইবেম্মা, নংগী নরা তাম্রে, ঐ ইথন্তনা ঐখোয়নিগী রা হায়দোক্লম্লে।

মনুংস্থ মপানস্থ চন্দ্রাদেবীদো মুংঙাইতবদি লাইরম্বনা মুংঙাই-জরম্মী। অদুনা হায়রকই—

করি রানো তাদা ?

হায়রোরা চন্দ্রা ?

অহোয় তাদা।

ওসিদো—

অং—

মেনেজরননে চন্দ্র',

অং—

ঐখোয় অনিগী রা তারে হায়রকই।

অদুবু করদোগে ?

অদুদনে ঐনা হায়দোক্লম্লে, চুশ্নি হায়না।

কৈফ কদোগে ?

নংগী ইকাইনি ইকাইরোই হায়বগী রাদি থাক্লমম্রে।

থাকসনু, করিগী থাকলুনি।

নং শাউবা য়াদে হায় চন্দ্রা! অচুম্বা রা লোৎনিংদম্বনা তৌবনি।

চন্দ্রাদেবীনা থল্লম্মী—মহাক হৌজিক ফাওবা মপুং-ফানা

রাধাচরণগী ওইদ্রি, অদুননি মঙোন্দা শাওবা য়াদে হায়রিবা অসি।

রাহে অসিগুম্বা তাবগী লাইবকথীবা অসি কনাগীনো হায়বা মক্ষম খংলমদে।

চন্দ্রাদেবীনা অদু তাবদা খুম্নকই—শাওক্ষম থোক্কে, অদুগা শাওম্ন শাওনিংদে।

চুরুপ চিংনা চিংনা রাধাচরণ-না অমুক মুংশাশোর মপি অমা হোল্লম্মী। মৈথু শাংনা কামথোক্লগা চন্দ্রাদেবীদা অমুক রা হায়রকই—

চন্দ্রা, রা অসিনা লোইদ্রি।

করি রানো হায়বন্থ চন্দ্রাদেবীনা খংবা শারম্মী, অদুনা মোমোন মোমোন তৌরম্নুনা খুম্নকই—

ঐ থল্লি তাদা, তাদনা রা তম্বদা চিথরি হায়বা।

তমগদবদি লোইরে, অদুদা নংঙোন্দা—

রা লোইবা ভমদনা চুরুপ তাম্থি কম্থোকপগা লোইননা মথুৎ কম্না কল্লম্মী, অদুগা তুমিন্না অদুম লৈরম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা হংলম্মী—তাদা, ঐঙোন্দা করি হায়গদৌরিবা?

হুম, হায়ররোইদা চন্দ্রা।

চিংনগম্নুদা তাদা।

চিংনবা নত্তে।

অদুদি কদৌরবা?

ঐগী ইথৌ নত্তে।

চন্দ্রাদেবীদু রাসি তাবদা মবুক্লিং থোইরাংলম্মী অদুগা শাওম্ন

শাওনিংলম্মী। অদুবু মাগী শাওবা অসি মুংশিবদগী পোকপনি। অদুনা রাধাচরণদা করি থোইদোকপা অকিবা পোকপা য়াবা নংলমদে।

শাওরগ তৌনা চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই—তাদা, ইথৌ নত্তে হায়সিবো করিনো? ঐগী মরি-লৈবা থবক্তা তাদগী নথৌ-নত্তবা লৈত্রে হায়বা মতম কুইরবনি। অদুগা.........

চন্দ্রা, নখোয়গীদি ইমা লৈরি।

চুম্মি লৈরি, মমা-মপা লৈবা মুপীনা মাগী মথৌ-পুম্বা মাগীনি হায়বা নিপা অতোপ্পা অমদা শিন্নে হায়বা ধর্ম্ম অদুদি কদাইদা মাংখরে?

চন্দ্রাদেবীগী মাহৈ অসি তাবদা রাধাচরণ মুংঙাইবা থরা ফংজরম্মী। অদুগা মানা হায়নিংবা মা হায়বদা অপনবা অমতা লৈরোইদৌরিবরা হায়না খল্লম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা হায়রম্মী—তাদা, মেনেজর বাবুনা ঐখোয় অনিবু তাম্থোকনি হায়বা নত্রা?

মানি চন্দ্রা—য়াম্না তপ্পা হায়রম্মী।

কেৎলে, য়াম্না ফরে।

হায়গন্থু চন্দ্রা অদুম্না।

হায়নি তাদা, নপাম্না হায়বা ফংজিবনি। মাগী থিয়েটর য়াওদবা য়াই। নিংনবা-ইপাক্কী মণিদি মানা পিবা ওম্বা নত্তে।

চন্দ্রা—

তাদা—

য়াম্না তপ্না চিংনা চিংনা অমনা কৌরম্মী অত্তগা অমনা খোন্থাং মপা চানা খুম্লম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা অত্তুদগী ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা হায়রকই— তাদা হয়েংমক ভোকপগী ৱা হায়দোকউ।

খম্থখো, চন্দ্রা। করিস্থু লৈত্রবা ঐহাক্কীদমক।

হোয় তাদা, নহাক অসি অহল-লমন লৈতে, নরল—নথুম মরাং কায়বা মী নত্তে। অত্তুবু নংগী নরল অমা লৈনে, মত্তু ঐদনা য়াম্না পাম্বা অত্তগা নংদনা য়াম্না পিবস্থ ঙম্বা পীস্থু পীনিংবা।

চন্দ্রা, নিনিগী পুন্সিনি, রস-বিলাসতা পংলুপ লুপ্পা চুমদে। তুংগী ৱাথল তৌ।

ঐবু অমুক চাং য়েংবিরস্থু। কয়ারক য়েংলে, অত্তুমক্তদা নিপা ওইবগী থম্মোইনিনা পেনবা নাইত্রবরা?

চাং নত্তে চন্দ্রা, অওইবনি।

করি অওইবা তাদা?

ঐগী তুং-ইনবদা মুংঙাইবা মচেৎ অমা ফাওবা ফংলোই।

ফংদসম্লু নংগীদমক্তা।

মত্তু ঐস্থু য়েংবা ঙম্মোই নংগীদমক্তা চন্দ্রা।

অত্তুননিনে তাদা নতুং ইম্নিংবা বুদ্ধি-থেনবী ঐনা।

ৱাধাচরণ তুমিম্না অমুক লৈরম্মী। মহাক্না হায়দোকপদা কীরম্বা ৱারম পুম্নমক চন্দ্রাদেবীনা মশা মথন্তা বদং বদং হায়দোকলমলে। অত্তুদা মহাকস্থু মপান-নাইদবা মুংঙাইবা অমা ফংলম্মী। মানা নিংবা থুংলম্লে। অত্তুদগী মাস্থু চৎলমদাইগী ফীভম শেমশারগা হায়রকই—

শোয়দ্রে অদুদি চন্দ্রা ?

শোয়দ্রে তাদা।

অসি হায়রম্লগা রাধাচরণ ময়ুমলোমদা পাংখিরম্মী। চন্দ্রানা মেনেজরবু মপুক্লিংদা মুংঙাইতনা লৈহোই।

৭

নোংঙাল্লগা চন্দ্রাদেবীগী য়ুমদা মমা রমণীনা মংঙোন্দা হংলম্মী—ইবেম্মা ঙরাংস্থ নহালস্ম লীলা তম্বা চত্তরে, করিদোরে। ঙরাং রাধাচরণ লাক্লমবদি করি হায়রম্মী। লীলা তম্বা লাক্তে হায়রম্বরা ?

নত্তে, মহাক লাক্লম্বদি লীলাগী নত্তে।

অদুবু নখোয়গী লীলাবু তোক্লবরা ?

তোক্তে, কদাইদগী লীলা লেপ্পা ইমা !! মখোয়গী নারাণ মেনেজর-নবু লীলা লেপ্পা !

অদুদি করি তৌরে ?

করি তৌরে হায়দি ইমা ?

নংবুদি হন্দক য়াওহন্দ্রবরা হায়নিমা।

য়াওহল্লি, ঐনা য়াওরোইদৌরিবনি।

রমণীনা শাওরপ তৌনা হায়রকই—করি, চণ্ডাল মুপীসিগা, 'ঐনা য়াওরোইদৌরিবনি' হায়য়ে। করি তৌত্থনা লৈগে হায়রিবা। শেঙ্গ থরা থরা ফংবত্থনা নবুক থম্না চাজবা ফংলিবনি। অত্থগা....

অদুদগী রমণীনা হিদাকপু থম্বাল শাবা অমা পায়রত্থনা প্রোক প্রোক চিংলম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মোক্সা অমা লোল্লত্থনা নোকমি নোকমি তৌরত্থনা তারম্মী। মমানা চৈরিবা মরম অত্থবুদি মানা

লীলা তোকপগী মরম্না হেন্না লুরম্মী মঙোন্দদি। অদুনা মমা খংদবীনা পংঙাং ঙাংবদু খংদদুনা ঙাংলিবনি হায়না করিমতা শাওনিংলমদে।

রমণীনা ঙাইহাক হিদাক থকলুরগা অমুক হায়রকই— তোন্নকো, ননীং পংতম তমগনু চন্দ্রা, ঐদি হায়বিরিসিনি, চরা হেঙ্গগনি।

ইমানা হায়রিসিবো, লীলা য়াওদ্রবদি শেল থোকফম লৈত্রে হায়রিবরা ?

অদু ওইরস্নু তৌরকপা শিল হায়বা অমা লৈদনা চন্দ্রা।

ইমা, লীলা য়াওবসি পৈশাস্নু মফংই। অদুবু রাই য়াম্না চিল্লিনে।

করম্না চিল্লিবা চিম্থিবীসিগা ?

লীলা য়াওরবদি মীনা শক খংই। য়ুমদা মী লাকই, ফীদা থাদবা য়াদে, হিদাক হানবদা শেল কয়া তিংই। অদু খংত্রা ইমাবু ?

খরা মরাকচবা হায়দুনিদনা অদুবুদি।

অসি হায়রগা রমণীনা হিদাকতু প্রোক-প্রোক অমুক চিং-লম্মী। চন্দ্রানা মোক্তা লোম্না লোম্না হায়রম্মী—কামপোৎ নত্তে ইমা। ঐ ঙম্মরোই ওক্কবীশিংদা মিংচনবা।

করি ? করি হায়য়ে চন্দ্রা। ওক্কবী ওইব্ন হায়না ঐনা নঙোন্দা নেকনরবা ? মমানা মচাদা লম্বেল শেরাম্মনা চৎলু হায়বা হৌনবরা ?

অসি হায়রগা রমণীদু কপতুনা লৈথোকখ্রে। চন্দ্রানা মমাগী

মপি অদু মহাক নোক্লনবা তারিবনি হায়না খন্দুনা তৌ-শারিসে হায়রুনা ফাক ফাক নোক্লম্মী।

মচান্নুপীনা উশিং-থওইদনা নোকপা অদুদা ইকাই-মুংশি য়ান্ন-না রমণীনা হায়রকই— চাওরবনিনা ঐনা হায়বা ইনবিবা পোৎ নত্তে। ননিং তৌরোনে, চণ্ডাল-মুবী ইকাইদবী। অহল-লমন কঁদবীসিগা!

চন্দ্রাদেবাসু য়াহৈ অসিনা তেঞ্জৈ অতুম্বনা থিনবগা মান্ননা শাওনিংলম্মী। অদুনা অসুম্না থুম্লকই— নহোয়গুম্বী অহল-লমম্না হায়বা ইন্দোগী শরুকপুদি মপোক-মপোক্কী নরক তাবনা হেন্না ফৈ।

ঐনা নংগী করি ফত্তনবা হায়বে। নিংতম্বী!

নংনা ঐবু লীলা য়াওহনবিদুনা······ হায়রোই, ঐদা তোকচরগে।

করি তৌরগে হায়য়ুনে। ঐনা নঙোন্দা করি তৌ হায়রগে হায়বা!

নংনা পাথংমচা মশা-নানবা চংহন্নবা থোরাং শিল্লিনে।

ঐনা লাও লাও হায়না কৌরুবরা। লৈবাক্কী চৎনবীনি হায়দুনা কোইজবদুবো? নমান্নবা নবুংঙৌ' নবেন্দগী ইমুংসু অদু মঙাই। ঐ-নংগী দদা তৌবরা? চণ্ডাল-মুবীশিগা। অদুদি করিগী য়াধাচরণদি নংনা তরাম তরাম তৌরি। নং মাগী মুপী ওইরবরা?

ওইরে কদোগগে?

চন্দ্রাদেবীনা অসুম্না শাওনা হায়বদুদা রমণীসু মপা-লৈত্তনা শাওরম্মী। অদুদগী হায়রকই—

অতুদি চৎচখরো। নৱা-নপুরোইবগা, ঐদি নংবু অশুম থাকপদি লুখ্রাবী পাঙ্গল শোনবীনিনা ঙম্মোই।

কংনা লৈরম্বা মর্ত্যদা মতম-কুইনা তপ তৌরবা ভগীরথ-না ভাগীরথী গঙ্গা পুথরকপগা মান্নবা ৱাহৈ অমা ফংবদা চন্দ্রাদেৱী শাওরম্বা পুম্নক পুমকাও কাওখিদুনা ইংলবা-মুঙাইবা অমগী ময়াইদা তাবগা চপ মান্নরম্মী।

রমণীনা তেংথাদুনা লাই-খুয়া তানখ্রবা মতম-কুইনা কাউরু-রবা মপুরোইববু কৌরদুনা নচা চুপীগী তৌরিবা মতৌ অসি য়েংও লাও হায়না কপ্লম্মী।

মানা কপ্পগী খোল অদুনা চন্দ্রাদেবীবু করিমতা লেংহনবা ঙম্মদে। চন্দ্রাদি মুংঙাইবা ৱাখল অমদা মুংবংননা লুপতুনা লৈরম্মী।

রমণীনা হিদাকপু অদু পায়রদুনা মপী তৈথোক-তৈথোক্লা ইমুংলোমদা চংখিরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ৱাখলদা অদুম তাওদুনা বিভোলা চুদুনা লৈহৌই।

৮

নারাণগী য়ুমনি। মাগী য়ুম অদু মৈতৈগী য়ুমজাও কা-মঙানি। মাঙ্গোন কাদু ফমেনগা নাকথগদা ফরা থাজল্লম্মী। ইমুংগী বা মরি অদুসু কাথল কাথল থাদুনা থনম্মী।

মাঙ্গোন অদু উখোং থুদিংগী লাই অমমম খেৎলম্মী। থোংজাও মথক্তা অৱাং-খা থুংনা ফরাং অদু কুপতুনা মোইরাংগী খম্বা-থোইবীগী ফী শাবা অদুগা ফুবালা হম্লুবদা সেমু অচানবীনা

পানা পিজবনচিংবা য়েকপা লাই ওাক্তনা লাইয়েকপা মীগী তুরি মহাই যজবগী খুদম উৎতুনা লৈরম্মী।

ফমফম ফক্তা ফুৈম্র্রে-খেৎপা মখোংদা হিদাকপু পো'রোবী অমা মাংদা থারতুনা নারাণ ফমতুনা হিদাক থক্লম্মী।

ৱাধাচরণ-না খোং-থাং তপ্না-তপ্না থাংতুনা মাঙ্গোলরোমদা চংলক্লম্মী। নারাণ-না কৌশন্দুনা মনাক্তা ফীদা থাদুনা ৱাধাচরণবু ফমহল্লম্মী।

কনাগুম্বা মশক থংদবা নিপা অমনা ৱাধাচরণদা হিদাক হান্দুনা পিরম্মী। নিপা অসি নারাণগী মনাই নত্তে। লৈকাই অদুগী অস্নুম কোয়রকপদা নারাণগী মুপীনা হিদাক থরা লাম্থোক-পিরম্মু হায়দুনা লাম্থোক্লম্বনি। মহাক অদুম মখোয়না ক্ষম্বদুদা য়াওরম্মী।

ৱাধাচরণ-না হিদাক অদু পায়খৎলগা ৱা হোৌদোক্লকই—মেনেজর বাবু, ঐ ওসিদি ৱা অমতা হায়জগে লাকপনি।

নারাণ-না হিদাক চিংনা চিংনা থুম্লম্মী—করি ৱানো বাবু?

চন্দ্রাগীদি থংদে, ঐদি বাবুনা নহাল তাকপিবা মতুং-ইন্না তোকচবা তারে।

নারাণ করিমতা থুম্লমদে; হিদাক অদু অদুম চিংদুনা ৱাথল থন্দুনা লৈবগুম তোৌরম্মী।

মাগী ৱাদি ঐনা লোইথোকপা ওমদে।

করিগী ওম্রিবা ৱাধা বাবু?

মানা মমা লৈরিবনিনা……

হোৌজিক-কালগী মুপীবো মমা-মপা হায়বা লৈবরা?

মন্থ ঐ হায়কম থংদে ।

ফবে, অদুম্ব ওইরসম্ব, রাধাবাবু । নহাক্কী ওইরবদা নহাক্কা মাগী বিধি-বিধাতা নত্তরা ?

মন্থ মতমগী মতুং ইন্না মরাক্কনি বাবু ।

রাধা বাবুদি মরম অমগী তোকপা তারি, মরম অদুগীদমক চন্দ্রাম্ব তোকফম থোকই ।

মন্থম্ব মেনেজর বাবুগী রাখলনি ।

চুম্মী চুমবে হায়য়ুনে রাধা বাবু, ঐতনা পংহায় হায়বা য়াবরা ।

চুম্মী মেনেজর বাবুনা হায়রিহম্ব ।

নারাণ-না মাগী বা চুম্মী হায়তুদা মথোই কাবদুনা হো হো হায়তুনা ফাক্-ফাক্ নোক্লম্মী । অদুগা মখাম্ব অমুক তাথরম্মী—

ঐথোয় অসি পংপং পংবা নত্তবনি, ওইদবম্ব পংতাং তাংদবনি ।

রাধাচরণ-না হায়রম্মী—কদাইদগী পংগবনো ? অম্বুক য়াম্না চাওরবা থিয়েটর অমগী মেনেজর ওইরিসিবো ফাগিরা !

নারাণ-না নোক্রম্মী জয় ওইবগী মনোক্তা...... অদুগা অমুক হায়রকই— ফবে, রাধা বাবুনা হায়বা ঙমত্রবনিনা ! মাগীম্ব পাও অমা তাবদি তোররোই । মতোন্দা অহুম হায়বিয়ো, মাম্ব য়াওনা তোকপা তাই হায়না । 

রাধাচরণ-না তুমিন-না লৈরম্মী । তাইহাক লৈরগা অমুক থুমম্মী—মন্থ ঐনা হায়ববুদি মহাক্না অসিদা লাকপদ্দা হায়বিয়ুদা । নত্রদি, ঐনা হায়জিন্দুনা তোকহনবরা হায়না থনগনি ।

নারাণ-না খুমলম্মী— ফৈ অদুমু, মহাক লাক্লগা হায়বা হায়-ড়ুনি। মাবুদি খল্লগা রাধা বাবুবু খমত্রবদি ইখত্তা লাক্করে হায়নিমা।

রাধাচরণ অমু মাগী বা হায়গদবা লোইরড়ুনা চৎলগে হায়র-ড়ুনা হৌগৎখ্রে। নারাণমু অদুম ফমড়ুনা লৈহোরে।

ঙাইহাক লৈরগা রমণী লাক্লম্মী। মহাক লাকপদা নারাণ-না কীরম্মী.... কর্ণগুম সত্য-পালন তৌগে নীংলম্বা অমু কায়রগত্রা খল্লম্মী।

অদুমকপু তরাম্-তরাম্না কৌশন্দুনা হায়রম্মী—

করি খবক্তী ইন্দোন্-না লেংলকপবু?

ইবুংঙো, মুপীমচাড়ুনা করি করিনো পংঙাংদা ঙাংই। করি-গীনো মরম খংনিংড়ুনা লাকপনি।

তপ্না নারাণ-না হায়রকই— করি হায়গে চন্দ্রানা?

মানা হায়নে ইবুংঙো, লীলা যাওত্রে হায়না!

উম্ মাগা রাধাচরণগা মথোয়নি যাওত্রে।

রমণী মপুক্কিংদা পাখৎলম্মী। অমুগা হায়রকই—

করিগীনো তোক্লিবদি ইবুংঙো?

নারাণ পাক্ বা খুম্নমদে, নিংজিং-মাংজিং তৌরম্মী। মতৌ অমু রমণীনা মুম্না য়েংলম্মী। নারাণ-না চুরুপ অমা চম্লগা হায়রকই— ইন্দোন, মথোয়গী বাসি কয়া জুগোৎ চাবেদা, ঐ হায়দোক্লিংদে। মথোয় মশাক্না অদুম হুংলগা অমুম খংবিরুদা!

রমণী মুংশাসোর মপী অমা হোল্লম্মী। মায়থোং মকৃশিল্লম্মী। নারাণমু শক হুম্বা চুরুপ খকুনা লৈরম্মী, বা মথা তাররমদে।

রমণীনা অমুক হায়রকই— ইবুংঙো, মরমদি থংত্রেদনা ?

হন্থবা মায়থোংদা মোমোন-নোকপা চিন্‌বান্দগী নারাণ-না থুরম্মী— ইন্দোন্, মথোয়গী রা অসি ফজবা নত্তেনে। হায়য়ু হায়বরা ?

হায়দোকপিউদা হেত্তা, পাপীশিংত্বগী রাবু।

নারাণ-না হায়রকই— ইন্দোয়া পংতক্লা তরুবনিনা হায়রবা হায়ত্বনি। মথোয় অনিসে খুংশিনবা মাল্লে। রাধাচরণদি মশানা ফাওবা য়ারয়ে, মীনা ঙাংনবদগী হেন্দোক্নুনা। অত্বদা ঐনা তোকপিরো হায়গ্রবনি।

রমণী অত্ব খোইদৌ য়াম্না শাওগৎলম্মী। নারাণদা দোষ তৌবদি য়ারমদে, অত্বনা তুমিন্না মবুক্লিংদা মচাগা ময়া ওইদৌরিবা অত্বগবু য়াম্না থীনা চৈরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই— মথোয়গী মরাল-না মপোৎ ফাত্বনা ফংজবনি। হৌজিক কালগী নহাশিং অসিনা! ইবুংঙো, ইন্দোন্দি হঞ্জরগে, মরম অসিমতং থংনিংত্বনা লাকপনি।

ফনি ইন্দোন।

৯

রমণী খোংথাং থুরম্মী। প্রেৎ-প্রেৎ লাক্লুনা মমুমদা থুংলরে। মচানুপী চন্দ্রাদেবীবু চৈর-চৈরত্বনা ইমুংদা চংলকই। চন্দ্রাদেবীসু অত্বম ভারম্মী, উত্বপ্তা ঙাংবা রাগুম রমণীগী রা অত্ব চন্দ্রাগী মনাকোংদা চংনা চংনা চংলমদে।

চন্দ্রাদেবীগী মনাক্তা রাধাচরণসু লৈরম্মী, মত্ব উবদা রমণীগী

শাওবদু শরুক অনি-অহুম হেল্লম্মী। ফুংনাক্তা চংদুনা হিদাক হাল্ল-হাল্লদুনা চবেং–চবেং ঙাংলম্মী। লোইরদুনা হিদাকপুদা ঙাম্বক অহু পান্‌শল্লগা প্রোক্-প্রোক্ চিংনা চিংনা চন্দ্রাদেবীরোমদা ওন্‌শন্দুনা ঙাংলকই—

হায় ইকাইদবী, লৈশাবীনা নিপা-থিবী, মুপী ওইবগী ইকাইবা হায়দু মচেুৎ অমতা য়্াওব্রবরা ?

চন্দ্রাদেবীনা খুম্লম্মী— করিনোনে তৌজশারিশিবো। নংদি ফজরেদা, লেম্মে হায়, মীমাং-পোমাং করিমতা বিচার লৈতবদুদি লেয়েনে য়াম্না।

রমণীদু মচাগী পাওখুম তাবদা অমুক হেন্না শাওনিংলম্লে। অদুনা হায়রকই— করি, নংনা ঐবু মীমাং-পোমাং বিচার লৈতে হায়য়ে। নংদনবু ব্যভার তৌজবনি। ঐদি মাবুদি করি তৌজরুনি, করি থোক্লে হায়গে। করিগী ইকাইজরুনি।

চন্দ্রাদেবীনা খুম্লম্মী— তুমিন লৈবিরো খিত্তা। ওকচরে। চৈরগা কোক্তনি হায়বরা। থোকখ্রবা পোৎপু।

মশা পুম্নমক কীভম পৈনা থমদুনা মমায় অহু পৈরপ তৌনা রমণীনা হায়রকই— হিঃই, হিঃই, থোকখ্রবা পোৎপু। থেমজন্‌বা হৈবিরেদা। হোয়নে নংনা ঐবু পোকপনিনে। মী ইবেন-বোক হায়সিদি। নংনা মুমিৎ-থা উবা হান্‌বনিনা, চুম্মীনে। মায়থাবী-সিগা! ইকাইগে, তুমিন লৈগেদি হায়ব্রগা ঐগী চিন্‌-থক্তা মানামুক তন্‌-খুম খুম্মিনেসে।

ইমা নং য়াম্রেদনা ? অঙাওবীশিবো করিনো ? মাগী লীলাদু য়াওব্রগা কদোনি হায়গে ?

চরা হেগ্গনি হায়নি।

চন্দ্রাদেবীনা খোল লাওরপ তৌনা হায়রকই—

ঐবু থাকপিনবদি লৈরে। নংগীদুম অমা থাকপিনবা থিজৌ।

নং থরা থিবিরম্মু, ঐখোয়দি হৈজদে খংজদেনে। ইচাদি নিপা ফাবা হৈখ্রবপোৎনিদা।— য়াম্না শাওনা রাহৈশিং অসি রমণীনা হায়রম্মী।

অদুদগী হিদাকপু অমুক চিংলম্মী। মখোয় মমা-মচা অনিগী খৎনরিবদু রাধাচরণ তুমিন্না তারম্মী। রা ঙাংবা য়াওরমদে হায়বদনি, মবুক্লিংদদি ইকাইবা শাওনিংবা অনি য়ান্নরম্মী। সুপীগা চিন্নোক্ননা ঙাংনবা ক্ষত্তে হায়দুনা হৃম্ফদুনা লৈরম্মী। নত্রবদি হায়দি নিপা মমাম্বগা ওইরবদি শোয়দনা মহাক রা খুমগদবনি।

মহাক্না থল্লম্মী, রমণীনা রারিবসি মহাক্না কোকহনবা ঙম্মী। অদুবু চন্দ্রাদেবীনা য়াগত্রা খংদে। মবুক্লিংদা থল্লকপা রাদু হায়রগে হায়রগে তৌরকপদা করিগুম্বা অমনা খক্-খক্ পন্দুনা চিন্‌রাম্হোং য়ৌরকপা ঙম্লমদে।

চন্দ্রাদেবীনা মবুক্লিং চপ লেপ্পল্লে। মাপ্পী তোগদবা করিনো হায়বা মহাক তশেংনা খন্দুনা থমজরে।

রমণীগা চন্দ্রাদেবীগা অনিগী মপুক-মপুক্তগী মৈজাও হৌনবা মচাক পিক-থম্না হাক্সন্দুনা লৈরম্লে। হৌজিক ঙাইদুনা লৈরিবা হায়ববু মৈরিক অমত্তং চুনবা মতমগা চুগদবা মীপা অনিদা ঙাইরে।

রমণীদু হিদাক থকপা লোইরদুনা হিদাকপু থল্লগা মফি-মরোল হোংদোকে হায়না তৌরম্মী। লোইরপা অমুক রা

হৌদোকলকই—ইবুংঙো, নংশু ঙসাইমখৈ লৈরিবনি। করি তৌগে হায়ৱিবা, নিপা থৌদাং য়েংহনা মুপী মচা অসি পুগে হায়ৱিবরা? নত্রগা নৱাচানি নমা-নচা চরা হেন্দুনা লৈজহৌ হায়ৱিবরা?

তুমিন্না অহুম্মক লৈগে থল্লম্বা রাধাচরণ য়ারক্লে। অদুনা হায়রকই—ঐদি করিসু হায়বা লৈতে, অশুম্না ফনি হায়দুনা তৌবিয়ু।

অদুদি ফরে, নখোয় অনিনা থোকপা কদাইদনো স্বর্গদরা পাতালদরা চৎখ্রো, ইনাক নকপিররমু। মচারোমদা—হায় হিংচাবী চৎচখ্রো, নপুরোইবগা লোয়ননা। পার্ব্বতী য়াওদনা শিব মথন্তা লৈবা য়াদে। ঙসিদগী হৌনা নমা লৈ হায়বা কাওখ্রো। ঐ নংগী কনাম্ম নত্তে।

চন্দ্রাদেবীনা করিসু খুম্লমদে। অদুগা মপুক্লিংদদি মমানা হায়ৱিসি শাওবগী ঙাক নত্তে, শোয়দনা মাগী পুন্সিগী থোক্তবা য়াত্রবা অমা ওইদৌরিবনি হায়না খল্লম্মী।

মায়গৈ-শলাই মশক খংদনা কারকপা মথোন অদুনা লম-জিংখ্রবা মী অদুদি কনানা ইপা কনানা ইমা কনাগী অঙাং ওইরিবৈদগী ওন্-থোইনা লৈমিন্নরকপা মরূপ-মপীজা অপুম্বা কাওবদু চন্দ্রাদেবীসু ঙসি অদুম তৌখ্রে। অদুনা মমানা চৎলো হায়বসি গুরুনা শিষ্যদা ব্রহ্মবিদ্যা ফংজো হায়না বর পিবগুম থোক্লম্মী।

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণদা হায়রকই—অদুদি চৎনবা তৌরসি, ঐ ফীরোন লোইশল্লরগে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রাদেবী হৌগৎখ্রে। রাধাচরণ-না তুমিন্না

লৈরম্মী। রমণীস্থ মচানা তৌরিবা মতৌদু য়েংদুনা লৈরম্মী, করিমতা হায়রমদে।

১০

রাধাচরণগী রা-যুমনি। ফক্লাং অদু লৈক্রেক চৎপদগী হেন্-দোকখ্রদুনা লৈপাকপু ইয়াও য়াওরমগ্রে হায়বা য়াই। কদাইদগী য়াওগবনো চহি তরারোম শুরবা য়ুমনি। য়ুমথক অদুনা মমুংদা লৈবা মীগী হকচাং ফহন্দবা য়াদে মতাগুম মিহুৎথোং মরি মঙা মুংশিৎ-মুংশা চংনবা ফাৎপা মতাগুম্মী। থোংস্থ ফকৃতা সম্বি লৈঙোই তৈদুনা শুদ্ধ তৌবদগী হেন্দুনা কন্নবস্থ তৌরম্মী। অদুস্থ চহি তরাগী পোৎনিনা মিৎয়েং মুন্না তাবা মুংঙাইবা পোৎ নত্তে।

য়ুম অসি চন্দ্রাদেবীনা চংলকপদা ভক্তনা মন্দির চংবগা চপ মান্ননা তৌরম্মী। থান্ননা সীতাদেবী নিংশিংবিয়ুদনা। পঞ্চবটী বন্দা অরা-অনং ময়ামদুবু মুংঙাইবগী মওং অতোপ্পা ওইনদমক থল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীস্থ মুপীনি। মাস্থ অথাং কন্‌বগী মশক থংদবা য়াবরা?

অসিগুম্বা য়ুম অসিগী মমুংদা রাধাচরণ-না চক্কগী মোম্পাক অমা মী থংখিনি মতাগুম ঙবোং অমুবা চহি অমা ফানা ফীগু হিদাক মনম ফংত্রিবা অমনা কুপ্পগা হিদান মচা অমগী মথক্তা তাদুনা লৈরম্মী।

অসি উবদা চন্দ্রাদেবীগী মপুক্লিংদা তুকচবা পোকলম্বরা··· পোক্লমদে। মাগী থম্মোয় অদুদা তুকচবা কৌবা পাপকী পুকচেল অদু মফম ফংলমদে। ম্না-কোক্লুংগী মোম্পাক মোত্তেক্লা কদৌনি, মদুদগীবু হেনবনি হায়না চন্দ্রাদেবীনা থল্লম্মী।

পুথম কয়া লৈরম্মী পারিবা মীশিংনা থংনিংজিনি। অদু ওইরবদি হায়জগে, অরেংবা মীবু মুংশি হৈতে হায়বিবা য়াদে। পুথম লৈরমদে, মুংতেঙ্গোং অনি লৈরম্মী। অচৌবা অদুদা চাক থিরগা চারম্মী।

অসিগুম্বা লনগী মপু ওইরম্বা রাধাচরণ অদু অমরোমদদি করি তৌরম্মী, অদুক তাবিয়ু। ফৈজোম মরোল ফুরিৎ মরোল খোংউপ জাৎ অনি অছুম মীরক তিন্‌বা য়ানবা অদুদি থোরাং তৌরম্মী। অদুদা নত্তনা ঘড়ি ফাওবা মথুদাংগী লৈতেং হাপ্লম্মী।

লমজাও থোকপদা ফজরগা লোইরে, য়ুমদা চফু-মীরাং থাংববো মীনা উবিবা পোৎলা! অদু নত্রবদি মথোন-কারকপা মহৈ কদাইদা য়ানগদগে?

চন্দ্রাদেবীনা ইমুং অদুদা খোংদাবগা মপু ওইবগী পুকচেল অদুনা ফন-লাওনা চোংশন্দুনা মাবু তাপ ফাই। ফাবদা নত্তনা অদুদগীদি ইমুং-মনুং লোইশনবগী থবক পাইয়ু হায়দুনা অইনবা অমসু য়াওরম্মী।

পূজারীনা মবুংঙোগী সেবাগীদমক লুক হোবা হৌনবনি। থবক অতৈ অতৈ লোইরগা চন্দ্রাদেবীসু রাধাচরণগী সেবাগীদমক চাকথুম নাক্তা পূজারীগী আসন্দা ফমদুনা লক্ষ্মীদেবীগী মূর্ত্তি লৌরম্মী।

লুক-কৎপা মতম ওইরদুনা চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণবু কৌশল্‌-লম্মী। মহাক্না চা-লুক মাংদা থারগা ফমদুনা আচমন তৌগে তৌরকপদা রাথল অমা থলম্মী, অদুদগী আচমন তৌনা তৌনা রা

হায়রকই— চন্দ্রা, ঙসি নং নৎলমগ্রবদি লুং-তেঙ্গোত্তা চারম-গদবনি ।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী । অদুগা হায়রকই —চাহুম চারো, লোইরগা ঝারী শাওবা ।

রাধাচরণ-না হুকুম ইল্লম্মী । অদুবু ঙাংনিংঙকপনা হুকুম কুইনা ইন্‌বা ঙম্লমগ্রে, অদুনা হায়রকই—

চন্দ্রা !

করিনো ?

নংগী পুথম তেঙ্গোৎশিং অসি নহোয়গী ইমাগী করিমত্তা থনমগ্রবরা ?

থনম্মী, ঐনা মহোশা চাবতু ফাওবা থনম্মী ।

অসিদি কনাগীনো ?

চন্দ্রাদেবীনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা খুম্লকই—

ঐখোয়গীদি ইমা-ইপানা তৌবিরোই থংদুনা ঐনা ইশানা অউনপোৎ থরা ঙমজবা লৈদুনা থমজবনি ।

ওঃ অদু ওইরেকো । অসি হায়না হায়না রাধাচরণ চাক চারম্মী । অদুদগী অমুকম্ন হায়রকই—

চন্দ্রা !

করি ওইরনো ।

ঙসিদি নম-হায় তৌরেনা !

মা-ই মা-ই যুগ লাক্লদি খাম্বা য়াবরা ?

মখোয় অনি থরায় ভানা নোক্লম্মী । অদুগা রাধাচরণ-না অমুক হায়রকই— চন্দ্রা, ঐখোয় অনিগী লুংশি-পাম্বীদগী উহৈ

অমত্তং পাল্লবদি মাই-পাক্তিগা হায়দুনা নমহায়গী যুগ লোইহনবা য়াগদবনিদো। করি হায়গে।

চন্দ্রাদেবীনা করিমত্তা খুল্লমদে। অদুদগী রাধাচরণ-না অমুক হায়রকই— ওাইখো অতৈদি লাইরি চন্দ্রা, নং শাউগদরা রা অমা হংগে হায়বো?

ছোক্তিক্রা থংনবা হোরগে হায়বরা?

নত্তেদা থংনবগী রা নত্তেদা।

অদুদি করিগী শাওরুনি হায়গে?

হায়রগেদো।

হায়য়ুনে।

ঐনা অস্থম থন্‌বদা চন্দ্রা নংসি থম্মোই কনখ্রেদা।

থম্মোই-মেংবা হায়দুদি মুপীগী মরন্নি। অদুবু ওসি রাধা-চরণ-না চন্দ্রাদেবীদা ওন্ন-তৈননা চালান তৌরকপসিদা মতীক চাবা পাওথুম্নিংলম্লে। অদুবু মরম হান্না থংনিংলম্মী, অদুনা হংলম্মী—

করি তৌরগে ঐনা?

নংনা তৌববুরা?

অহোয়।

নমা অপোকপীত্তবু হুন্সেকপা ওল্লিসি হৃদি কনবা নত্রা?

চন্দ্রাদেবীনা রাহু তাবদা মোমোন তৌনা নোক্লগা থুম্মী— মীগী মমাগী মথাদগী মচাবু মুল্লকপা নিপানদি থম্মোই কল্লগা ঐখোয় মুপীনা করম কনগদৌরিবা?

রাধাচরণ-না অহু তাবদা নোক্লম্মী, অহুগা হায়রকই— নখোয়না য়াত্ত্রবদবু ঐখোয়না নমহুনা পুবা য়াবরা?

য়ানবা শিল্লিদনা নিপানা।

করম্না শিল্লিবা চন্দ্রা করম্না?

লৈবাক্কী চৎনবী শেম্বা-লেংববু নিপারা মুপীরা? মুপীনা শিল্লগবু মখোয়গী মুংঙাইতনবা শিনগদ্রা? নিংথৌ কনানা ওই— নিপানা নত্রা, অঙম-অথৌ ক্ষম্নাইবা কনানা ওই— নিপা নত্রা?

রাধাচরণ অহু চাক চারম্বদগী ফাক ফাক নোকথোক্লক্লে। অহুদগী অমুক করেম্নবা খোন্দাদা হায়রম্মী— অহুবু নখোয় মুপীনা নপাং পাংজদহুনা তৌবনি।

কনানা ঐখোয় মুপীসে পাংই হায়বগে। পাংদবগীদমক নথি-পোরো ননম-পোরো হায়হুনা খাংজরিসিনি। অসিনা হুদি কন্‌বনি হায়দি য়াদে।

থেমজনবগী খোন্‌দাদা রাধাচরণ-না অমুক হায়রকই— হোয়দা নিপা ঐখোয়সু পাঙ্গল-লৈ হায়হুনা পংচাও চাওথোকপা য়াদেদা। নহোয় মুপীগী অথাং-কন্‌বা হায়বহু ঐখোয় নিপাগীদি য়াম্না রাৎলি। হুম রাৎপদা নত্তে লৈজদবনি হায়বহুম য়ারিবনি।

অহুদগী রাধাচরণসু চথোম অরোইবা অনি-অহুমহু হুক্লগা হোৎলমলে।

## ১১

নোঙাল্লগা রাধাচরণগী মরূপ শ্রী থিয়েটরদসু য়াওবা চন্দ্রহাস লাক্লম্মী। চন্দ্রহাসতু চন্দ্র-থানা থাজৈশেংবা নোকপনি।

মুমিৎ চুপ্পা মায়থোং মকা লামচুনদা লৈবনি। শুকথবা হায়বচু নোংমতস্থু মশক থংদে হায়বা য়াইমা।

চন্দ্রহাসনা নোক্ল-নোক্লদুনা চংলকই— অদুগা চন্দ্রাদেবী-রোমদা প্রেৎ-প্রেৎ চংদুনা হায়রম্মী—

মুপী পোকচমল মহৈ য়াঞ্জরেদনা?

চন্দ্রাদেবীনা হঙ্গোইবা মী অমা নৎলমদে। মাগী ৱাতাসিগী হায়ক্করবদি তথি-তথিনা নত্তগা করেম্ননা তয়াং-তয়াংনা চন্দ্রানা খুম্নিংলম্মী। অদুদা মহাক্না নৌনা মরা-মপুরোইবগী ময়মদা লাকপদা ঙাইরিবনিনা নোক্তমক নোক্লম্মী করিমতা খুম্নমদে। নোকপচু ফাওবা মখোন থোক্লমদে— মাগী ৱাখ-কফোই মরু মানবা য়া অঙৌবা ময়ামদুদা উৎলগা তোক্লম্মী।

অদুদা চন্দ্রহাসনা অমুক হন্না হংলম্মী—

হায়য়ুনে হায়, মসিনা ইরি-লিখৎলদুনা তৌরিসি। নৌর-বনিগা হায়দুনা। নংবু কনা লৈদুনা ইকাইরিবনো। নিপা হায়রা নশানা অপাম্বা খঞ্জবনি।

চন্দ্রাদেবীনা অদুম তাদমক তারম্মী, করিমতা হায়রমদে।

অদুদগী চন্দ্রহাসনা রাধাচরণ কদাইদা চৎখরে হায়না হংবদা চন্দ্রানা খুম্নম্মী—

আঃ য়েন-খাদা চিন-শেংই।

এঃ য়াহৌ য়াম্না থেংলেদা। ঐস্থু থেংলে হায়রবনি।

মখোয় অনি অস্থুম্না ঙাংনরিঙৈদা রাধাচরণস্থু লাক্লুনা মাং-গোন্দা মখোয়গী মরক্তা য়াওররে।

চন্দ্রহাসনা ইহি-হিগৎনা হংলকই—

রাধা, নংনা চন্দ্রাসি লাইরা তৌশল্লবরা ?

ইতপ-তপ্না রাধাচরণ-না হায়রকই— করিগী লাইরানো ?

মরোল থোক্কেনে।

অদুদা রাধাচরণ-না নোকমি নোকমি তৌরদুনা থুল্লম্মী—

হেরা, চন্দ্র নংসিমা, সতীদি নিপা অতোপ্পা অমগা রা ঙাংনবা য়াদে হায়দুদি নং কাউরবরা ?

হোয়নে, লাইরা অদু নংনা মঙোন্দা তম্বিরমাল্লেনে! নিতি-গীদি ঐ হেক উবদা মচু-পান্বী লিলগুম ফী-ফী কাম্বনি। অদুবু ঙসিদি ইতুক-তুকথরদুনা।

রাধাচরণ-না শক হজিন্দুনা হায়রকই—

অং চুম্মি। মাগী তুকথবগী মরমদি অতৈ কৈস্নু নত্তে।

করিনিনা অদুদি।

রাজসিংহাসনদা ফমগদবী মানা লাইর থাংপোকশংদা লাক-পদি তুকথদনা কদোবা য়াগনি ?

মরক অসিদা চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই— হায়হৈদে, ঐগুম্বী করিস্নু লৈত্রবী ইশৈ-নোংমাই তৌবিবু মীগী রাজ-রাজেশ্বরীগা প্রমাণ তৌবা য়োনদে।

লাইরবগী অদুক নংনা ইশৈ তৌজবনি, শকী হায়রুরদি ইন্দ্রগী মহারাণী শচীদেবীনা ইকাইদুনা লোৎলে হায়বদুনি। —রাহৈ অসি চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী।

চন্দ্রানা ইকাইদুনা অদুম তুমিন্না লৈরম্মী।

অদুদগী চন্দ্রহাসনা রাধাচরণদা হায়রম্মী—

রাধা, ঐ রা অমা হায়গে, মীনস্থ লোইরে নহোয়না তৌরিবা থোদৌ অসি ঙাংনবনা।

করি করিদি ঙাংনৈ ?

করিবু কান্নগবনো তম্মুদনা। অহুগী শরুকপুদি ঐ রা অমা হায়গেসে।

হায়রুনে, করি রানো।

নংগী লুপা লিশিং অমদি লৈরিদনা।

লৈরি।

সে, অহু ওইরবদি মহুদগী চনিরা-চহুমলা কাইথোক্লো, কোলিক থরা লৈশন্সি, অহুগা য়ুম-কৈ থরা শেমসি।

য়ুমদি লৈবনিনা মশেমগনি কৈদি লৈতেবো।

হেরা ফাগিমুক তৌরসু রাধা।

রাধাচরণ-না অহুদগী হায়রকই—ঙাইথো, চন্দ্র, ঙরাং লীলাগী কাংবুনা ঙাংনদ্রা।

করি কান্নগে অহুবু হংলুহুনা। মথোয়দি পেঙ্গরবনি। নারাণ-না অমুক হেনখ্রে।

নারাণ-না করি হায় চন্দ্র।

মানা হায়ববো ?

অং নারাণ-না করি হায়গেনে ?

মানা হায়রে, মুং-তেংগোৎ চাহুনা লৈবা নিপাহুদা চন্দ্রা হায়হুনা লৈনিংলিববু করিগীনো অসিনি।

রাধাচরণ-না রাহৈশিং অসি ভাবদা উং উং লাউনা শাওরক্মী। অহুবু মানা শাওহুনা কদৌনি সাক্ষী ওইবিগদবা মীনদি

মাগী মরূপ ওইরম্লে। অদুদগী হায়রকই— চন্দ্র, নংনা থরা ফনবা শিল্লম্মু। লুপা অসি পুখ্রো। ঐদি তৌকম থংদরে।

চন্দ্রহাস অদু লুপা থরা পুরগা কৈথেল কাখ্রে, অনৌবা অনৌবীগী পোৎ লাংবা।

মখোয় অনিদা ঙাইরবা কালদদি চন্দ্রাদেবীনা রাধাচরণদা হায়রম্মী— মখোয়গী শ্রী অসিদা শিরদি পেন্নিদা। মাগী নারাণ হায়বরা করি হায়য়ে মানা হায়জবা শাববু। মানা নিংবু পৈশা থরা পাইরগা পংঙাং ঙাংবা য়াদোগুম্না।

রাধাচরণ-না শাওবদি হন্থরমদে হায়ববু তপ্পা হায়রকই— অদুম্না হায়গমু চন্দ্রা, শ্রী থিয়েটরগী মপাম্না নংবু ঐনা ফংজবনি। মখোয়গী লীলাসি হিংনবা লাই থুরুম্মু, ঐখোয়গী পূর্ব্বরাগকী রারী কাওদনবা।

অদু ওইদুনমু মখোয়গী নারাণ হায়দু মুংশিদেনে।

মাগী মপান্ননিনে নংবু ঐনা ফংলিবা। চো চো থবক ইন-খাং তৌরুচো।

চন্দ্রাদেবী থবক অতৈ অতৈ তৌবা চৎখ্রে।

রাধাচরণ-না চন্দ্রাদেবীবুদি থামজল্লম্মী, অদুগা মশাবুদি খাদ্বা ঙম্নমদে। শাওনিংবনা মপা লৈরমদ্রে। লমন শিংনিংলম্মী, অদুবু করম-হায়না শিংগনি ?

মথরায় মুংঙাইতবনা মাসু লৈফম থংলমদে। চুরূপ অমা চম্নদুনা রাখলগী ইয়ায়দা তাউদুনা লৈরম্মী।

মানা অসুম কম্না কম্না মং মংবদুগী হাইরপ থরদি অসিনি— মথুক্তা লৈরিবা শেল অসিনা লৈরিবমখৈ চন্দ্রা মখোয়নি পানবা

য়াগনি। অসিনা উচি-চাহোনদোনা অমুম লোইরকপনা পুংলোই লোইবা মুমিত্তা করি তৌনি ? মতমমতুদা শোয়দনা নারাণ মেনে-জরগী য়াকাদা তাগদোরিবনি। মতমমতুদদি মীনা নোক্নবগী রাদি থম্মু থমথ্রতুনা মখোয় অনিনা রানা থাংগদোরিবতুনি—অতুনা হেয়া লুখ্রে। করম্বা শিল পাইরগা কৃষ্ণ সেবা ফংগদগে ?

ওম্মোকপনি, নহালমথৈদি রাধাচরণ অতু অসিগুম্বা রাথল অরূবা অমতা থল্লমদে। হৌজিক্তি চন্দ্রাদেবী ফংবগী মুংঙাইবা হেঞ্জল্লকপগা লোয়ননা রাবগী মরূমম্ম হেন্না হেন্না লুমশল্লক্লম্মী।

থন্নবমথৈ থল্লরগা ঈশ্বরনা তম্বা লাক্কনি হায়দুনা রা লেপ্লম্মী।

১২

থা অমগী মতুংদা। রাধাচরণ মুমিৎ চপ য়ুংবা মতমদা থবক থিরুই হায়দুনা চল্লক্লম্মী। মানা লাকপদা চন্দ্রাদেবীদু মপী তৈথোক্লুনা চাকথুমদা লৈরম্মী।

মুংশা মরক্তা রারকপা অতু মুপীগী কীভম উবদা কাউরতুনা কপ্লিবতুগী রাথল থল্লক্লে। মৈথু চংতুনা কপ্লিবরা হায়নম্ম থল্লম্মী। অদু নত্তনা মরম অকীবা করি অমা লৈরমদগে হায়নম্ম থল্লম্মী।

মুম্না ঙাইহাক লেপতুনা য়েংলগা হংলকই—

চন্দ্রা করি তৌরে নংনা কপ্লিবো ?

কৈশু তৌদে—হায়নদমক থুল্লম্মী।

কৈশু তৌদনবু নপী তাবা হৌনবরা ? মৈথু চংলবরা নত্রগা নমিৎ নারবরা ?

চন্দ্রাদেবী থুল্লমদে। অকীবা অমা মবুক মমুংদা লোৎতুনা

লৈরম্মী। মানা মরম অচুম্বা হায়দোক্লগা করিগুম্বা চৈবিগদরা হায়না কীবনি। মরম অসিনা য়ারিবমথৈ তাক্লোই খল্লম্মী।

অদুবু রাধাচরণসু মাগী মুপীবু অৱাবদা তাবা উরগা মরাই-বক্তীনি হায়দুনা ছন্দোকৃতুনা থম্নিংবা মী নৎলমদে। গুম্বমথৈ মহাক অৱাবা মরম খংদুনা কোকহন্নবা তৌগে নিংই। মরম অসিনা মহাক্না অমুক তম্না হংলকই— হায়মু কদোরগেনে হায়? নপীবু অরেম্বদা তাহন্বা হৌনবরা?

কৈগু তৌদেদা, ইরুদুম লুজরুরো, চাক লোইরে।

রাধাচরণ-না খরা কল্লপ তৌনা হায়রকই—

ঐবুদি লুজরুনি। নংনা কপ্পিবো করিগীনো হায়নিমা ঐঙোন্দা হায়দুনা কান্নদে অসিরা? নহাক্কী অৱাবা কোকহন্বা গুম্বা মী নত্তে হায়দুনা তৌরিবরা?

হুঁ, নত্তেদা, মতুগী নত্তে অওইবা।

মতুগী নত্তে হায়সিবো, অদু ওইরবদি হায়মুদনা করিদৌরে। য়ারোইদৌরে হায়দুনা চন্দ্রাদেবীনা থেমজন্‌বগী মুরদা হায়রম্মী— হোরেন তপ্পা চাক-কা চাবা লোইরগা হায়গেনে। হৌজিক মুংশা মরক্তগী হল্লক্লগা পোথাসু পোথাদনা রা অমুক থন্নদুনা লৈবা কত্তে।

থেমজন্‌বরা হায়ববু অমুক হেন্না লুমঝল্লম্লে। ইংলগা পোথারগা হায়বা—তপ্পা হায়গে হায়বা— রাতাসিন্নদি রা অরাইবা নত্তে হায়বা রাধাচরণতু খন্দবা গুম্লমদে। থোইনতুম কীরম্লে।

অতুনা করিমত্তা ঙাইনিংলমত্রে, য়ারিবমথৈ থুনা খংনিংলহুনা রাধাচরণ-না হায়রকই—

থুনা হৌজিকমক খংনিংলে, ঙাইবগা ঙম্লরোই। হায়মু করিগীনো চন্দ্রা।

চন্দ্রাদেবীনা মাগী বুদ্ধি থেল্লিদা হায়না খল্লম্মী। য়ৈথোক্লবা হায়বরা হায়বো য়ৈশিন্নবা থোকখ্রে! মুংশিবগা লোয়নবা য়াথংনা কন্‌বনিনা চন্দ্রাদেবী মা লোৎপা ঙম্লমদে, অদুনা হায়রকই—

ঐ নঙোন্দা হায়নিংদদুনা তৌবনি। অদুবু মহায়রগে।

করিগী হায়নিংগ্রিবা?

অতৈ কৈশু নত্তেদা, ঐখোয়গী ইমাদু য়াম্না কন্না নারে, ঐবু শোল্লকই হায়য়ে।

নহোই ইমা নাবগী পাওবু ঐঙোন্দা তম্মিংদবা। ঐনা তারগা শাওনি, অসি নত্রা?

চন্দ্রাদেবী করিমতা খুম্লমদে। উয়ান্দা খাবৈনা ক্রোক ক্রোক ঙৎতুনা লৈরম্মী।

রাধাচরণ-না অদুদগী হায়রকই—চৎলুদনা, নংবু উননিংই হায়রদি। শিরমদাইদা উননিংদুনা তৌরিনি। অনাববু য়ারোই-দৌরি হায়বরা?

হোয় অদুম্মা তম্লম্মী।

ঐবুদি লাকউগা হায়রমদরা? লাকউ হায়দ্রবদি চৎলুবা চুমদে।

কদৌষ্ট হায়গে?

ঐনা হোরেন চংলুরগা মথরায় মুংঙাইতদুনা অনাবা হেন্-জনখ্রবদি ফত্তেদনা।

কৈশু হেঞ্জল্লোই।

লাকউ হায়রম্বরা নে।

ঙসাই ইচে তোম্বীনা হায়রম্বদি ঐখোয় অনিবু লাকউ লৌখৎকে হায়রম্মী।

লৌখৎপা, শিরমদাইদা লৌখৎপা।

অসি হায়রগা রাধাচরণ-না খল্লম্মী— নহাল কল্লিভৈদা ওই-রবদি ফগদবনি। মখোয় অনিনা পিরম্বা চৈনাখোম্না নাবদগী শিগদৌরিবনি। আইন্-না থিংবা ঙমদবা মীহাৎ হায়বদো চন্দ্রাগা মাগনা তৌরিবনিকো খল্লুবদা মথরায় পুবা য়ারমদে। মীগী মচানা মুপী থি, মনেম-মকু মপা-মমাগী মথরায় শোকহন্দনা, অদুগা রাধাচরণগী লাইবক্তি ওত্থোকপনি।

ঙাইহাক খন্‌বমথৈ খল্লুরগা হায়রকই— চন্দ্রা, চাক প্রৎ-প্রৎ চারসি, অদুগা চৎসি অনাবগী সেবা খরা ফংহৌবরা য়েংলুসি।

মানা য়াম্না কীনা খল্লম্বা রাদু ইলাই-লাইনা তৌরম্বসিদা চন্দ্রাদেবীদো মমা নাবগী রাবরা মথরায় অদুদা মুংঙাইবা খরা ফংজরম্মী। থবক প্রৎ-প্রৎ লোইশন্দুনা চৎনবা থৌরাং তৌগে নিংলম্মী।

রাধাচরণসু মফী-মরোল হোংদোকৃতুনা ইরুজনবা থৌরাং তৌখ্রে।

চাক চানা চানা রাধাচরণ-না হায়রকই— চন্দ্রা, নহাক্তি খংব্রা, নহোয়গী ইমানা নারিবসিগী মরুদি ঐখোয় অনিনিদো।

মানি। অসি থোকনি হায়দি খংদেদো।

নংদি লাইরদুনা ঐ ফাওবা খংলমদে। ঐখোয়গী পুক্তিসি অসুম্না খংদবদা ওইদুনা তোকদৌরিবনি। রাক্তরসু চন্দ্রা, নং

ঐগী লাইবক্কনি। পীতৎ-পাতৎপগা পীতৎ-পাতৎপীগা হায়রুনি। নংনা ঐঙোন্দগী অমতং হেন্বনি। মান্নক্রবদি ঐখোয়নি কুইনা তিন্নবা য়ারোই। মত্তুনা য়ানবা লাইনা থৌজানবনি হায়না খনসি।

ইমা হায়সে লক্ষা হায়ত্তুনস্থ য়ারক্তে। কদৌগনো হায়না হুন্দোক্লম্বনি। অত্তুবু মাদবা মুংশিদবা ঙম্লক্তে। ইমাস্থ মচাবু কাউবা ঙমদে।

কদাইদগী চন্দ্রা, মমা-মচাদি লাইরত্তুনা মপা-মচা ফাওবা অকাউবা কয়াগী মরক্তা ইশিং ইচাও লাকপগুম্না মখোয়গী মুংশিবত্তু ফুং-ফুং অমু-মুক হৌরক্লিবনি।

থাদোকপা ঙমদবা মুংশিবা! অসিবু করি মতৌনো?

চন্দ্রা, মসি প্রেম নত্তে, মায়াগী কাম হায়ত্তুনি। ঐগী ঐগী হায়সিনা অকন্বা য়োৎহ্নিং ওইত্তুনা ঐখোয়বু মায়াগী কৈশুম শংদা পুন্দুনা থম্মবনি।

মায়া হায়সিবু করিনো?

কনানা থংনো। তাইবংপানবগী অওইবা মশক কাওহন্দুনা মুংঙাইবা মতেক-মতেক পিরগা অমুক অমুক অৱাবদা লংখবসি ওইরমাল্লে। মায়ানা কমদৌরি, চন্দ্রা? মতমবাক্তা অঙাং অঙ্গোদোনা হাই-হাইদুনা শাম্মরি ঐখোয়বু। মত্তুদা অঙাং মচাদোনা ঐখোয়না মুংঙাই হায়ত্তুনা নোক-খেবা শারি। মত্তুদগী মায়ানা মচিং লাক্তুনা য়াম্না ৱাংনা লংখৎলি, অত্তুদা ঐখোয়না অমুক কপত্তুনা ঙসাই নোক্লম্বত্তু কাউই। উরেদনা ঐখোয়না অঙাং পম্লগা ময়ক-মরক্তা লং-লংত্তুনা শাম্মবদো।

চন্দ্রাদেবী করিমত্তা হায়রমদে, তাবদমক তারম্মী অতুগা মরক মরক্তা মপী তৈথোক্লম্মী।

১৩

মাঙ্গোন্দা মী মরি মঙা মমায় শুকথত্নুনা হিদাকতি ঙাম্নক অমমম পাম্বরত্নুনা ঝাৰী শাত্নুনা লৈরম্মী। মথোয়না শারিবা ঝাদো মরূদি রমণীগী অনাবগী মরমদনি।

ইমুংদনা লপ্লেন কাগী ফম্মেন্দা মাইবনা পুক শুত্নুনা রমণী লৈরম্মী। মাংশোকলোমদা ফক অমদা মরূপ-মপাং থরস্থু ফমত্নুনা অনাবীত্নুবু য়েংলম্মী।

রমণীনা কম্না কম্না নাহেরম্মী। মরক মরক্তা চন্দ্রা হায়না থংহায় থংহায়স্থু শোল্লম্মী। কনানা কদাইদা ফম্মী হায়বা ভাব তারমদে।

অস্থুম তৌরিঙৈ মতমদা চন্দ্রাদেবীনা মমাগী খুয়াদা চংত্নুনা খা-থংবা নাকলদা ফমগে হোৎনরম্মী। মানা খুয়া য়ৌরকপদা ইথং থংহোদনা রমণীনা ইচা লাক্লবরা হায়না লাউরকই।

চন্দ্রানা ইমা ঐ লাক্লে হায়না খুল্লম্মী। প্রেৎ-প্রেৎ হোৎ-চন্দুনা মমাগী মথা মনাক্তা ফম্লম্মী। মমিত্তা পীগী ইরা চেল্লম্মী। ঙসাই মথৈ জ্ঞান তারুদবত্নু জ্ঞান হন্থরক্লুনা রমণীনা মচাদা হায়রম্মী— ইমাগী ইবেম্মা, ইয়ানিপাদি লাক্ত্রা, ঐবু উননিংদরা ?

অসিদা ফমত্নুনা লৈ।

রমণীনা মমায় অৱাং ওন্দুনা য়েংলম্মী, মন্নানিপাবু উরত্নুনা হায়রকই— ইনেমগী ইবংঙো. ইচা অসি নথক্তা শিন্নরম্নগে। ঐদি

নখোয়গী নরক্তা লৈয় হায়না তমজ্রে। নংনা চন্দ্রাবু লুনা তৌবি-য়ুকো, থাদোকনুকো।

রাধাচরণ-না তপ্না তপ্না হায়রকই— ইমা ইবেম্মা, চন্দ্রাগী দমক করিমত্তা শুনবিগনু। ঐগী থরায়না হিংলিবমথৈ মাবু ঐনা থাদোকপা তৌরোই।

ঙাইহাক অম্মুন্না রা ঙাংনরগা রমণীচু অমুক তুমিন্না লৈখরে। ময়ামসু রা ঙাংলমদে, অনাবা পোত্থারিমাল্লে হায়দুনা। অমুক মিৎ পাংথোক্লগা চন্দ্রানা কন্বা মায়কৈরোমদা য়েংলকই, শংত্রিক শংনা য়েংলগা হায়রকই—

ইবেম্মা নং লৈরিবোরে? নখোয় অনিদি য়ুম শংবিনবা অমতসু লৈহৌরিরোই। অমা চৎলগেরা? হুম, চৎখিনু। ঙসিদি ইমা য়ান্না থরায় মুংঙাইরে। নখোয় অনি ঐবু চাক থোংদুনা পিজরমখো। অদুগা চৎকে হায়রসু চৎলু।

চন্দ্রাদেবীচু মমাগী সেবা তৌবিনবা মী অমতা লৈতে হায়বা উরম্মী। লৈকাইগী য়ুম লোন্নবা মীনা মমা মচাগুন্না চংদুনা সেবা তৌবনি। অদুনা খুন্নকই— ইমা, ঐখোয় চৎখিরোই, ইমা নাবা ফত্রিকাওবা লৈখিনি।

রাধাচরণ-না মমা-মচাগী রাচু তাদুনা অদুম লৈরম্মী, করিমত্তা হায়রমদে। মাইবনা রাধাচরন্দা ওনশন্দুনা হায়রম্মী— ইবুংঙো, নখোয় চৎখ্রবু। নহালমথৈ লৈকাইগী মীনা সেবা তৌরকইবনি। অদুনা নখোয় লৈরবদি মখোয়সু থরা পোত্থাজরগনি। ননেম্মোক্লা চাক চাগে হায়রিসি থোংনবা থৌরাং অদুক তৌদনা।

য়াম্না ফনি।

চন্দ্রাদেবীদু মমাগী মনাক্তগী চৎথোক্লিংলমদে। যমদূত-কী মথুত্তগী মমাবু মুনবা য়াগদোৱুম শংদুনা অদুম লৈনিংলম্মী। মদু উবদা রাধাচরণশু অদুম চন্দ্রাবু লৈহন্নিংলম্মী। অদুনা রাধাচরণনা হৌগৎতুনা চাক চথোম অমত্তং থোংনবা হোৎনরম্মী।

রাধাচরণ নঃ চাক থোংনা থোংনা খল্লম্মী— তৌরিসিবু মিত্তা-খমদা হায়দুরা? ঐনা থোংলিবা চাক অসিবু চাবা নংগদৌরিবরা। ফীভম অসি য়ৌখ্রবদা চাক চাগে হায়বসিবু চানিংবনা মতৌরবরা নত্রগা ঐবু লৌথৎকে তৌরিবরা?

মতৌ অসুম তৌরিবৈদা লৈকাই মী থরনা রা অমনিগা ঈ মপুন থরগা পুদুনা থুংলরে। মদু রাধাচরণ-না মপান্দা থুৎচুম হৈদোকপা থোকপদা উরুরে। মদু উরুবদগী নোংমৈশিংজংনা পানবগুম্না রাধাচরণগী জ্ঞান পুম্মাং মাংলম্মী। অদুদগী ইমুং চংলগা হন্থরক্নুনা খল্লম্মী— চাক প্রেৎ-প্রেৎ লোইবা তাই! চৎত্রি-বৈদা চাক চথোম অমত্তং চাবা নংনবা।

অসি খন্দুনা মৈ কন্না থাগৎতুনা হোৎনরম্মী। চাক মুক্লে থিরগে হায়দুনা পুথম পুশল্লম্মী। অদুদগী চাক থিবা লোইরগা তমু অরোবদু মল্লম্মী। লোইরদুনা গিলাস অমদা ইশিং হৈরগা রাধাচরণ-না পুথম অদু থাংগৎতুনা অনাবগী মনাক তানুনা পুরগে হায়না খোংথাং অনিদং থাংবদা তাইরিবৈদা মাইবনা হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ হায়না খংলাও লাওরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ইমা ইমা হায়না কপ্লকই। অদুদগী পাখং মরিথক চংলক্‌তুনা রমণীগী থুয়া লুথুমদা চংলম্মী। মওং ময়াম অসি উবদা রাধা-

চরণ অদু মখুত্তা পুথম তেঙ্গোৎ অদু অদুম পাইদুনা চপ লেপতুনা ইণ্ডক ঙক্না লৈরম্মী।

মতৌ অসুম তৌদুনা রমণী ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখরে।

১৪

অঙম-অঙম্বা তৌদুনা রমণীগী শোরাৎ লোইরে। চন্দ্রা-দেবীনা শিন্থরম্বা পী ইরাশিং অদুনা গঙ্গাগী ইচেনবু হেনগে তান্নরমবগুম তৌরম্মী। অদুবু মখোয়গী অরা-অনা অনংবনা পন ওইদুনা পীগী ইচেন্দু থিংলম্মী। চন্দ্রাদেবীনা মমাবু সুংশিদবা ঙাকস্থ নত্তে, জগৎকী মী পুম্নমক্না চেল্লীবা পুকচেলনি।

রাধাচরণস্থ মনেম্বোক লৈতবদা সুংঙাইরমদে। অদুক য়াম্না তোইনা তিন্নবস্থ নত্তে, অদুগা চন্দ্রাদেবীবু লৌভৈদগী নোং-মতস্থ মনেম্বোকপু উবা ফংখিদ্রবনি, শিবা মুমিত্তুদা উনখিবদু মঙাই। অদুবু নক্লবা থরা হেন্‌বগীদমক থরায় রাবা, সুংঙাইবা হেন্‌বা হৌনবদু রাধাচরণস্থ মনেম্বোক্কীদমক রারম্মী।

অদুবু মখোয়গী হিংনবা রাখলনা মক্ল ওইরক্কবা য়াদে।

মতৌ অসুম তৌনা মুমিৎ মরিনি মঙানি লেপ্লে। নোংমা মখোয় অনি ফমদুনা লৈরিভৈদা রাধাচরণ-না হায়রম্মী— চন্দ্রা হিদাক থরা থকসি। রাখল অমতা খনগে।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন তৌনা নোক্লগা হায়রম্মী— রাখল অমতা নত্রবস্থ মঙা তরা থোক্লা থমু, কদোগে?

চরোদা চবেং চবেং ঙাংলিবসিবু। চৎলু, হিদাকতুম থুনা হান্নকউ।

হোয়, হোয়, শোয়দনবা····

চন্দ্রাদেবী ইয়ুংদা চংখরে।

মনাওবীস্তু কোয়রবা লাক্লম্মী। মা লাকপা অদুদা রাধাচরণনা মনাক্তা ফমহল্লম্মী, অদুগা রা হায়রকই— করম তৌরি মনাওবী, করি করি লীলা তৌরি।

করি হায়গদোনো খংদ্রেদা।

করিগী খংদ্রিবা, নংবু লীলা তোক্লবরা ?

তোক্কে।

অদুদি···

লীলাদি পংশান-মশাম্নে; অদুদা···

করি তৌরবা ?

নংবু য়াওদ্রবদা লীলা ওইবা য়াবরা ?

করিগী য়াদনি, ঐ ইথন্তনা লীলা তৌবা য়াবরা ? মী অদুক য়াম্মিববু···

নং য়াওদবদি নথন্তা য়াওদবা নত্তেদো···

অসি তাবদা মখোয় অনি অদু নোকমিন্নরম্মী। মরক অদুদা চন্দ্রাদেবীনা ছিদাক হান্দুনা পুথোক্লম্মী। মনাওবীবু উবদা চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই—

তাদা কোয়থোক্কনা কোয়রকইদা, করি থবক লৈবনো ?

অসুম নখোয় উদবা কুইরে হায়দুনা লাকপনি। লাকহন্নিংত্রা ?

করিগী····ঐখোয়গী ইরাইবক ফবনি।

রাধাচরণ-না হায়রম্মী— তাইথো, নখোয়গী রাদু তোকখো। মনাওবী নংস্তু লাক্লে, ওসিদি রা অমতা তামসি।

করি রানো ?

করিবু ওইনি, ঐখোয়গী লৈত লাইরগী রানিদনা।

লীলা অমুক য়াওগে হায়রিবরা ?

ছ ছ মদু নত্তে। সেঃ ঙরাংদো চন্দ্রা ঐখোয়নি ঙাংনবা। ঙাংনবা নত্তে, ঐনা মঙোন্দা হায়বনিমা। মহাক ইশৈ তৌরো, অদু নত্রবদি ঐনা থবক অমা তৌনিংঙাই লৈতবনিনা……

কৈ কদোগে ?

অদুদা মানা য়াদেনে।

করিগী য়াদ্রিবা ?

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী থুম্নকই—

করিগ য়ারুনি ? মুপীনা নিপা থাকপা হৌনবরা ? নিপানা থাকপদি থাকপনি।

মনাওবীনা নোক্ল-নোক্লদুনা থুম্নকই—

হেরা ইবোশ্যা নংশু— নংবু মৈতৈ চনু নত্রবরা। মৈতৈ নিপা মুংঙাইয়্, মুক্তা ঐনা কৈজাগে, পোৎলুম কোকথোন নাদুনা, লমদম কোইনা শেন-তানগে— হায়নবদাইনে ? তাদ্রিবা থক্। আসামদা জগোই শাবদুম চৎলুবা।

করিগী চৎচরুগবনো। ঐবু ইশৈ তৌবীনি হায়দুনা পংউ-উৎশিত্তনা ঙাংবিমুদা তাদা। শেমগৎপিবা, য়োকপিবা, শেন্নবিবা য়াওরবদি অচৌ-অশাংগী মচা-মগুগুম পুন্সী লেনবা শুমজগদবনি।

য়েঃ য়েঃ, ইবেম্মা নং শেরাম্নমা চৎখরে। ঐনা হায়বনা অমা নংনা থনুবনা অমা। তাউ ঐ অদুক হায়গে—

করিনো হায়বিমু—

সেঃ মুন্না তাউকো, ভাব তাউ, ইবুংনা হায়দোৌরিবদি অসিনি হায়বা।

হায়বিয়ু হায়রিসিনি।

মুপী নখোয়দি নপুরোইবগীদমক লৈবনি, নপুরোইবগীদমক শিগদোৌরিবনি। লাই নিংবগী মহুত্তা নপুরোইববু পেন্নবা তৌ, লাই কংগনি হায়রিবনি। মহু তৌবদা অচোপ অরেম, অরা-মুংঙাই, ইকাই-ইকি— করি হায়নি থরায় ফাওবা থাদুনা হোৎ-নগদবনি। মাগীদমক্তিবু হায়রবদি······নখোয়নি শাওগদরা? শাওরোই হায়রদি হায়গে!

শাওরোই শাওরোই হায়রুনে, নরা নরৌশিং লোৌগে হায়ব-গীদমকপু রা তান্নরিবনি।

অদুদি সেঃ হায়গে তাউ···নপুরোইবগীদমক্তিবু হায়রবদি— হায়বদি নপুরোইবশিনা চানিঙাই লৈতদুনবু ওইরবস্থ নত্রগা ঙাও-দুনবু ওইরবস্থ বেশ্যা খল্প হায়বদা নপুরোইবগীদমক নপুরোইবগী য়াথং ঙাকদবনি। অদুবু·······

মখোয় অদুম্মক রা লাউনা নোক্লম্মী। মনাওবীনা মখা তাথরম্মী—

অদুবু, চন্দ্রা ইবেম্মা, কনাগুম্বা নিপা অমতনা মাগী মুপীবু অদুগুম্বা নত্তবা চৎলু হায়বা নত্তে। নংবু জগোই শাও হায়বদি মৈতৈশিংস্থ থরা থরা তৌনৈ হায়বননি। মহু অগৌ অশাংশিংনা তৌত্রবস্থ, ঐখোয় লাইরববুদি মখোয়না থিংবিদে।

চুম্মি তাদা, লাইরবগীদি অচোপ অরেম লৈতে। অদুমকপু অপংবা মীগী ওইনা তৌই জগোই শাবা থবক অসি। অপংবী

লুখ্রাবীগী অদুগা মুপীগী থুদোন্‌বীদা পুবা নিপাগী মচা মশুশিংনা জগোই শাহন্‌বনি। অদু নত্রবদি নিপা অমতনা মতুগী ফনেক য়োমদুনা পুদবনি। মদু পুরিবদুদি করম্বা নিপানো থংব্রা……

হায়য়ু, হায়য়ু,…

মদুদি মুপীনা লৌবা নিপানা পুজবনি, মুপীনা নাইরুবা নিপাদি তৌখিদে অদুম্না।

অদুদি কলাবিদ্যা চাওখৎনবা হায়দুনা জগৎ পুম্বনা তৌরি-সিদি অরেম্বা তারে? রাধানচিংবী সখীশিংনা ইশৈগা জগোইগা আননা মখোইগী লৈজবা লন হায়বদুনি হায়রদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মপুক্লিং হুরিসি কম্‌দোরে।

মদুদি কদোগে, মপুরোইবগীদমক্লি। ঐস্থ অসিদা ইশৈ শক্কে জগোই শাগে, ভাবোক অদু ইপুরোইবদনা ওইরবদি কদোগে শাগেনে জগোই, শক্কেনে ইশৈ।

থংব্রেদা, করিনো হায়গদবা, অমা হায়রে ময়াদা অমা হায়রে ময়াদা। রাধা নংস্থ নিপানি। মুং হেক থুগাইরুবা, চিংমুং চৎতুনা। নমিত্তা লাইরিকস্থ থরা মউই, ঠিকাদার অমগী লাইরিক শুবা মোহরী মচা অমা ওইবস্থ ময়াই।

থংদেনে মনাও, ঐস্থ মদু থল্লিবনি। অদুদা ঐনা লংকৈ চৎখ্রগা মা মথন্তা লৈবা ঙমহোগদরা থল্লিবনি। মীস্থ তাংইদো। অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তা ইনাও অমা লৈদুনা লৈমিন্নহোগনি হায়বস্থ লৈত্তেদো। ইশেন অমস্থ লৈত্তেদো! লুখ্রেনে থন্‌বদা!

মনাওস্থ চৎলগে হায়না হৌদৎদুনা হায়রম্মী— থম্নথো,

থোকপা অমা লাক্নি, ঐখোয়না তম্বা ওম্বা নত্তে, লাইনা শিল্-লক্দোবা ওাক্নি। পংরাম্ব রাক্লুদা। ঐ চৎলগে ওসিদি লৌলা তম্বা চংপা তারি।

অসি হায়দুনা মনাওবী চৎখ্রে। রাধাচরণগা চন্দ্রাদেবীগা অনিদু রাথলনা শুমহৎতুনা লৈহোই।

১৫

চয়োল অমা লৈরগা মরূপ চন্দ্রহাসকীদা রাধাচরণ কোয়বা চৎলম্মী। চন্দ্রহাস অদু লাইরিক অমা পাদুনা লৈরম্মী। রাধা-চরণবু উবদা লাও রাধা কদাই চৎলুই হায়না কৌশল্লম্মী। রাধা-চরণ-না অসুম কোয়রকপনি হায়না চংদুনা চন্দ্রহাসকী মনাক্তা ফম্লম্মী, অদুগা অমুকন্থ হংলম্মী—

করি লাইরিকনো পারিবহ ?

বাংলাগী উপন্যাসনি।

মিং করি কৌই।

হেরা, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'চোখের বালি' হায়দুনি।

মুংওাইবরা ?

জগৎকী অফাওবা কবিনা লেংবন্নিদনা। কবিগী মুংওাই-তগনি।

ঐবু অমুক্তং পানিংঙিনে।

পাও কদোগে। ঐ অমুক্তদি লোইথোক্লকথিগেদনা। ঐদি নহাল নখোয়গী শোরাৎ মুমিত্তুগী অমুক্তম্ব লাক্পা ওমদ্রে। করম করম তৌরি। চন্দ্রাখোয়গী মরুমদি অদুম হন্দোক্লবরা ?

হৌজিকমক্তি শো লোন্দুনা থমলি। য়ুম অদু শিদোক্কদরা মকম থংদে।

ইংখোল অদু য়োম্থোকপনহুম হেন্না ফৈ। করি থল্লি নখোয়্‌নিদি।

য়োম্থোকপদি ফৈ হায়ববু মহুগী অমুক রেজিষ্টার তৌবা হাঃ নামজারি তৌবা হায়বদা হনগৎ হন্দা চৎপহুনা হেন্না তনখ্রে।

অওইবনি মহুনহুম হেন্না তনখ্রে। থ্ম মরি মঙাদি হেকমক মচংগনি। মতা চাদ্রগা চহি মরি মঙাহুম চংবা য়াই। অদুমকপু অরৈবা মীনা হোৎনজরুরগা লোইরে, নখোয়গী দি দলিল অমা ইবিরগা অদু মঙাইদনা।

কদাইদগীনো চন্দ্রহাস নংনা হায়রিসিবো? মুপীনা ইখোল য়োনবদি কোর্টতগী সার্টিফিকেট অমা লৌবা হায়বা অমমুক তৌরি। থবক মথাং য়ামখ্রে। মহুগীদমক হোৎনরিঙৈদা অসোমদা চানবা পৈশা অমনিদং তানগদবহু কায়দোরি। ঐ রা অমা তান্নসি লাকপনি।

করি রানো!

চন্দ্রাসু ইশৈ তৌহুনা মতম থরা ঐবু থাকউ হায়বা য়াদ্রে। মাবু ঐনা থাকদবনি হায়রে।

চুমদ্রা মানা হায়রিবহু। মুপীনবু······

ইবোশা নংসু····মুপীনা থাকপা ইমুং কয়া লৈরি মণিপুর অসিদা। অয়াম্বা শরুক্তি মুপীনা থাকপনি হায়বা য়াই। য়েংউ লৌবুক্তা কুমলে মুপী নিপা অনিমক কুম্নরি, কৈথেলদা ফমলে মুপীনা— নিপা অমতা য়াওবরা?

চুপ্মিনে অদুসু। ওল্লবদি নিপানা থাকপনা ফজ্রদো ? নংদি নপাঙ্গলসু থেক-তেকমখৈ কল্লি। কুলি ওইবসু ওম্মী। চিংদা কাহুনা শিংচন্‌বা ওম্মী, তুরেলদা কুমহুনা খুংহল্‌ল্পা ওম্মী। পোৱাই কুমহুনা পোংচৈ লৌরুরগা ইম্ফালদা থারবসু হেন্দোক্লা ওম্মী। চস্রাদি ফীরোন শাবদি হৈত্রা ?

কারমতা হৈতে। পিশক পিকডেদগী মমানা ইশৈ তৌহন্‌হুনা লাকপনিনা শিল-অমতা পানবা ওমদে।

উম্ চুম্মি, লুখ্রানা য়োকপা হায়বহুদি অহুনি। লাইরবগী লাইবক্তা গতি করিমতা তমদবনি। মানা ইশৈ তৌ হায়বা য়াদবদি করিগীনো ?

করি ওইনি, ইকাইরে অসিনি। ঐনা শোন্দুনা করিমতা ওমজ্রবদি মাসু ময়াগদোবা। ইমুং মসুংগী থবক্লা সুপাগীনি অহুগা মপান ইপানগী না নিপাগীনি—অসিনি।

চুমজ্রা, মানা হায়রিবহুস্ন।

ঐগী মীচং অমতা লৈখিজ্রে। নহাক মনাওবীশু মুং থুগায়রু হায়রম্মী।

নংগী মীচং লৈতবা নত্তে। নংগী ফীভমগী মতীক চাবা পাওতাক পিবনি। নংবু নতেং পাংবদি ওমদে।

তৌবদি গতি ইলৈমক লৈত্রবনিনা অমদি তৌবা মতাই। অহুগা কুলি ওইবদি মণিপুরদদি ইকাই। আসামদা চংহুনা তৌরুবা তাই।

চস্রাদি মথন্তা হুন্দোক্লমগদরা ?

মাস্থু য়াওনা পংচৎ চৎখ্রবা হায়ত্থনি।

খংত্রেনে রাধা, লাইরবগী লম্বেল খুইনে। অহল্‌-লমন্না হায়নবদাইদো নহাল মপোক্কী তৌজমলনি হায়না।

অত্থদগী মখোয় অনি তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈনরম্মী। চুরুপ অমমম থকমিন্নত্থনা ঙাইহাক পোথানরম্মী।

রাধাচরণ অত্থ বুদ্ধি তারমত্রে। রাখলনা মপুক্লিংত্থ থুম্লম্মী। অত্থদগী অমুক রা ঙাংলকই।

চন্দ্র, নং খরদি মতেং পাংবা তাইদো।

করিনো হায়য়ু,

ঐনা লংকৈফ চৎপা তারবদি খরচা খরদি চংগনি। অত্থ নংঙোন্দগী খরা পুবা তাইদো।

পুবা নত্রবস্থ খর থোকপা মতেং পাংগনিদা ঐস্থ।

ছঁম্‌ নংগী লমন্‌ য়াম্না তোন্‌শল্লে। ঐ শোয়দনা শিংনবা হোৎনগনি।

শিংবিয়ু কৈস্থ হায়দে। শিংগে শিংউ, শিংঙোই তোকউ অত্থবুদি। নংগী চৎপা চৎতবা অত্থদা লেপ্লখো। হাওরা চাবত্থম চৎলুসি, চৎসি।

কৈ।

অসি হায়নত্থনা মখোয়নি হাওরা চাবা থোকখ্রে।

ফুংদাংরাইরম হাওরা চারুরগা রাধাচরণ অত্থ মযুম তাম্না হল্লকই। চন্দ্রাদেবীনা থাওমৈ থাঙ্গৎতুনা তুলসী সেবানচিংবা তৌরম্মী।

লোইরগা ফুংনাক্তা নাকল য়েৎলোম ওইরোমদা মখোয় অনি ফমমিন্নতুনা লৈরম্মী। রাধাচরণ-না হিদাক থকলম্মী অদুগা চন্দ্রাদেবীনা হেঞ্জাং মল্লম্মী।

হিদাক ভাইহাক থক্লগা রাধাচরণ-না হংলম্মী—

চন্দ্রা, এদাং কেংঙোইরা নংনা মল্লিবন্থু ?

অং মানি। চানিংদবরা হংলিববু ?

চানিংবা চানিংদবা করি লৈবগে ? অফংবা থরা চারগা লোইরে। লাইরবনবু অহাও-হাওতা থংবরা ? নংত্থম চানিংত্রগা তোকউ।

ঐবুদি চানিংত্থুনা মল্লিবনি।

ফৈ অদুবু ওইরদি।

অদুদগী রাধাচরণ অদু হিদাক থক্লুনা অমুক তুমিন্না লৈরম্মী। চন্দ্রাসু হেঞ্জাং অদুম শেমলম্মী।

রাধাচরণ-না অমুক হংলকই— চন্দ্রা, ঐনা অসুম খল্লুবদা লংকৈ চৎপা তারে।

কদাইদা চৎকনি ?

আসামদা চেক শাবা চৎপা হায়তুনি।

নংদি চেক শাবা হৈবরা ইবুংঙো ?

কনাসু হৈত্থুনা পোল্লকপা নত্তে, তম্লগা য়েংলগা হৈরক্কনি।

তম্নিভৈদা শেল ফংগদরা ?

জুগালি ওইনা ফংবগ্নু ভাইদনা।

ঐসু য়াওনা চৎকেদনা ?

নং য়াওনা চৎপা তাই, ঐখোয়নিগীনি হায়বা কনামতা লৈত্তে

হৌজিক মৈতৈ লৈবাক—স্না লৈবাক অসিদা। শিরে চংলে ঐখোয়নি পুলপ লৈমিন্নবা কৈ।

আসামদা করিস্থ লৈত্রবা মীনা ঠিকাদার ওইদুনা শেল য়াম্না ফংনৈ। ঐখোয়স্থ ঠিকা অম-অনি ফংবা ঙম্মোইদরা ?

লাইনা তম্লবদি ফংবস্থ য়াই। অদুবু শেল হাম্না পুথোক্লিং-ঙাই লৈতেনে।

হোয় পুথোক্লিংঙাইবু লৈরবদি ঐখোয়গী অসিবাইদস্থ ঠিকা তৌবা য়াই। মিলিটারীগী ঠিকানি হায়দুনা কয়া তৌনরি, পৈশা কয়া ফংনরি, ঐখোয়দি অমতস্থ য়াওদে।

য়া অমদি লৈনে হায়!

ক'রনো ?

চিংমুংদা মুং থুগায়বদুম য়াওরুসিরা ?

হৈনগদরা ?

চন্দ্রা নংবুনা হেন্না ঙকথরে।

করিগী ?

হৈনবা হৈনদবা হায়বসি লৈদি লৈ—অদুবু লাইরবগীদি হৈতবা লৈতেনে।

অদুগা তৌরুদনা!

কৈ, হয়েং অসি ঠিকাদার অমতং উনরুগে।

চন্দ্রাদেবীশ্রু করিমতা হায়রমদরে। হেঞ্জাং শেন্থা লোইরদুনা চাক থোংবা চংলম্মী।

রাধাচরণ-না হিদাক থক্লুনা রাথল তৌরম্মী। রাথল থনুবা

মখৈ খল্লগা অতুম তুমথরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা ইশৈ ঙংল-ঙংলদুনা চাক থোংলম্মী।

১৬

নোংঙাল্লে।

র ধাচরণ য়াহৌরদুনা কমকম কক্না হিদাকপু অমা চিংদুনা য়াখল তৌরগা হায়রকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা লৈত্রা ?

ইমু দগী চন্দ্রাদেবীনা খুমকই—

করি ওইরবনো ?

ঐ লেপ্লে হায়, ঐ লেপ্ল-পোৎনি।

'চন্দ্রাদেবীনা ইমুংদগী থোরক্লগা হায়রকই—

করিনোনে লেপ্পা হায়বো ?

চিংমু-দা মুং থুগায়বা।

চন্দ্রাদেবীনা মোমোন তৌদুনা নোক্লগা হায়রকই—

ফরে কদোগে নিপা থোদাং য়েংলুরো।

ফৈজোম-ফুরৎ খরা পুথোরকউ।

চন্দ্রাদেবীদু ইমুংদা চংখরে অদুগা ফীরোন পুদুনা অমুক থোরক্লম্মী। অদুগা অমুক হংলম্মী—

কনা ঠিকাদারনো উনদোরিদি ?

কুরাম্না হায়বরা করিনো নিংথৌরম মচাদো।

কদাইদা লৈবনোনে ?

জন্র-লৈকাইদা লৈ হায়নে।

অসি হায়রগা রাধাচরণ অহু কীরোন শৈৎলহুনা থোকখিরম্মী মহুগা চন্দ্রাদেবীনা মঙ্গল ওইরক্নবা লাই নিংহুনা লৈহৌই।

ভদ্র লৈকাইনি।

লৈকাই অসিদা লৈবা মীদি ফুরাম্নাগী থবক তৌহুনা মচিঞাক চাবনা অয়াম্বা ওাঙনি। মথোয় লোইনা শেল মতীক চানা কংনরম্মে। মাস্ন ফুরাম্নাগী ময়ুম মশক খংদহুনা একাগাড়ী তোংবা নিপ অমদা হংগে তৌরম্মী। অহুদা থরস্ন হঙ্গোইরম্মী, করিনা—গাড়ী তোংলিবহু রেলি গাড়ীনি, মচুস্ন শংই, নিপাহুনা খোংগ্রাও অচোন্বা অমা উপম্মী, মহুগা মায়দবা ফী অমগী কোট অমা লিংলহুনা রাব-কালিটিগী ঘর্ড় অমা মথুদাংদা শিরম্মী, খোং-উপনা ওরাং নহন্দা লৈবা মাষ্টর সার্ভিস্ মার্কাগীনি—মচুস্ন" কেনানি। ইংরেজী মতেক লোনবা মৈতৈরোল মতেক লোন্বা মীনি। মচিন্বান্দা চুরুপ অমা থরুহুনা লৈরম্মী।

অহুমকপু রাধাচরণ-না হংদ্রর্বদি মকম খংলরোই হায়হুনা নিপা অহুদা হংলম্মী—

বাবুবু রা অমতা হংজগেবা!

করি ওইরনো?

ঠিকাদার ফুরাম্না হায়বহুবু কদারাইদনো?

আসিদা উরিবা কোম্বোং অহুমগুবা আসনি।

একাগাড়ী তোংবা নিপা অহুনা ফজনা পাওখুম খুমকপা অহুদা রাধাচরণ-স্ন মথরায় খুংঙাইরম্মী। প্রেং-প্রেং চংহুনা ফুরাম্নাগী ময়ুমদা চংলম্মী।

ফুরাম্নাহু রাহেংবম লৈকাইদগীনি। লানফেনবন্সী ভদ্র

লৈকাইদা লৈরম্বনি। মখোয়গী মাঙোন্দা মরূপ-মপাং অম-নি ফম্লম্মী। রাধাচরণবুস্থ কৌশন্দুনা মখোয়গী মরক্তা ফমহল্লম্মী। ফুরাম্নানা হংলকই—

করিনো ইবুংঙো নংনা লাকপবো ?

কাংপোকপীদা বাবুগী ঠিকা তৌরি হায়না তাক্লে, অদুবু ননাই ঐখোয় য়াওজবা য়াগদরা ?

য়াওবা হায়দি ?

অসিদগী থবক শুনবা মী থাজনুবীবা লৈরবাদ ঐ য়াওজগে তৌবনি।

মী থাজনুবদি লোইখরে। অদুমকপু ইবুংঙোবু ঐনা থাজনুবা ওমগনি। ওসিদি অদুস্থ য়াররোই। হংচিৎকবা য়াগনি ?

অহোয়।

করি থবক্তি হৈ।

লুং থুগায়বা চিং কক্পনচিংবা হৈজগনি।

হৈফ, অদুদি হংচৎ অদু লাকউ। ঐ গাড়ীদা থানবা হোৎনগে।

অদুদগী ফুরাম্নানা হাম্না ফম্লম্লিবা মী অমদা হায়রকই—

তা মাধব, ভেরসিং অসিবু করম তৌগদগে ?

ভেরসিং করম তৌগদগে হায়দি ?

ইকং ফংজে হায়নি।

কদাইদগী ফংগদগে ? ডিলারনি হায়দুনা তৌরিবসি লোঙ্গ টিন অমদা লুপা য়াংখৈ হমফু পিদুনা য়োল্লে। ঐখোয়দি কঙ্ক মঙ্গা ফংদরে।

দারোগাস্থু করিমতা থিজন্দ্রবরা নত্রগা শেল চারবরা নত্রগা মখোয়না থৌনা ফত্থনা অস্থুম তৌরিবরা করিমতা খংদরে।

কনানা খংবনো লাইস্থু মীস্থু চপ মান্নবনি, অত্থনা ঐখোয়না অস্থুক য়ান্না ৱারিবনি।

হোয়নে হাকুম দৌই চেং মরূ অমতা হেক ফংদে। মখোয়গী ডিলারনি হায়রিসি ঐদি খংদে মখোয়গী অসিরাইনা ঙাংনববু য়ান্না লাইরবনি হায়—লাইরবা হায়ববু অয়ুক চারা মুংদাং হেল মুংদাং চারগা অয়ুক হেল তৌরম্বনি হায়। অত্থবু মখোয়গী মতু মচাসি করিনো সনানা সের অম-নি ওইনি লিক শিরিবা নাথাং য়াল্লিবা।

হোয় ফজবা মপাল শাৎপা হায়ত্থনিদনা।

অত্থদগী মদন কৌবা নিপা অমনা হায়রকই—

হোয় খরগী মথৈ তৌজবা হায়বত্থনি। ঐখোয়না এস্, ডি, ও গা মান্নত্থনা বিল হেন্না শাবগুম্বনি।

মাগী ৱাহু তাবদা মখোয় লোইনা নোক্লকই। অত্থদগী রাধাচরণস্থু নোক্লগা ৱা অমতং হায়নিংত্থনা হায়রকই—

ঐহাক ৱা অমতা হায়জগেবা?

মাগী ৱাসি তাবদা ময়াম্না মঙোন্দা মমায় ওনশন্দুনা য়েং-লম্মী— ফুরাম্লানা করি ৱানো হায়না হংলম্মী—

রাধানা—মত্থম্না ঠিকাদারনা বিল হুরাল্লে হায়ত্থনা ময়াম্না ঙাংনবসিনা কলিকাতা চৎপা মীশিংনা ঠিকাদার অপংবদা পোৎ হারুসি হায়নরিবসিনি।

কনামতা শাওরমদে। মাধবনা হায়রকই—

মত্থদি শোইদ্রবা পোৎনি। একাগাড়ী রেলিনি হায়না

তৌরিসি লুপা চানিপাল নত্রবদি লৈদ্রে। ইমানপোকচৌগী হাৱা তোংদবা ঐখোয়সু ইন্দ্রবদি চন্দ্রবা হায়া অসিদা লুপা লিশিং তরা-মাথোই পিত্নুনা লৈরে। ঠিকাগীনি হায়দুনা পিবা থাও অদুনা ঠিকাগী থবক্তদি শিজন্নত্রদুনা লীলা ঙাকপা জগোই ঙাকপা চৎপদা শিজন্নরি। ঐমক তৌরবনি।

অদুদগী ক্ষুৱাস্নানা হায়রকই—

হোয়নে, থংনা থংনা ছু চাবা, উনা উনা থি নেৎপা হায়বদুনি। ঐমকসু নহাল চনমগী গৌরলীলা ঙাকপদা লুপা লিশিং অমরোম থাদোক্লম্লে।

মাধবনা হায়রম্মী—

পাপতা তান্‌বা শেলদি প্রায়শ্চিত্তা চৎপনি হায়দাইদো। অসুম তৌদুনা অচাইবী শেল থুন্‌বা ঐখোয়দি অসুম্না চাইথোকপা হায়বদুনি।

মখোয় ময়াম নোকমিম্লে। অদুদগী রাধাচরণসু ময়ুম পাংনা হল্লক্লম্মী।

১৭

ময়ুম য়ৌরে হায়রগা রাধাচরণ অদু চন্দ্রাদেবীবু কৌরদুনা হায়রকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা!

করি ওইরবনো?

ঐ হংচিং চৎপা তারে। মখোয়গী গাড়ী অদু হংচিং থাগনি হায়রকই।

চন্দ্রাদেবীদু করিমতা খুম্নমদে, তুমিন্না শক হুঞ্জন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী ইমুংদা চংখরে, ম্বাধাচরণ-না মফী মরোল হোংদোক্লুনা মাঙ্গোন্দা লৈরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা চন্দ্রাদেবীদু হিদাক ঙাম্থক অমা ফু-ক্সু কাম্নদুনা লাক্লম্মী অদুগা হিদাক-ফুদা পাল্লম্মী। অদুগা মপু-ম্বোইবদা য়েংলদুনা হায়রম্মী—

চৎপদি শোয়দনা চৎলনি, মুং খুগাইববু হৈগদরা ?

নংনা মদুদা হুংদুনা লৈরে। করিগী হৈতনি। ঐবু নিপা নত্রা ?

নিপাদি ওই হায়ববু মহৌশানা তৌবা তৌদবা—

মদুগীদমক নং করিমতা ম্বাগনু।

চন্দ্রাদেবীদু ইমুংদা চংখরে। চাক থোংদুনা লৈরম্মী। ম্বাধাচরণ-না হিদাক থক্লা থক্লা ম্বাথল তৌরম্মী।

মানা অদুম্না লৈরিঙৈদা মাগী মরূপ চন্দ্রহাস অদু লাক্লম্মী। মখোয়নি কম্মিমদুনা ম্বাম্বী শারম্মী। চন্দ্রহাসনা হায়রকই—

ম্বাধা নং হুংচিৎতি ঐগী থবক অমা তৌবিবা তাই।

করি থবক্লো, য়াম্না লুবা জাৎ-লা ? ঐদি হুংচিৎতি কাং-পোকপিদা চৎপা তারি।

করিগীনো, চৎতবা য়াত্রবরা ?

য়াই-য়াদে হায়ব তাইয়ে।

করিগী চৎকদৌরিবা।

ম্বাধাচরণ অদু খুমগম্নুসিন্না থল্লম্মী, করিনা ইকাইবা মচেৎ

অমতং য়াওরম্মী। অদুবু মরূপকী মফমদা ইকাইবা করিনো হায়না থল্লম্মী, অদুনা হায়রম্মী—

করিস্থ নত্তেদা। লাইরবনিনা হুং থুগাই-লকাইরুশিরা হায়না তৌবনি।

অদুস্থ অরূবা থবক্তি। অদুবু ঐগী থবকসিমতদি তৌবি-রবদি হুংঙাইনিদা।

করি থবক্লোনে নংগীবু ?

সিনিনে—ঐখোয়গী পাজিখোয়না ঐবু হুপী অমা থিবিদৌ-রগী তৌরে।

কৈ কদোগে, মপা-মমানা মচাগীদমক তৌবিফম থোকই।

ঐনদি পামদে।

পামদে হায়বদি—হুপী থিনিংদে হায়বরা হুপীদুবু পামদে হায়বরা ?

হুপীদুবু পামদে হায়বনি।

অদু ঐবু করি তৌ হায়রিবা ?

নংনা তৌগদববো রাধা ?

অং ঐনা করি তৌবা ?

ঐখোয়গী পাজিখোয়না হায়রিবা হুপীদুগী ময়ুমদা থরা চৎপিরু হায়বা।

চৎলগা করি তৌদৌরিবা ?

চন্দ্রহাস হায়বদু অঙাওবনি, বুদ্ধি নামা শেকাৎপনি হায়বিরু।

নংদি ঙাওস্থ ঙাওদবদা ?

অদু ওইরবস্থ—

মীনম্বা ঙাংবা তাইদো ?

মরূপকীদমক······

করি কান্নবা অহুনা ?

ঐখোয়নিমক্কী কান্নবা লৈ।

করিনিনা ?

ঐগী কান্নবনা পামদবা পোৎ ঐগী ওইদ্রে······

ঐগী কান্নবনা···· ··

নংগী কান্নবদি রাধা অসিনি—

হায়গ্র······

মরূপ অমনা মরূপ অমগী অকী-অথং মীনম শোরিবা করি-মতা বিচার লৈতবা মথৈ থবক তৌবা—মহু হৈরবদি সখ্য-প্রেম ওরাইবা হায়বহু ওইগনি। কৃষ্ণগীদমক পাপ পুণ্য তৌবদা করিমতা অকাইবা লৈতে। কৃষ্ণপ্রেম মথল ময়ামহুগী মরক্তা সখ্য-প্রেম হায়বহু মশক থংবা ঙমগনি—নংনা ঐগীদমক তৌবিবদি।

রাধাচরণহু ম্বা করিমতা ঙাংলমদে, তুমিন্না অহুম তারগা রাখল থল্লম্মী।

অহুদগী হায়রকই—

নখোয়গী পাক্তিখোয়না ঐবু করি হায়গনি ?

হায়গে হায়বা মথৈ হায়জশন্থু—মরূপকীদমক নংনা থাং-গদবনি মহু।

উম, চুম্মি। অহুবু ঐদি হংচিৎ অসি চৎনিংই। হয়েং অহু নংগীদমক চৎলুগে হায়ববু য়ারোইদরা ?

য়াবদি য়াই, অদুবু লৈপাকপোকপা মুমিত্তা অম্নাং কাবদি তৌহৈদে হায়নৈ।

মরক অসিদা চন্দ্রাদেবীদু থোরক্লুনা লৈরম্মী। মখোয়নিগী ম্নাদু তাবদা মকোক তাক্লৌদদুনা হংলম্মী—

করিনো লৈপাকপোকপগা হায়ববু ?

রাধাচরণ-না খুম্লম্মী—

নংগী নথৌ করি লৈবগে, তুমিন্-লৈয়্রবা ?

চন্দ্রহাসনা অদুদগী হায়রকই—

হংজসনু কদোগে ?

অসি হায়রগা চন্দ্রাদেবীদা চন্দ্রহাসনা ম্না লোইনা হায়রম্মী। অদুদগী রাধাচরণ-না হায়রকই—

চন্দ্রা, ঐ হংচিৎ অসি কাংপোকপি চৎলরোই, মতুংদমক চৎপা হায়বদুনি।

খংদে ঐদি, নংনা ফগদৌবা অমা তৌ।

চন্দ্রহাসনা হায়রকই—

নংগী কাংপোকপি চৎপা হায়দুদি কদোগে, ঐনা গাড়ী অমা থোরাং তৌবিবা য়াই। শগোলশেল সুমিত্তা চৎলো।

ঙাইহাক ম্নাক্নী অমা অমা শারগা চন্দ্রহাস-সু মমুম হুনখরে। রাধাচরণ-না মরূপকীদমক তৌবা হায়বদুনি হায়না খল্লুনা লৈহৌই।

১৮

নোংঙালে— লৈপাকপোকপা হুম্বিৎনি।

অতুদগী নোংঙানবা অমমুক থুংলরে— য়ুমশকৈশা লাক্লে। মরূপকীদমক চাং য়েংবা তারে।

অয়ুক পুং ৮ তাবা কান্দা চন্দ্রহাস লাক্লে। রাধাচরণ-না হায়রকই—

নং লাক্লবোইরে। ঐসু চৎকে হায়জুনা ফীরোন শেৎপা হৌরম্লিবসিনি।

য়াম্না নুংঙাইরে রাধা, নংনা হন্দক তৌগদৌরিবা থবক অসিদি ঐগী পুন্সিগী মমল-নাইত্রবা থবক অমনি। মসিগী লমনদি শিংবদি লাইরবনা পুক্লিংনা ফাওবা খনফম থোকতে।

চরোদা, করিগী লমন শিংবনো। ঐনা নংগী নংনা ঐগী থবক তৌবনি।

মরক অসিদা চন্দ্রাদেবী থোরক্লুনা হায়রকই—

ঙাইখো, তাদা; নখোয়না মুপী অহুবু অহুক য়াম্না তাথিক্লরিবা করিগীনো?

মাবু মশক ফজদে মগুণ লৈতে হায়বা নত্তে চন্দ্রা, মুপী হায়বসি পুন্সিগী লোয়নবীনি, ঐগী অরা-নুংঙাই পুমিন্নগদৌরিবনি। অহুনা ঐনা খনবা মুপীতনা ঐগী ওইবা য়াগদবনি। নত্রবদি—

অহল-লমন্না য়াবা মুপী হায়বসি ফনা ফবনিদা তাদা।

চন্দ্রহাসনা মোমোন নোক্লহুনা হায়রকই—

কবসু য়াই, মহু য়াদবা তৌদে। অহুবু ইশানা মশক খংনা খঙবনা ফৈ হায়বনি।

মুপীদি খন্‌বা ঙমদেদো ইকাইখজপী।

করিগী ওমদনি, নখোয় অনি অসি নশা নশানা খঞ্জবা নত্তরা।

অদুনা ঐখোয় অনি অমুক য়াম্না রারিবসি খংত্রা।

লাইরবগী রাবনি, থখোই তিন্নবদি মপুং ফানা তিন্নবনি।

চন্দ্রাদেবীনা হাইফেৎ নোক্তুনা তারম্মী, করিমতা খুন্নমদে। রাধাচরণ অদু মফী শেৎপা লোইরে অদুগা মখোয়নিগী রা অদুদা য়াওরক্লে।—মাগী মাগী কর্ম্মফল চাজবনি। কনামনা অহল লমন য়াবনা ফৈ, কনামনা মডু নত্তে। অসিমনা ফৈ হায়না করিম্মু হায়নিংঙাই লৈত্তে।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক চন্দ্রহাসতা হংলম্মী—

নিংনবা ইপাক্কী তাওমিন্নবী কনা লৈরবগে?

খোইরুম তৌনা নোক্লম্মী। চন্দ্রহাসনা খুন্নম্মী—

কনাসু লৈত্রি, হয়েং লৈরবা কালদা রুমদা অমা লৈরবদি মহুনা অপাম্বা লম্বেল চৎপদা পন ওইরগনি—অদুননি।

লৈররিনিদা। ঐঙোন্দা হায়নিংদডুনা তৌরিবনি।

লৈত্রি নরক তানি, নং থাজদবা তৌগনু।

অদুদি কদৌগে হেক লৌশিন্বিয়ু হায়রুরিবসি। হয়েং লৈবু লৈমিন্নরবদি সুংশিংগনিদা।

মডুসু ওইরকপা য়াই লাইগী নোংদমদগী। অদুবু মদু হৌজিকমক্তি পামত্রিনে। অনাবদা হিদাক পিজবদোনা চাবা তাইনে।

অনাবা করবদি কয়া সুংঙাই—অদুদি থক থন্বিত্রা? পোক-ৎৈগী অমুক্তা না-য়েকপা তৌবিত্রিবরা?

· মখোয় অছুম্বক চপ মান্নবা ক্বাক্ ফাক্ নোক্লম্মী। অদুদগী চন্দ্রহাসনা হায়রকই—

কায়পোৎ নত্তেদা চন্দ্রা, থরায়না পামদবা হায়বসি য়াম্না লুবনি। ঐ হয়েং মুপীগা খাইনবা হায়বদু তল্লিনে।

মুপী লোন্নবদি তল্লোইদা।

চন্দ্রহাসতু নোক্লম্মী। রাধাচরণদা হায়রম্মী— নং রা অমুক তাহনা লৈরগনু, চৎলোনে। ঐ অসিদা ঙাইদুনা লৈরমগে, থুনা লাকউ।

রাধাচরণ অদু চৎখরে। চন্দ্রহাসনা চন্দ্রাদেবীগা য়ারী শাদুনা লৈহৌই। চন্দ্রাদেবীনা হিদাক হানবা চংখিরম্মী। অদুদগী থোরক্লগা হিদাক পিরগা ফমদুনা য়ারী শারম্মী অদুগা হায়রকই—

চুমদেদা তাদনা তৌরিসি ?

করিগী চুমদ্রিবা ? রাধাবু ঐনা শিজম্নদুনা নখোয়গী থবক কায়রে হায়বরা ?

মদুগীবুদি করিগী কায়রুনি ?

অদুদি করিগী চুমদ্রিবা ?

খংদেদা তাদা মী-মীগী য়াখলনি।

চন্দ্রহাসনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই—

চন্দ্রা, থাঙ্গেশেংবনি, ঐগী হৌজিক কনামতা লৈত্রি। হায়না অমা লৈরম্মী। মহাক মীগী ওইখরে। মদুদগী ঐ য়াশকৃদুনা মুপী অমতা থিরোই হায়বনি।

করিগীনো অদুক য়ায়া শাথিনা তৌবদি। মুপীদুনা লৌনশা তৌরম্লবরা ?

ভৌরমদে, ভৌরমদে, চন্দ্রা। মাগী ফত্তবা ঝা অমতা লৈতে, মীগী মচিন্দা মাগী ফত্তবা তারগম্ব ঐ থাংবা ঙমদে। নংনা হায়বগী থাংলবনি, নত্রবদি—

অহুদি করম ভৌরিবনো?

মহাক অহু মপা-মমা য়াওনা নমহুনা ফাহুনা পিখ্রে। নিনি লৈরগা ঐঙোন্দা চিঠি অমা পিরকই। চিঠি অহু ঐগা থাদোক্লবা লৈতে। অসিদা লৈরিবসিনি। মসি কনামতদা হায়দোকপা লৈতে। নংগুম্বা ঐগীদমক ঝাবিবা মীদদা হায়বনি। চিঠি অসি তানিংবরা?

তানিংই, পাবিরকউ।

চিঠি অসিনি।

ইবুংঙো,

মাইম্ব পেমচা ওইসিরা থনূববু আত্মাঘাত ভৌবা কত্তে হায়হুনা নহাক্লা তাকপিবা অহুনা ঐ হৌজিক ফাওবা হিংজরি। ঐ হৌজিকমক চেম্বোরক্লুনা নতুং ইল্লকপা ঙম্মী; অহুবু ঐগী দমক মুংশিহুনা লৈরবা ঐনম্ব থম্মোইতনা মুংশিবা হায়ববু মহাক্-তনি থল্লবা নংঙোন্দা লুথাক খুল্লু হায়বদি মপোকসিনা লৌরিবমখৈ ঙম্মরোই। তাইবংপালগী মপান্দা লেংলিবা য়ৈথায়-থিংগাই মম্নাম অসিনা য়ৌবা ঙমদবা থম্মোইতনা য়ৌবা লম্নদা নংগী থম্মোইগা ঐগী থম্মোইগা তিন্নবদি শিত্রি ফাওবা উবা ফংগনি হায়মা নিংই। ঐনদি কাউবা ঙমত্রবম্ব নহাক্লা ঐবু কাউহুনা মুজা মরাইবক ফবী অমগী থম্মোই-মপু ওইবিরবদি মহুনম্ব

থোইনা হেন্না মুংঙাইজগনি। পাম্মুবা, পাম্মুবা! ইতি
থম্মোইতনা নংগী ওইরিবী।

চিঠি অসি পাবা লোইরগা চন্দ্রহাসনা মুংশাশোর মপী হোল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীসু মমিৎ তরং তরং য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুগা অম্মুমা হংলম্মী—

তাদসু মাগুম্না থম্মোই অদু মঙোন্দা পিরগা লোইরেদনা।

লোইরে, মদুনা লোইরে চুম্মি, চন্দ্রা। অদুবু ঙমদ্রিনে।

তাদথোয়গী অহল-লমম্না নমদুনা মুপী অসি থিরবদি করম তৌগনি?

অদুদি ঐসু চন্দ্রা মাগুম্না গতি লৈরোইদৌরি। অদুনা ঙসি মাথাবু হায়দোকহনখ্রিবনি।

হায়দোকপা চৎথিবদুনা করি তৌনি তাদা? অহলশিংনা য়াত্রগা লোইরে।

অদুনা ইশাবু বুদ্ধি শেবাৎপা মীনি হায়হনখ্রিবনি।

অদুম্না হায়মু হায়বিখ্রবরা তাদা?

হায়খ্রে চন্দ্রা?

মুপীগীদমক ঙাওবা—

মুপীগীদমক্রি চন্দ্রা।

মুপী হায়বসিগী করি গুণ লৈদুনা?

নহাক নশামক্লা মুপী অম্না ওইনা ওইনা নথোয়গী নগুণ থংদ্রিবরা?

থংদে তাদা।

হায়বিস্কুম্না ঐনা থংবদুথকতং?

হায়বিয়ু তাদা।

হায়গে তাও অদুদি। নখোয়গী নগুণদি অসিনি— মুংশিবা হায়বা ভগবানগী ওইরিবা, সংসার অসি শেম্বগী মরূ ওইবা কারণ ওইরিবা পোৎ অদুগী পোরুফম লমদমদি মুপী নখোয়নি।

অদুদি তাদা অসুক য়াম্না মমল নাইদ্রবা পোৎ অমগী মপু ওইরিবী মুপীনা মপোৎ অদু মনিং তম্না শিজন্নবা ওমজদবা করিগীনো ?

মদু অতৈ করিস্ক নত্তে চন্দ্রা, মুংশিহৈত্রবা নিপা কাংবু অমনা নখোয়বু মায়াবিনী হায়দুনা শুম-পান্দে। মখোয়গী তম-থিরবা আইন্না নখোয়বু পুন্দুনা থম্বনি। অদুদগী অমুক কাংবু অমা লৈরি সংসার অসিদা—লৈরিবা পোৎপুদা পাম্বী পোৎতুবু পিরিবা মপুদুবু কাওই। অদুনা ওাইহাক পুঙ্গোইগী মুংওাইবা পিরিবা পোৎলম অসিগী রাখল-না থুমহৎতুনা মপা-মমা ওইরিবা কাংবুনা অপাম পামদা থাইবিবনি। মীওইবনা মশাগী ওাইহাক মুংওাইনবগীদমক তুরেল থৈবগম্বনি। ইচেলবুমক্তি থিংবা ওমদে।

অদুদি তাদা মাগীদমক পুল্জি অসিমা অসুম লৈরগে থল্‌-লেদনা ?

থন্‌বদা নত্তে লেপ্লবা পোৎনি চন্দ্রা ?

ঈশ্বরগী নোংদমদি মতমগী থোংলৈদি কাওগত্রা তাদা ?

কাওবা ওমদে চন্দ্রা, নমথেকপবু ওঙ্মোই ইতিক নত্তে। অদুবু হোৎনবদি হোৎনদবা য়াবরদো চন্দ্রা ?

অদুদি ওাইসি ঐখোয়গী নিপানা করি পাও পিরবা !

ফৈ ঙাইসি। হিদাকসি ঙাম্বক অমতগা পিথকখোদনা চন্দ্রা ?

য়াম্না ফনি।

অসি হায়রুনা চন্দ্রাদেবী চংখরে। মরক অদুদা রাধাচরণস্তু লাক্লে। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

রাধা, করম তৌরক্লে।

করম তৌনি অঙাওবা ? নংবু থোইনা শাওদে অদুগা ঐবুস্তু থোইনা থাগত্তে, নখোয়গী পাজিবুদি লোইহৌরে মীনম্বা ঙাংই লৌনম তৌই হায়বগী শাওবনা।

অদুবু পিররোইদৌবগী কৈদাদি তৌরবরা ?

তৌরে। অঙাওবদা করম্না মচা থাজরুদগে হায়হৌই।

অদুগা হোরেন চৎতুনা পিররোই হায়না হায়দোক্কনি হায়-হৌই।

সাবাস রাধা, নংনা ৱাবিবা মহৈ য়াল্লে। অদুদি নং কদৌঙৈ চৎকেগে, হোরেনমক থিনবিউ হায়বরা ?

হুম হোরেনদি তোক্লো হয়েংসি—

ঙাইহাক খল্লগা অমুক হায়রকই—

ফৈ হোরেনমক থিনবিরো।

ফরে অদুদি ঐ চৎলগে।

অসি হায়রগা চন্দ্রহাস চৎখরে। চন্দ্রাদেবীনা হিদাক হাল্লকপগাদু করিমত্তা থকখিদরে।

১৯

চাক চাবা লোইরগা ফুরাম্নাখোইদা রাধাচরণ চৎলুরে। গাড়ী থুংলদরে হয়েং চৎলো হায়দুনা হায়রক্লে। মদুনা হেন্না ফংমক্লে হায়দুনা রাধাচরণস্থ লাক্লে।

মানা য়ুম য়ৌবা কালদা চন্দ্রহাসনা গাড়ী অমা পুরক্লুনা থুংলরে অদুগা হায়রকই—

নং থিনগে হায়দুনা গাড়ী পুরক্লবনি। চৎপা য়াবরা?

মাগী রাসি তাবদা রাধাচরণ-না মোমোন তৌরদুনা হায়-রকই—

ঠিকাদারগী গাড়ীস্থ ঙসি থাদ্রে হয়েং থুংলগনি হায়রে। মদুদা চৎপনা ফগনি হায়না নিংই।

অদুদি গাড়ী অসি থাদোকখরগে।

অং ফরে চন্দ্র।

অস্থুম তৌদুনা মখোয় কায়নরে।

নোংঙাল্লগা।

ঠিকাদার ফুরাম্নাগী গাড়ীদা তোংদুনা রাধাচরণ কাংপোকপী যাত্রা তৌখরে।

চৎলমদাইদা রাধাচরণ-না চন্দ্রহাসত্তা চন্দ্রাদেবীবু শিন্নরম্মী। মরক মরক্তা মতম শংবা কালদা খর খর য়েংবিয়ু হায়রম্মী।

কাংপোকপী য়ৌরগা থবক পায়বা হৌরে। পুন্সিদুদা অহানবা থবক ওইরবস্থু অদুক য়াম্না লুবা নত্তবনিনা চিং ককপদু য়াওবা হৌরে।

পুং অমরোম থবক শুরবা মতুংদা মুংশাশোর মপি হোল্লদুনা

পোথারম্মী। থবক শুমিন্নরিবা অতৈশিংনা রাধাচরণগী মথৌ অদু উরগা নোক্নরম্মী। কদাইদগী মশা নান্‌বা বাবু অমা লাক্লগা কুলি শাররিসিবো হায়না হায়নরম্মী।

হিদাক ঙাম্বক অমরোম পোথারগা রাধাচরণসু ইকাইরদুনা থবক অমুক পায়থৎপা হৌরম্মী। রাবা অসুম হেল্লক্লে, কপ্লাক থক্ থক্ নিক্লক্লে, মথুৎ অনি অদু নিকপনা মী খ্বাইগী খুথা অমুক্তা কায়বা সুং অদু মাগীদি মরি-মঙারক থাবফাওবা কাই-রক্লে। অদুদগী মকম মরাং খংদনা শিৎ নান্থদুনা মথাদা ওন্থরে।

ময়াম থবক শুরিবশিংদুনা হোৎচন্দুনা কোইশনল্লম্মী। কনামনা ইশিং চাইরম্মী, কনামনা হুমাই হুয়ম্মী। কোন্থংদা থবক শুরিবা মীশিংনা লৈরিবা ব্লুম অমদা মাবু পুশল্লম্মী।

মখোয়গী মরক্তা মাইবা য়াওরমদুনা রাধাচরণবু লাক্নরম্মী। ঠিকাদারগী মহুৎ পুরিবা অদুনা এস্, ডি, ও, উনদুনা ডাক্তরগী থৌরাং তৌরম্মী।

ঙাইহাক লৈরগা ডাক্তর লাক্নুনা য়েংলরে। অশোকপা মফমদা হিদাক থাদুনা ফী য়েৎলে, হিদাক পিথক্লে অদুগা কোম্না পিথক্লবসু থনল্লগা ডাক্তরসু হনখরে।

রাধাচরণসু হন্থরে।

হন্থরবসু মুমিৎ নিনি হুমনি থবক শুবা ঙম্মোইদৌরি। অদুগী মথক্তা মী অমা মাগী সেবা তৌদুনা লৈবা তারে। মসি উবদা ঠিকাদারগী মীদুনা খল্লম্মী—থুনমক ময়ুম পুথোকপা য়াবগা গাড়ীদা হাপতুনা পুখিবনা কৈ।

সুমিৎ হুমনি শুরে। গাড়ীদা হাপতুনা ইম্ফাল থোকপা য়ারে। অয়ুক ঙন্তা সুমিৎনা নোংপোক মাইকৈ ঙাল্লবা কালদা রাধাচরণদু মমিৎ পাংলম্মী। মশা খরা সুংঙাইরদুনা ময়ুমগী রাখল খল্লম্মী। চন্দ্রাদেবী অদু করম্না মথন্তা লৈরীগবা অদুগা মানা হন্দক শিরম্বা থোক্লবদি চন্দ্রাদেবীগী করি ওইগবা হায়দুনা খল্লম্মী। মতৌ অসুম তৌরিঙৈদা ঠিকাদারগী মী অদু লাক্তুনা হায়রকই—

রাধা নহাক ঙসি গাড়ীদা য়ুম হল্লো। আঃদা অনাবা য়েংবনা ফগনি।

য়াম্না ফগনি বাবু।

য়াম্না ফগনি হায়নদি হায়রম্মী হায়ববু রাধাচরণ অদু চৎনিংলমদে। ময়ুমদা ডাক্তর কৌদুনা লাইয়েংনবগী শেল থুম কদাইদগী লৌরুগনি। মাগীনি হায়বা নিপা মতেং পাংবা য়াবা অমতসু ময়ুমদা লৈহৌদে। অদুনা করিমতা চৎনিংলমদে।

অদুবু চৎতবদি য়াদে। অমরোমদা মীঙোন্দা নৈগদবগী শরুকপুদি রারসু রানা শিরসু শিনা ময়ুমদা হন্‌বনা ফগদরা খল্লম্মী।

মতৌ অসুম্না রাধাচরণ গাড়ী থাবা মতম ঙাইদুনা লৈরম্মী। মরক অসিদা মাবু সেবা তৌবা নিপা অদু লাক্তুনা মনাক্তা ফম্লম্মী অদুগা হায়রকই—

ইবুংঙো, ঙসিদি চৎপা তারেদনা? হোয়দা, মদুনা হেন্না ফগনি। য়ুমদা সেবা তৌবগা লংকৈদা তৌবগা মান্নবা নত্তে।

অহোয় তাদা।

ঐবুসু নতুং ইন্দুনা থিল্লু হায়রি। অদুগা অমুক ভম্না ঙসি-মক হল্লকপা তারি।

তাদদি কদাইদা লৈ?

ঐদি রাহেংবম লৈকাইদা লৈবনি। ভদ্র লৈকাইদা লান্-জেন্দুনা লৈরি। ঐখোয়গী মুপী-অঙাংশিংহুসু করম্না চা-থক্লিবা মফম অমতা খংদরে। অদুসু অমুক্তং য়েংবা তারি। ঙরাংদি জাপানগী বোমা থাদরম্মী হায়। থোইদোকপা অশোয় অঙামদি য়াওরম্মোইদরা নিংই।

ঙরাংবু বোমা থাদবা তাদা?

অং ইবুংঙো অদুম্না ঙাংনরি। করিনো সাইরেনদি মরি মঙারক তোইনা তোইনা থোংই হায়। থাদবদি অমুক্তমক থাদরম্মাল্লে।

বোমা তাবগী পাও তাবদা রাধাচরণ অমুক হেম্না পাখৎলম্মে। মথন্তা ঙাইরবী চন্দ্রাদেবীহুবু করম হায়না লৈরমদগে? মাবু হিংলমখিগদরা? হায়না থল্লম্মী। মহাক শিগনি হায়বদি মপুক-নিংদা থাজবা লৈরমদে। করিগুম্বা হিংলম্লবসু মপুরোইবগীদমক রারম্লোইদরা অসি হায়নসু থল্লম্মী। কাংপোকপী য়োনা থারক্লবা মী অমতং লৈজবসু নত্তা মুপীমচাহুনা করম্না লেল্লিগবা হায়না রাধাচরণ-না য়াম্না রারম্মী। মরম অসিনাময়ুম চৎনিংবা হেল্লম্মে।

মনাক্তা লৈরিবা নিপাহুনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা হায়রকই—

করি থল্লি ইবুংঙো? য়ুমগী রারা?

মানি তাদা।

ঙসি য়োগনিদনা। গাড়ীদা চৎপনিনা ঙাইহাক্তদা য়োগমি।

খারুন্থু। নথরায় খারবদি নশা ঙমদবদা হকচাং অদু য়াম্না চোক্-থগনি।

চুম্মি তাদা। কয়া খাৎলিবগে গাড়ী লাক্কদোবা?

গাড়ীদি অসিদা লৈ। ড্রাইভর অদু করি করি তৌরিবরা নত্রগা গাড়ী শেংদোক্লিবরা অমা তৌরিমাল্লে। লোইরক্লগনি।

অদুদি লোইবগা হেক্তা চৎলগনিদনা?

চৎলগনি।

য়াম্না ফরে তাদা। তাদস্থ য়াওবিগনি হায়রদি য়াম্না মুংঙাইজরে। ঐগীদমক য়াম্না খাবিরেদকো।

করিস্থ খাবা কৌদে। ঐস্থ য়ুম য়েংনিংই। অদুদি ঐ ফী-রোন হোংদোকউথিগে। ঙাইহাক পোৎথারম্মু।

ফগনি তাদা।

অসি হায়দুনা নিপাদু চৎথরে। রাধাচরণ-না মিৎকুপ অমবু চহি অমগা মান্নবা মশীং থিদুনা লৈহোৈই।

মরক অসিদা ঠিকাদারগী মীদুগা দারোগা বাবু অমগা লাক্লে। মখোয় অনিনা চংঙকৃতুনা রাধাচরণদা য়ুম্না য়েংলম্মী। অদুদগী ঠিকাদারগী মীদুনা হায়রকই—

ইবুংঙো রাধা, নহাকপু বাবুনা থিরিয়ে।

করিগী ওইরবনো?

দারোগানা অদুদগী হংলম্মী—

নহাক্কা ইশৈশকপী চন্দ্রাদেবীগী নিপা হায়বদু?

মাগী থম্মোইগী লৈরাং ওইরিবী অদুবু ইলায়-লায়না ইশৈ-শকপী হায়বদুদা মথরায় মুংঙাইরমদে। অদুবু শকলুরবনিনা

করি তৌগনি। তৌবগীদি রাধাচরণ-না থঞ্জরম্মী— চন্দ্রাদি মশানা ইশৈ শকপী ওইজবা নত্তে, মমানা শকহুঞ্জবনি, মাম্নু মমাগী য়াথং ইন্‌বদনি। অদুদগী খুম্লম্মী—

মানি অহোয়!

ঙরাং নখোয়গী নয়ুমদা নংবু হংলুরে।

কনাদা?

নংগী নয়ুমদা!

ঐগী য়ুমদা কনা লৈরম্বগে?

শ্রীমতী চন্দ্রাদেবী শকহেনবী লৈরম্মী!

করেম্নবা থোম্থাংদা ওইরবসু চন্দ্রাদেবী হিংলিবোইরে হায়বা তশেংনা থংজবা ফংবনা মথয়ায় য়াম্না মুংঙাইজরম্মী।

অদুদগী দারোগানা হায়রকই—

রাধা নংগী নথক্তা কেশ অমা লৈ। নং চেনথরে হায়দুনা থিবা লাক্লিবনি।

করি কেশ ওইরবনো?

নংনা চন্দ্রহাসকী করি ফত্তবা তৌরবে।

ইঙক ঙক্লদুনা রাদু তারম্মী। মাগী মরূপ চন্দ্রহাসকীরা কনা অতোপ্পা অমগীনো হায়না মপুক্তা মওল মওল থল্লম্মী। অদুদগী হংলম্মী—

ঐনা করি তৌরে হায়বগে?

মানা লৌগদবা মুপী অদুগী ময়ুমদা নংনা মাগী ফত্তবা হায়জন্দুনা লুহোংবা থুগাইরম্মী হায়।

অদুগী কেশ-রা?

মানি।

কনানা ভৌরকপা ওইরবনো—চন্দ্রহাস মশামক্করা ?

নত্তে, মপাননি।

মপানা তৌবা কেশনি হায়বত্তুদা মপুক্লিংদা থরা লুংঙাই-রম্মী। চন্দ্রহাসনা মাগী উকিল ওইরবা য়াইদনা হায়না থলম্মী। হৌজিকমক চন্দ্রহাস অত্তু মনাক্তা লৈরম্লবদি লুংঙাইগদবনি, করিনা হৌজিক ইম্ফাল চৎপদা ময়ুমদা চংবা য়ানবা উপায় লৈগদবনি।

অদু থোকত্রবনিনা থোক্ল-থোক্লবা থেংনরনি হায়দুনা রাধা-চরণ অত্তু শেম শাদুনা লৈরম্মী।

দারোগানা হায়রকই—

রাধা, নহাক হৌজিক ফারবনি। অদুনা ঐথোয়গী গাড়ীদা তোংদুনা চৎপা তারে। ইম্ফাল য়ৌরগা জামিন পিদুনা নয়ুম হনবস্থ য়াগনি।

রাধাচরণ অত্তু হাইকেৎ নোক্লম্মী। জামিন ওইবিনবা কনা অমতা লৈজবস্থ নত্তে। ক্লুমদি হাজত্তা অতুম ওইবা হায়দুনি।

মখোয় গাড়ী তোংদুনা ইম্ফাল মায়কৈ পাংলক্লে। লৈহৌ-রিবা ময়াম অদুনা হায়নরম্মী— শোয়রোই করিগুম্বা অমা তৌ-রমগনি। নত্রবদি মাগুম্বা বাবুনা ঐথোয় কুলি মরক্তা কুলি শাবা য়াবা পোৎলা!

মরম মুম্না থংদবনা মী অমবু মী অমনা কয়া শেরামনা লৌনরম্মী।

---

২০

নোংঙাল্লে!

চন্দ্রাদেবীসু অহিং তুম্বা য়ারমদবনা মুমিৎপুদি মানা হান্না য়াহৌরম্মী। দারোগানা রাধাচরণবু করি তৌবিরিগবা হায়না চিন্তা তৌবহু অয়ুকসু অতুম তৌরম্মী। ইমুং-মমুংশী থবকতি তৌদি তৌই হায়ববু মপুক্লিং অতুক য়াম্না চংলমদে। থবক অমুক তৌরম্মী অদুগা মরক্তা অমুক অমুক খংলেপ-খংলেপ লেপ্পি।

কনা লৈদুনা মাগী অরাবা কোকপিয় হায়জগনি। মবুং মৌপ্‌া অমতসু লৈরমদে অদুগা নিপা ময়ুম য়েংই কনামত' লৈরমদে, মা গা রাধাচরণগা মথোয় অনিদগী হেন্না লৈজরম্বা নত্তে।

গতি লৈত্রবীনা ওইফম থোকপা মুপী মুজা মাগী ফীভম কলম্না থোকহনবা ঙম্বা নত্তে। মাগী পুক্লিং ঐখোয়দা পাল্লগদদা মাগী অরাবা মশক খংবা য়াই।

ম:তৌ অসুম্না রাথলদা লুপ্তুনা লৈরিবৈ মতমদা চন্দ্রহাসতু লাক্লম্মী। মহাকপু ফমহল্লগা মনাক্তা ফমতুনা রা হংলম্মী—

তাদা, পাও তারবরা?

তারে, চন্দ্র। অতুনা ঐ লাক্লিবনি।

করিগীনো দারোগানা থিরবা? তাদগী মিংসু পল্লম্মী।

ঐনা নহাল রাধাবু পাথোন শিক্লবদুগীনি।

করি তৌরবা?

ঐখোয়গী পাজিনা রাধাগী মথক্তা কেশ তৌরে।

অদুগী ফাগদোঁরিবা তাদা।

ওরাং ফারবনি চন্দ্রা, নহাক ৱারুগনু ঐনা শোয়দনবা তৌগনি।

চন্দ্রাদেবীদু করিমতা খুম্লমদে, তুমিন্না লৈরম্মী, বজ্রনা থারবা মীগুম মুংবংননা তম্বা-থোক্রবা ৱাথল অমদা তাওদুনা লৈরম্মী।

অদুদগী চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

চন্দ্রা, চন্দ্রা........

তাদা।

নং ঐবু ৱারোবরা?

করিগী ৱারোরুগনি? অদুবু...

ৱাদবদি ওমদে, নত্রদো?

মানি।

য়াম্না চীংনা হায়রম্মী। মপী ইন্না চেম্থরম্মী, তেংথানবা খোলদি থোক্লমদে; তৈথোক্কে হায়বসু খল্লমদে। ইকাইবসু তৌরমদে। মপুরোইবগীদমক মপী মপুং ফানা শিন্নজবা ফংবদা কনাগুম্বী মুপী মুজ্জানা উরবদি কলকৃপতুম ফংনা শিম্থরম্বা পীদানি।

চন্দ্রহাসসু ৱা ভাংলমদে। চন্দ্রাদেবীনা মপুরোইবগীদমক শিন্নরিবা গজামুক শেংলবা পী অদুদা ভাবনা ইরুজনুনা মাগী থমোই অদু মুংঙাইবা অমগী মথক্তা তাওরম্মী।

ভাইহাক লৈরগা অমুক চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চন্দ্রা!

তাদা !

নং ঐবু য়াম্না মারৌরগনিদো।

কদাইদগী নো তাদা। তাদগীদমক মহাক্না তৌবদি ঐনা তৌবগুম্বনি, ঐনা তৌর্বমক্কি হায়না খল্লিবনি। তাদগীদমক মানা অরাবদা তাই হায়বগীদমক নত্তে, মানা অরাবদা তাবতুনা ঐনা রাজবতনি।

রাখল তৌবদগী পোত্থানবা হোৎনৌ চন্দ্রা। ঐ লৈরি, ঐনা ওম্বমখৈ মাবু অরাবদগী কন্নবা হোৎনগনি।

তাদা, নরাহৈ অদু তাবদা য়াম্না মুংঙাইজরে। হোৎনরোই হায়রবসু অদুগা হোৎনরগা ওমত্রবসু ঐনা করিমতা রারোবা তৌরোই। মাগা ঐগা মাগী মরুপকীদমক অদুগা মাগী ওইবনা ঐগীসু মরুপ ওইরিবা তাদগীদমক ঐখোয়নিনা পুন্সিগী মচেৎ অমতং অরাবা তাবদি পুক্নিংদা রাবিত্রগা লোইরে। মাসু মরুপ-কীদমক হরাও হরাও লৈজরমগনি, ঐসু মাগী মরুপকীদমক হরাও হরাও লৈগনি।

ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈরম্মী। অদুগা অমুক হায়রম্মী—তাদা, মহাক্না ফাদোক তাহুনবু পুন্সি চুপ্পা তাগদবা লৈবরা? চহি অম-অনি মঙাইদনা। ঐসু মাগা কায়নবগী মৈচাক থাংগদবা চহি অম-অনি মঙাই। হুরাল্লুবসু নত্তে। চিন্থিরুবসু মরূপ অমগীদমক থিরুবনি, কলক্ য়েংথিহুনা তৌগে হায়না তৌরুবা নত্তে।

চন্দ্রহাস অদু ইকাই-খুংশি য়াম্নরম্মী। মানা খল্লম্বদি চন্দ্রাদেবীনা য়াম্না শাওখিহুনা মহাক মথোং মরম্ থংলোইদরা

নিংবনি। অদুবু ওন্থোকপা অমা থোকপসিদি হায়না মহাক্না খল্লম্মী।

অদুদগী হায়রম্মী—

নহাক চাক-ইশিং থোংনবা থৌরাং তৌরুবো। নংনা ঐবুসু মীপাইহন্দ্রবনিনা নংসু মীপাইদবমথৈ লৈনবা খবা হোৎনৌ। ইশ্বরনা করি তম্বগে য়েংনবা অমুক্ত চেল্লুখিগে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাস হনখবে।

চন্দ্রাদেবীদি ?

চন্দ্রহাসপু দোষ তৌরমদে। অদুবু মপুরোইবগীদমক অরাবা মপুক্লিংদগী তান্থোকপা ঙম্মদে।

অদুনা খল্লম্মী—

থানাদা চৎলুসিরা? মীনা করি হায়গনি অসুক য়াম্না নহা ওইনা করম্না মুপী মানা থানাদা কারুনি! মপুরোইবগী দমক মুপীনা ইকাই-ইকি থাদোকফম থোকই হায়বদুদি মীনদি হায়নবিরোইদরা? মদু হায়নবিবা মীসু মরৈগনি। হায়বি-বোইদবা মীবু কীবগীদমক তোকপদি করি কান্নগনি? থানা কারগনা করি কান্নগদোরিবা? মহাক লাক্তুনা মপুরোইবগীদমক হংলৈ হায়বা তাম্নগা রাধাচরণ-না হন্নাওরোইদরা? মানদি মপুরোইববু থাদোকহনবদি ঙমগদরা? মদুসু মফম খংদে। অদুগা অমুক রাধাচরণ-না মাগী মুপীবু অদুম্না থানা কারক্লুনা মীমাং ফোবদু মপুক্লিংদা থাংবা ঙমগদরা? ঙমন্দ্রবদি মদুদা হেন্না অরাবা হেল্লোইদরা ?

য়াহং পরেং অসি অমগী মতুংদা অমমম লাক্লুনা চন্দ্রাদেবীগী পুক্লিং অদু ওৎপা হৌরম্মী, পোলেপফমদি অমতম্ম খংলমদ্রে।

অমুক খল্লি, অমুক পী শিন্নৈ, অমুক মপী তৈথোকই, খুদাং পীফম কল্লা নাইরম্মী। য়েংবিনবা, মুংশিবিনবা, য়ামিল্লনবা কনা-মতা মনাক্তা লৈরমদে।

কনাদা য়ারি শারগা অল্লাবা কোকথোক্কনি?

অল্লাবা অসি মানা তানশঙ্গবা লনগুম মথন্তগী ওইদুনা লৈরম্মী। মাগী মুংঙাইবা মীঙোন্দা খাইবা য়াদবগুম অল্লাবস্তু খাইফম লৈরমদে।

রাধাচরণদি?

মাগী অল্লাবদি হাজতকী ফক্লাং মরিদুদগী নাম্থোক্লুনা কনা-মতদা তাহন্নবা উপায় লৈরমদে। মাস্তু অদুম মথন্তা মথন্তগী য়াখলদা ঔরাইদুনা লৈরম্মী।

মাগী জামিনদি? কনাবু জামিন ওইহনগনি? মানা খনবদা অমতা উরমদে। চন্দ্রহাসতবুদি খল্লম্মী। অদুবু মপানা মাবু থিংলবদি মানা কৰিস্তু তৌবা ঙম্মোই।

অস্তুম্না খল্লিঙৈদা চন্দ্রাহাসতু লাক্লুনা দারোগা বাবুদা য়া হায়রম্মী—

বাবু!

করিনো চন্দ্রহাস?

রাধাচরণসি কেশ তৌগ্রিফাওবা জামিন্দা থাবা য়ারোইদরা? করি য়াদনি? অদুবু—

কদৌরবা ?

জামিন ওইগে হায়তুনা কনামতা চোংথোরক্তে অতুগা মানস্থ অমতা পিগে হায়দে। ঐনা ওইগদরা ?

বাবুনবুদি কদাইদগী ওইবা য়াগদগে ?

অদুনিনে চন্দ্র, মাগী জামিন লৈতেনে।

ঐনা ওইবদি য়ারোইদরা ?

নংনা ?

অহোয়।

নংনা করম ওইগনি ?

করি তৌবগে ?

নথোইগী পাজিনা নংগী দমক কেশ তৌরগা নংনা করম্না জামিন ওইগনি ?

অদু ওইরবস্থ বাবু ঐ মাগী জামিন অসি ওইজগে।

দারোগা অদু ইঙক ঙক্লম্মী। পৃথিবীগী অঙকপা মশীং হেনগৎকদৌরবরা তৌরিসিবো হায়না খল্লম্মী। অদুদগী নোক-ফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা দারোগানা করেম্নদুনা হায়রম্মী—

চন্দ্র, নংদি জামিন ওইবা য়াবা মী নত্তে।

করিগীনো বাবু ?

নংদি বুদ্ধি শেবাৎলবনি হায়রি। ডাক্তরনা পরীক্ষা য়েংখি-দবনি। অদুদগী ডাক্তারনা বুদ্ধি চোইদে হায়রবদি জামিন-ককা ওইবা য়াগনি।

করেম্মবনি হায়বা থংলমদে মরূপকী দমক মাবনা। অদুনা চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

ডাক্তরনা পরীক্ষা য়েংলবদি য়ানিদনা ?

য়ানি, অদু ওইরবদি চন্দ্র !

অদুদি য়েংহল্লুখিগে।

অসি হায়রগা চন্দ্রহাসতু প্রেৎ প্রেৎ থানা থাদোকতুনা ডাক্তর-থানারোম পাংলম্মী।

দারোগানা ইশি-শিনা নোকতুনা লৈছোই। অদুদগী রাধা-চরণগী মনাক চংদুনা মরি ময়াম অদু তম্লম্মী। অদুগা হায়রকই—

করিগীনো রাধা, চন্দ্রহাসনা নংগী জামিন ওইগে হায়রিবসি ?

রাধারচণনা মকোক্তগী মরি পুম্বা দারোগাদা তম্লম্মী। দারোগাসু অহানবদদি নোক-নোকতুনা তারম্মী, অদুদগী তুংদা ওইরকলিবা দশা অসি উবদা মুংশা শোর মপী অমা হোন্দুনা মাগী ফমফম তান্না চংদুনা মাথল তৌরম্মী, অদুগা মপুক্লিংদা হায়রম্মী—

তাইবংপাল; নহাক্কী নমিং অমদি অঙকপা কৌই।

২১

ডাক্তারথানানি !

চন্দ্রহাসনা মুংশা শোর তফিং-তফিং হোল্লদুনা ডাক্তরথানা

য়োরম্মী ; অহুদগী কোয়থি থিরদুনা ডাক্তর অমা উনরে। মহাক্কা তাম্নদুনা ডাক্তর সাহেবকী মনাক্তা য়োরে।

মশানা ঙাওসু ঙাওদনা ঙাওদে হায়বা সার্টিফিকেট পিম্নু হায়বসিদি খরদি বুদ্ধি শোয়বনি হায়না লৌবা তাই হায়না লেপ্পরম্মী। অদুমকপু পরীক্ষাদি য়েংদুনা খংদোকপনা ফৈ হায়দুনা সাহেবকা ডাক্তার মচা অনিদুগনা য়েংলম্মী। মদুদা মখোইনা করিসু অকাইবা অমতসু থেংনরমদে।

অদুমকপু ঙক্লদুনা ডাক্তার সাহেবনা হংলম্মী—

করি তৌগদৌরিবনো নংনা সার্টিফিকেট অসি লৌরগা?

ঐ থানাদা মরূপ অমগী জামিন ওইগদৌবনি।

অদুবু নংবু কনানা অঙাওবনি হায়রগে?

দারোগানা হায়রে।

করিগীনো—মানা করম খংলিবা?

কেশ অমদা ঐবু অঙাওবনি হায়জল্লম্বগী মরূপ অদুবু কাবিরে।

কনানা তৌরিবা কেশনো?

ঐখোয়গী পাজিননি।

নখোইগী পাজিননি হায়বা?

অহোয়।

করি?

অসি হায়রগা ডাক্তর সাহেব অদু ইঙক ঙক্লা লৈরম্মী। অদুদগী অমুক হংলম্মী।

নখোইগী পাজিনা কেশ তৌরগা নংনা জামিন ওইবা? অদুগী মথক্তা নংগী ফংতবা হায়রম্বগীদমক তৌরিবা কেশনি।

ঐগী ফংতবা হায়দুদি ঐনা হায়হনবনি।

করি?

চন্দ্রহাসতু তুমিন্না লৈরম্মী। ডাক্তর সাহেবনা অমুক হংলম্মী—

করিগীনো নংনা অদুম্না মাবু হায়হনবদি?

ঐগী মুপী পামদবা অমা ঐখোইগী পাজিনা লৌবিনি হায়না তৌবনি। অদুদা ঐনা রাধাচরণবু থাদুনা ঐ অসে বুদ্ধি চোইরবনি মুপী পীবা য়াবা নত্তে হায়না হায়হনবনি।

অদুনা ওইরে নংনা মাগী জামিন ওইগে হায়রিবা?

মানি হোয় সাহেব।

ডাক্তর সাহেবনা য়াথল তৌরম্মী। মানা চন্দ্রহাসপু বুদ্ধি চোইদে হায়রবদি রাধাচরণ অসি দশা তাগদৌরি। অদু নত্রগা চন্দ্রহাসনা জামন ওইবা য়ারোইদৌরি। বুদ্ধি চোইদে হায়বদি অচুম্বনি। অচুম্বা ঙাংবগীদমক্তি করি তুংদা থোক্লগদগে হায়বা খনফদে। অদুবু দশাদি শোয়দনা তাগদৌরি। অসুম্না খল্দুনা ডাক্তর সাহেবনা তৌফম থংদহুনা লৈরম্মী।

অসোমদনা করম তৌরি? চন্দ্রহাসনা সার্টিফিকেট অহ্ নংনিংবনা লোইরমলে। পিরো হায়দুনা থোক্তনবা ঙম্লমদবগী অহুক লৈরম্বা হায়দুনি।

অদুদগী থাংবা ঙম্মন্দ্রদুনা চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

সাহেব খরা থুনা পিবিরবদি..........

ডাক্তর সাহেবতো থুম্লম্‌দে, অদুম ব্বাথল খন্দুনা লৈরম্মী।

অদুদগী অমুক চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

ব্বারৌবিবদি য়াদে, সাহেব, খরা থুনা পিবিবা য়াররোইদ্রা?

ডাক্তর সাহেবনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রম্মী—

চন্দ্র, ঐ ব্বা অমা হায়গে।

করি ওইরবনো?

ঐ সার্টিফিকেট পীবা ঙম্মরোই।

করি তৌরবা সাহেব—মী অমত্তুদি ব্বারগনি।

হৌজিক ব্বাসমু মতুংদা ব্বাদনবা।

অদুদি পিবিদবা তারে?

পিররোই চন্দ্র।

মরম অমতদি খংজনিংইদা।

মরম খংনিংবরা?

অহোয় খংজনিংই সাহেব।

তাও, অদুদি। নংবু পরীক্ষা য়েংবগীদমক দারোগানা নত্রগা কনাগুম্বা অঙম্বা অমতনা ঐঙোন্দা ইরক্তে। অদুনা ঐনা সার্টিফিকেট পিবা ঙমমোই। অদুগা অসিমদি খংউ, নহাক বুদ্ধি চোইদে।

ঐহাক বুদ্ধি চোইদে। অদুবু সার্টিফিকেট অমা য়াওত্রবদি য়ারোইদৌরি। অদুদি ঐ চৎচরগে সাহেব।

ফরে, চৎলো।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসতু থানা তান্না অমুক চৎলম্মী অদুগা দারোগাগা অমুক উন্নরমই। দারোগানা হায়রকই—

চন্দ্র, করিনো অমুক লাক্লবদি ?

বাবু, সার্টিফিকেট পিয়্ হায়বদি য়াদ্রে।

ফরে কদোগে ?

অদুগা বুদ্ধি চোইদে হায়বদি হায়রকই।

ডাক্তরনা হায়দ্রবস্থ ঐসু খংইনে চন্দ্র, নহাক বুদ্ধি চোইদে হায়বা। অদুবু নংবু জামিন ওইহনবদি ঐদি সুকয়া য়ারোইনে।

করিগীনো ?

নংবুদি ঐখোয়না কেশতা নখোয়গী পাজিগী সাক্ষী ওইনা পুথোক্কে থল্লিয়ে।

অদুগীরা ?

অং মানি। নংবু……

ঐনা করিগুম্বা য়াদ্রবদি—?

নংনা য়াদবা য়াগদরা ? হুকুম ইন্দবগীদমক নখক্তা কেশ অমমুক চালাইগনি।

মদুনা হেন্না ফরে।

ফরবস্থ ফত্রবস্থ মদুগী মা কোম্না লাকনি।

অদুদি ঐ চৎচরগে।

ফরে চৎলো।

অসি হায়দুনা চৎকে তৌরম্মী। অদুদগী অমুক হৌজিকপা হায়রম্মী—

বাবু,˝ রাধাচরণ অদু অমুক্তগা উনজবদি য়ারোইদরা ?

য়ানি।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসপু রাধাচরণগী নাক্তা পুরম্মী।
অদুগা দারোগানা হায়রম্মী—

রাধা, নংবু চন্দ্রহাসনা উননিংই হায়।

রাধাচরণ-না চন্দ্রহাসতা হায়রম্মী—

চন্দ্র, করি হায়গদবা লৈ ?

য়াম্না লৈথরে, অদুবু থরতমক হায়রমগে।

করিনো চন্দ্র ?

ঐগীদমক নং রারেদকো ?

রাদে চন্দ্র, মদু নং থক থল্লুগনু।

ঐনা জামিন ওইগে তৌবসু বাবুনা য়াদ্রে।

ঐ থংই চন্দ্র, ঐ থংই।

ঐসু ওন্বা মথৈ হোৎনদুনা য়েংখিগে। মরূপ-পু কনবা
ওম্বরা, নত্তে ঐগীদমক অরাবা তারবা মীবু হায়বনি রাধা।

হোৎনরুসু, রানবনি চন্দ্র।

নংদি চন্দ্রাগী রাদি থংলিরোইদো।

মসি হেক তাবদা রাধাচরণ অদু থংহোদনা মপী তারম্মী।
অদুগা হায়রম্মী—

চন্দ্র, মা করম তৌরি ?

মপুরোয়বনা অরাবা তারবদা নুপী মখোয়না মুংঙাইবা
লৈগদরা ? মাসু অদু মঙায়।

নংনা মাবুদি থেমজনবা ঙমদ্রবরা ?

খরসু মঙম্মী, অদুবু ঐগী করি ইতিক লৈ। ঐগী হায়ববু মীঙোন্দা অরাবা পীবদনি, মদু কোকহনবা ঙম্বদি ঙম্বা নত্রে রাধা। অদুমকপু ঐনা মাবু ঙসি থেমজল্লম্মী।

নংনা নিংথিনা তাকউ চন্দ্র, মরূপ নহাক্না ঐগী ইছুং শিন্দুনা লৈরম্মু। মাগী অরাবা কোকপা ঙমগনি।

রাধা!

করিনো চন্দ্র ?

রাধা!

মুংশাশোর মপী অমা চন্দ্রহাসনা হোল্লম্মী অদুগা হায়রকই—

রাধা!

চন্দ্র!

নং য়ারেদকো!

নংসু য়ারেদকো চন্দ্র!

রাধা!

চন্দ্র!

মমিং মমিং অদু ফীনা তৈথোকুনা অমনা অমবু থাদোক্লম্মী। দারোগানা মরূপ অনিদুগী মতৌ য়েংদুনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈহোই।

২২

চন্দ্রহাসথোইগী মরুমনি!

মথোইগী পাজিগী মিংদি অঙোবা কৌরম্মী।

য়ুমজাও কা মঙানা শাবনি। তুম্নোনা কুপ্পা য়ুমনি। মাঙোন্দা ফমফম ফক অমদা ফমহুনা হিদাক-ঙাস্থক অমা থকুনা তুলসীবুংরোমদা মাইওন্দুনা লৈরম্মী অঙোবা অহু।

মচা লাকপা উরহুনা হায়রম্মী—

কনানা করি তৌরে চন্দ্র?

করিসু তৌদে।

করিসু তৌদে হায়বদি? নমাই নমিৎ অহু ইতুক তুকথ-বগুম তৌইদা, করিগীনো?

অঙোবনা খল্লম্মী—রাধাচরণনা মাগী ফত্তনবা হায়বদি মিত্রদ্রোহ তৌবসিদি মচা চন্দ্রহাসনা মুংঙাইফম থোক্কে। অহুনা কেশ অসি থুনা তৌহন্দবা য়াদে।

অসি হায়হুনা খল্লগা অমুক মচাদা হায়রম্মী—

চন্দ্র, য়ারুসু, মরূপহাৎপা পাপী অহুগী মতিক ওকপা শাস্তি শোইদনা ঈশ্বরনা পিরগনি।

কনানো মরূপহাৎপা হায়বদি পাজি?

কনা ওইনি অপংবা, রাধাচরণ-নিদনা!

মাদি ঐগী মাংনবা করিমতা তৌদেনা।

করি তৌদনি, নংবু বুদ্ধি শেৎবাৎলে হায়বহুবু অফবা থবকনি হায়গেরা?

মানা নত্তে পাজি।

কনানিনা রাধাচরণ হায়দি?

রাধাচরণ-না ঐগী ফত্তনবা হায়বা করিমতা লৈত্তে।

অহুদি কনানা হায়?

ঐদনা ঐবু কত্তে হায়জবনি।

করী—করম্না ?

ঐনা রাধাচরণবু খরা হায়বিরু হায়না নেকপনি।

করিগীনো ?

ঐনা মুপীছুবু পামজদেনে।

অহল-লম্মন কীবদি খংজ্রা ?

কীব মরমনা মীনম্বা ঙাংদুনা হায়হল্লুরিবছনি।

অছুবু নংনদি মহায়রো, মাদি ঐবু কীদবা করিগীনো ?

কী ওম্মোই হায়জবনি।

অছুদি—

অদুদা পাজি, ঐনা তকমনবনা থোকপনি।

মীছুন হম্বরগা অঙোবনা মচাদা অমুক হায়রকই—চন্দ্র, ইপা রা হায়গে তাও, নং রাধাবু থাদোকহনবা পামবরা ?

পাম্মী পাজি।

অছুদি ইপানা হায়বা ইল্লুদনা।

করিনিনা ?

নং হন্দকী মুপীসি লৌ, ইপাগী মাই ঙাকউ। অদু ওইরবদি রাধাবু থাদোকহনগে।

চন্দ্রহাসতু করিমতা খুম্নমদে। মপানা হায়বা ইল্লবদি মরূপকী অরাবা কোকনি। ইন্দ্রগনা মানা মাগী অপাম্বা থবক তৌবা ওম্মোইদোরি।

মরূপকীদমকনি, 'মপানা হায়বসি ইল্লসিরা হায়নমক নিংলম্মী। অম্বু—

চন্দ্রহাসনা হন্দকী 'অচুবু' হায়বসিগী পাওথুম থুম্বা ওম্বগী পাম্বৈ করিমতা মবুদ্ধি অচুনা পুথোকপা ঙম্মদে। মমাই-মমিৎ উং-উং লাওরম্মী, তৌফম থংলমদে।

মপানা অমুক থেমচুনা হায়রম্মী—

চন্দ্র, নং অমুক্তা থল্লু। অবতার শ্রীরামচন্দ্রদসু মপা দশরথকী মমাই ঙাকতুনা চহি তরাগা মরি উমং-রামংদা চৎখিরম্মী, সীতাবু হুরানখিবনা লাল রানা থেংনখি, রাবণবু শাগৈগা লোইননা তুম্না হাৎতুনা কয়া রানা মপাগী সত্য ঙাকখি।

পাজি, ঐদি অবতার নত্তে।

নত্রবসু ইপাগী মাই ঙাকপদি ঙম্মী নহাকসু

ঐনা পামদববু করম্না·········

পুদা পুরকসি, অসুম লৈজগনি, নংনা মাই অমুক-ফাওবা ওনশনত্রবসু করিমতা বেরা লৈতে। ইপাগী মাই ঙাকপা হায়চদা থোকসনু। অচুদা নত্তনা নংগী মরূপসু অরাবচু কোকনি।

য়াম্না ফরে পাজি। অচুদি হৌজিকমক রাধাবু লৌথোক-পিরুরো।'

মানা হন্দক য়াবসিনা মপাগী মমাইসু ঙাকনি অচুগা মরূপকী অরাবসু কোকনি। য়াত্রবদি মথন্তগী কাম্নগনি। অমগী কামববুদি অনিগী কাম্নবনা হেম্না ফৈ হায়না থম্লম্মী।

## ২৩

রাধাচরণগী মম্নমদা।

রাধাচরণগা চন্দ্রহাসকা মথোইনি ফম্মিন্নরম্মী, হিদাক থক্তুনা বারি শানরম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা মুমিৎ তরেৎনি চাদ-থক্ত লৈবনা অনাবা হায়বদু মপুং ফানা নারমলে। রাধাচরণ-না মাসু মশা ঙমদবা মরম্না চন্দ্রাদেবীগী সেবা তৌবা ঙম্মমদে। থরো থরো ওন্দুনা অহুম লৈরম্মী। মাইবা কৌনবা মীশু শেলসু লৈরমদে। হিদাক লৈদুনা পিজগদৌবস্নু শেল লৈরমদে।

ফনবু নোকনিংই লাইরবগী দশা।

রাধাচরণ-না চন্দ্রহাসতা হায়রম্মী—

চন্দ্র, নংনা হন্দক তৌবসি মুংঙাইখ্রে, নত্রবদি চন্দ্রাবু শিত্রি-ঙৈদা উনবা ফংবা হায়বদু লাইনা তন্নমলোই।

করি রানো রাধা! নংনা অরেম্বদা ঐগীদমক রাবদি থদ্রা!

ঙাইখো চন্দ্র নংগী লুহোংববু কদৌঙৈ হোংবা তারে।

ঙাইখো ঐগী রা তোকখো, নহাক্কী চন্দ্রাগী লাইয়েংনবা তৌখিসি।

মাগীদি ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদুনি।

মাইবা মাইবী কৌশিনে—নত্রবদি

মদুগীদমক নং রারুম্নু। ঐনা কৌজগনি। নংগী লুহোং-নবগীদমক হোৎনসিদা। ঐসু যাওবা ঙমদরে হুকচাংসিনা ঙমদবনে। অদুগী মথক্তা চন্দ্রাসু থাদোকপা য়াবা ফীভম নত্তে। নংগী হন্দক্কীসিদি—

মরক অসিদা চন্দ্রাদেবীনা কৌরক্লম্মী, অদুদগী রাধাচরণনা হায়রকই—

করি তৌরে? লাক্লে, লাক্লে।

চন্দ্রহাসনা অদুদা হায়রম্মী—

নং হৌগৎকম্নু, ঐ হংলুগে।

অসি হায়রগা চন্দ্রহাসতু চন্দ্রাদেবীগী মনাক তাম্ন চংলম্মী অদুগা হংলম্মী—

ক'রিগীনো চন্দ্রা নংনা রাধাবু কৌবদি?

চন্দ্রাদেবীনা মমিৎ তরক তরক য়েংলদুনা হায়রকই—

ঐদি কৌদেনা, করম্বা কালদা কৌখি? অয়ো ইমা!

মমায় অদু হঙ্গৎ-হন্দা হাইরম্মী, শুদ্রংদা মমিৎ অদু য়েং-লম্মী শংত্রিক-শংনা। চন্দ্রহাসনা কৌরম্মী—

চন্দ্রা, চন্দ্রা!

করিমতা খুম্নমদে, অদুম য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী অমুক মথন্তা শোল্লম্মী—

অয়োঃ·······রারেদা! ইমা নংবু·······

চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চন্দ্রা, করি হায়গে, ইবেম্মা নংবু ভাব তাওনে? কৃষ্ণ শোল্লু অদুগী শঙ্কপুদি!

চন্দ্রাদেবীনা অদুদগী শংত্রিক-শংনা য়েংলগা হায়রকই—

মহাকপু কদাইদা লৈবগে?

রাধাবুরা ইবেম্মা?

করিস্থু খুম্নমদে। রাধাচরণবু হংলিবনি হায়বা মিৎয়েংদা য়েংদুনা লৈরম্মী।

ঙাইখো, ঐ কৌরকে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাসতু মপান্দা থোক্লগা রাধাচরণদা হায়রম্মী—

রাধা, নং ঙমগদরা অমুক্ত হৌগৎলকপা ?

ঙমগনি, ঐ ল'কে হায়রম্মু।

অসি হায়দুনা রাধাচরণ অদু হৌগৎতুনা চন্দ্রহাসকী ফুং ইল্লম্মী। চন্দ্রাদেবীগী মনাক য়োরগা রাধাচরণ-না হায়রকই—

চন্দ্রা, ঐবু কৌবরা ?

চন্দ্রাদেবী অদু খুম্বা ঙম্মদে। মমিৎ অনিদু তরং তরং পাংদুনা কৌরি হায়বা তাকপগুম্বা য়েংদুনা কৈরম্মী। অদুদা রাধাচরণনা অমুক হংলম্মী—

করি হায়বগে নংবু, ঐ লাকলেনে চন্দ্রা ?

আ-আ.......

ঙাইহাক অমুক লেপ্লম্মী। অদুদগী অমুক হায়রকই—

ঐবু থাজদ্রেনে, মাইবা অমতদি কৌবিয়।

রাধাচরণ অদু মরোল থোক্লমদে, ইথং থংহৌদনা মমিৎতগী পী-ইরা শিন্থরম্মী। অদুবু চন্দ্রাদেবীনা উথ্রবদি ফত্তে হায়দুনা মমাই নান্‌শন্নবা শাদুনা মপী অদু তৈথোক্লম্মী।

চন্দ্রাদেবীনা অমুক হায়রম্মী—

মাইবা অমতদি কৌবা ঐবু, তৌরি মত্তৌসি য়াম্না বারেদা।

চন্দ্রহাসনা অদু তাবদা হেক খুম্নম্মী—

রাধা নংদি ঙম্মোই নশা অদু ঙমদবনা। ঐ কৌরুগে।

অসি হায়দুনা চন্দ্রহাস অদু মাইবা কৌবা চৎখ্রে। রাধা-

চরণ-না হুপীগী নাক্তা ফমহনা মশা নাম্বিরম্মী। মৈগা মাম্নরবা হকচাং অছ থেংনরুবদা রাধাচরণগী থম্মোইন্নুং য়োনা মৈশা ফাওরম্মী। অদুদগী থুক-থুক লাউবা মীহুন চোংবা হৌরম্মী। অদুমকপু লাই নিংশিংদুনা থর হত্থরগা হায়রম্মী—চন্দ্রা, নংদি রাররিনিদা ইবেম্মা!

কংলবা উপাম্না ঈশিং চাইবিবদগী ময়োল অমুক চোংবগুম্না চন্দ্রাদেবীহু রাধাচরণগী থোল মহু তাবদা মথরাই হরাওরম্মী, অদুগা লোইননা মশাসু থক্লিকং পোত্থাজরম্মী। অদুনা মপু-রোইবদা রা হায়নিংলম্মী অদুগা হায়রম্মী।—

নংবু তারিবরা?

তারি করিনো হায়য়ু।

ঐ শোনবনা লোইরে।

'উম্'.......

খুংশা শোর শাংনা রাধাচরণহু 'উম' হায়রম্মী।

নংগী সেবা ভোবা ওম্মোইদোরমান্নে ঐবু।

চন্দ্রা, রাথল শেরাম্নবা থনগসু। লাই নিংউ। মানা নংগী মাইফনবা শিনবিরকনি।

হরে কৃষ্ণ, হরে কৃ...ষ্ণ......

হো অহুনি। মাদনা নংগী মতেংনি ইবেম্মা।

ওসিদো—

অং...

ওসিদো....

হায়মুনে চন্দ্রা!

ঐখোইগী ইমাহু লাক্লম্মী। অদুগা…হায়রম্মী….

করি হায়রম্মী ?

লাকলো নং য়াম্না 'বারে হায়রম্মী ইমানা।

অসি হায়রগা চন্দ্রাদেবীনা হিক-হিক কপ্লম্মী। অদুদা রাধা-চরণ-না হায়রম্মী—

কৈদৌনা কপলিবনো চন্দ্রা। নমং-নহাদা পংউ উরগা। থল্লুনু। অদুগী শরুকপুদি কৃষ্ণদুম শোল্লু।

কৃষ্ণ—হরে কৃষ্ণ……

নংগী মাইবা কৌবা চন্দ্রহাসতু চৎখ্রি। থুনা লাক্লগনি।

অসি হায়রগা মনম্‌দা তপ্না তপ্না নানবিরম্মী। চন্দ্রাদেবীনা হায়রকই—

ঈশিং য়াউম অমতা থক্কেবা।

রাধাচরণনা লংচাক-উতোং অদু ময়াদা হাপ্লম্মী অদুগা চন্দ্রা-দেবীনা চুরুপ–চুরুপ চিংলম্মী অদুগা মঙক হাইদুনা ওকলে হা? তাক্লম্মী।

রাধাচরণনা অমুক হংলম্মী—

ওক্লবরা—থরমুক থকখিগেরা ? চাকতি চানিংদরা ?

হুম্।

খিজ্জং চাদুনা য়েংসিদনা। থোংলুগে, শাইহক্কনি।

হুঁ, ঐ করিমতা চানিংদে। নংগী চানবদুম থোংউচো।

অসি হায়রগা চন্দ্রাদেবীদু নাকল-লোমদা অমুক চেপ্লম্মী। অদুগা 'হরে কৃষ্ণ' হায়না শোল্লম্মী।

ৱাধাচরণনা মনাক্তা অত্তুম ফম্‌মন্মী। অত্তুগা মশম ইফা-ফানা লৈরিবত্তদা য়েংহনা লৈরম্‌মী।

ঙাইহাক মখোয় অনিমক তুমিন্না লৈমিন্নরম্‌মী। মতম অত্তুদা ৱাধাচরণ-না খনবদি অসিনি—

করম্না তৌসিংগে তৌরি মতৌ অসিবো। নিপানি হায়না লৈরগা পৈশা মনামতন্তু থোকপা ঙমদে। মুপীসিনা অস্তুক য়াম্না কন্না নারবসিদা মাইব মাইবী হিদাক-লাংথক করিমতা তৌবা ঙমখিদ্রবনিকো! অত্তুগী মথক্তা ঐগী ইশাসিস্তু ঙমদে। করিনো ঐগী দশা অসিবো? কয়া কুইনা ৱাগদৌরিবা। ঐগীনি হায়বদা কনা অমা লৈত্রবা, মাগীনি হায়বস্তু য়েংবদা উথিদ্রবা—ঐখোইনিদা ঙাইরবা! পোকপদগী মুংঙাইবা ফংদ্রবা মপোক—করম্বা মতমদা কোকদৌরিবা! ঐগীদা লাকঙৈদগী মুংঙাইবা ফংজদ্রবীনিকো। শিরমদাই ফাওবা হিদাক মরিক অমা ফাওবা পিজত্তুনা মাস্তু ঐস্তু মুংঙাইবা মচেৎ অমতা ফাওবা ফংদরব-নিকো! তোল্লিদা, লাইরবা, মুংশিবদা হৈজবা মুংশিবদদি মহৈ য়ান্দবা! শিরমদাই অসি ফাওবদা ননিং মচেৎ অমতা ফাওবা থুংদ্রবনিকো ইবেম্মা!

অত্তুদগী অমুক কপ্লম্‌মী। মপী তৈথোকতুনা চন্দ্রাদেবীদমুক য়েংলম্‌মী। চন্দ্রাদেবীনা মশাত্তমুক ওস্থোরক্তুনা মাবু য়েংবা ঙম্নবা ফীভমদা লৈরম্‌মী। মপুরোইবগী মতৌ অত্তু উবদা মুংশিবনা হায়রম্‌মী—

নংস্তু কপ্লীবরা? ঐবু শিরগদরা
হায়মু হায়হৈদে। নংনা করম্বা থংবগে চন্দ্রা?

অচুদি নং করিগী নপী তৈথোক্লমূমী ?

ঐ কপত্তে, মিৎ নানবনি।

নং কপত্তে, চুম্মী নং কপত্তে। ঐদি অঙাংনি, করিসু থংপোন্তে।

অওইবনিনে চন্দ্রা, ঐ কপতেনে, মিৎ অসি হাকচ্চচুনা নোইবনিনে হোৎপনিনে। নংসিমা...

তোক্লগে, হুংলরোই, ঐ হুংলরোই। ম্না...অমতদি হায়গেবা। হায়রু চন্দ্রা হায়রু। নরাহৈ অচুদা তাগে লৈরিবনি। ইবুংঙো, ঐ নংগী সেবা মতোল লোম্মমদরে, ম্নারৌগমুকো। করি ম্নানো চন্দ্রা, ঐসু নংগী ননিং থুংনা সেবা তৌবা ঙমদে। নিপানি হায়জবতনি, মীথিবোং ওইনা পোক্লবনি।

ঈশিং খিত্তা থকেবা।

রাধাচরণনা ঈশিং ইল্লম্মী। য়াম্না ম্নানা ঈশিং অচু চন্দ্রাদেবীনা থক্লম্মী।

মুংশাশোর মপী অমা হোল্লগা অমুক হায়রকই—
ঐনা হানগদোরমাল্লে, তাদ চন্দ্রাহাসতু লাকত্রে।
থংদে, মাবু কদাই য়োৌথ্রবনো, য়োৌরক্রে।
মঙোন্দা ম্না অমত্তা হায়বিয়ু।
করি ম্নানো, ঐ হায়গে।
তাদদো মথরাই য়াম্না ম্নারবনি।
করিগী ম্নাক্লনি ?
মাগী মরমগীদমক ঐথোইনা দশা তাবনি হায়রনা।

মহুগীদমক মানা মাবা চুম্বরা, ঐখোইগী ইরাইবক্না থোকচববু, ঈশ্বরগী খুজিন্নি, মহুদা মাবু খুৎলাই ওইনা শিজন্নবদনি।

মাগমু খনগমু হায়না থরা হায়বিউ।

হায়গে চন্দ্রা শোয়দনা হায়গনি।

অদুদগী মফম ইথং থংহৌদনা চন্দ্রাদেবীহু লোংথোক্লম্মী অহুদগী মমিৎ অনিহু লাউনা পাংলম্মী। শংত্রিক শংনা মফম থংদনা য়েংহুনা লৈরম্মী। ময়া অহু ইল্লম্মী।

মহু উবদা রাধাচরণ-না থগৎলহুনা 'চন্দ্রা, চন্দ্রা' হায়হুনা কৌরম্মী।

মরক অহুদা চন্দ্রহাসনা মাইবা পুহুনা চংলক্লম্মী। রাধা রাধা হায়হুনা কৌরম্মী অদুগা হায়রম্মী—

মাইবা পুরকলে রাধা। নং হৌগৎলু।

রাধাচরণ অহু বা ভাংলমদে। যন্ত্রণায়া ইতপ-তপা হৌগৎলম্মী অদুগা ইথং-থংহৌদনা চন্দ্রাদেবীগী মথক্তা অমুক তুথরম্মী।

চন্দ্রহাসনা করিনো তৌরিবসিবো হায়না ওক্লহুনা মাইবদা হায়রম্মী।—

ওজা, অনাবগী মীহুন অমুক্তা য়েংবিয়ু।

মাইবনা চন্দ্রাদেবীগী মীহুন য়েংবা মতমদা থীবা থংলমদরে। অদুগা হায়রকই—

লোইরে ইবুংঙো। হরে কৃষ্ণ!

লোইরে হায়বা, লোইরবা! চন্দ্রা, লাইবক খিবা নংগীরা ঐগীরা?

অসি হায়হুনা চন্দ্রাহাসহু কপ্লম্মী।

২৪

পাক চাওরবা লমহাংদা মথন্তা চাজবা শমুক-কুম রাধাচরণ অদু মথন্তা লৈরম্মী। লমহাংদা মানা মুপীগীদমক শিন্থজবা পী অদু উবিনবা কনামতশু লাক্লমদে। চন্দ্রহাসনা অদুক মরক মরক্তা লাকতুনা থেমজল্লবদি ময়াওই, কপমিন্নসি য়াওগে হায়বদি মাস্থু য়াওরমদে।

ধর্ম্মগী রা, মীওইবগী পুন্সিগী হৌনসা, শাস্ত্রগী বচন—অসিন-চিংবা চন্দ্রহাসনা রাধাচরণগী নাকোংদা ঙংলম্মী।

অদুবু মদু পুন্নমক করিমতা ওইরমদে। মনাকোং অমদা চংলগা অমরোমদা থোকখিরম্মী।

রাধাচরণ সঙ্গ ইতৌ তৌদবা নত্তে। মীওইবা শিবা নাইবনি খংলম্মী। খংনা খংনা চন্দ্রাদেবীগীদমক থন্দবা ওস্সমদে।

মতম খরা মশা ওন্নমদবদগী ফগৎলক্লে। অদুবু কনাগী দমকনো মানা হিংতুনা লৈনিংগদবা? চন্দ্রাদেবীগীদমক কপ্লিনবা লৈরোই হায়বা মতাগুম ঈশ্বরনা মাবু থন্নমলিমাল্লে।

মানা নিংজবদি স্বর্গদবু ওইরে নরক্তবু ওইরে মথোই অনি পুন্নপ পুন্না লৈজবা অদুনি। অদুবু হেক থোকপা য়াবরা?

মতৌ অসুম্না কয়া কুইনা মহাক মুপীগীদমক থাংখিনি চাদ-থক্ত লৈপাকথক্তা ওন্দুনা লৈখিনি?

মণিপুরদা লৈরুতুনা করি তৌগদগে হায়না খনবা হৌরক্লে।

আসামদা চৎপা হায়দুনি হায়না লেপ্পমলে। নোংমা জয় কৃষ্ণ হায়দুনা যাত্রা তৌরগে থল্লম্মী।

অদুম্না লৈরিবৈ কালদুদা মাগী মরূপ চন্দ্রহাস লাক্লমলে।

তরাম তরাম কৌশন্দুনা চন্দ্রহাসপু ফমহল্লম্মী। অদুগা হায়রম্মী—

হন্দকতি চন্দ্র নং ঐবু বারোবা য়াদে।

করিগী ?

ঐ বা অমত্তা হায়গে।

করিনো হায়মু রাধা।

চন্দ্রানা চৎলমদাইদা.......

মপী ওরো ওরো শিস্থরম্মী—হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী।

চন্দ্রহাসনা হংলম্মী—

চৎলমদাইদা কদোবা—

রাধাচরণদু মপী তৈথোক্লম্মী, অদুবু তৈথোকপগা মপী তারকপগা তারকপনা মহেল্লম্মী। বা ঙাংবা ঙম্লমদে। অদুদা চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

রাধা, ওকয়ে, তম্মু করি হায়রম্বা চন্দ্রানা ?

হিক হিক লাউনা রাধাচরণ-না খুম্লম্মী—

মানা চৎলমদাইদা হায়রম্মীনে—

অমুকস্থু কপ্লম্মী, মথা তাথবা ঙম্লমদে। ঙাইহাক লৈরগা অমুক হায়রম্মী—

নংঙোন্দনে চন্দ্র—হায়বিয় হায়রম্মীনে

করি হায়রম্মী ?

মাগীদমক ঐগীদমক নহাক বাবা তৌরুম্মু হায়রম্মী।

উম্, ঐ থংলে। ঐনা বাগনি হায়বা চন্দ্রানা থংই। শিরমদাইদা উনবা ফংলরোই হায়দুনা নংঙোন্দা পাওমেল্লম্বনি। মাগী

নিংবা থুংগদরা খংদে ৱাধা। ঐগী দশানা নখোইনিগী দশা তাবনি—চন্দ্রাগী থৱাই মাংবনি। অদু খংবা ঐনা ৱাৱোই হায়বা ঙমপোৎতে।

নত্তে, চন্দ্র, মদু নত্তে। মাগী মপুন্সি তেনবনা শিখিবনি। মতম তেনবা মীওইবগী পুন্সিনি! ৱাকুৱম্ু চন্দ্র। অদু ওইরবদি মাগী আত্মাদা নত্তনা ঐ ফাওবা মুংঙাইগনি।

ৱাদবা ঙম্নবা লাই খুরুমসি ৱাধা।

ৱাধাচরণ অদু কপ্তুনা লৈরম্মী। মপী তাৱিবমখৈ শিন্থগে নিংজরম্বনি!

চন্দ্রহাসনা অমুক হায়রকই—

নহাক হৌজিক করম তৌগে নিংলি ৱাধা?

মফম খংদে করিমত্তা লেপত্রি।

নংনা কপতুনা লৈবদি কপফমদি থোকই। অদুবু থবক অমা তৌনবা থোৱাং তৌবনা চুম্মী। থৱা কপলে ওকলে।

লাইনা তম্বনি চন্দ্র। মানা খকহুম্নিংবা মতমদা ঐগী পী অসি খক্কনি। মানা শু হায়বা কালদা শুবা হায়বত্থনি। ঐনা তম্বা ঙমবা পোৎ নত্তে।

নংনা হায়রিবত্রু চুম্মী। অদুবু মানা ঐবু থারক্লিবসি নংবু থেমজন্নু হায়না থারকপনি খনবদি য়াত্রা?

ৱাধাচরণ অদু তুমিন্না লৈরম্মী, ৱা অমত্তা হায়রমদে।

চন্দ্রহাসনা করি গতি লৈত্রদুনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরম্মী। ফুরিৎখাওদগী চুরুপ অমা লৌথোকতুনা চমগে তৌনা তৌনা অমুক হায়রম্মী—

ঐখোই অনি কলিকাতাদা চৎলুসিদনা? ঐ শেল পুথোককে। লল্লোন্দুনা য়েংসি, নংগীসু ঐগীসু থরা কাম্নবরা য়েংসি।

অসি হায়রগা চুরুপ অদু চন্নমুমী অদুগা রাধাচরণদা চুরুপ অমা থকউ পিরমুমী। রাধাচরণ-না চুরুপ অদু থক্লা থক্লা য়া অমতা থুমদবমথৈ অদুম লৈরম্মী।

অদুদগী চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

তাউ, রাধা, ঐনা নংবু চৎলুসি হায়বদি অসিনি—

করিনিনা?

ঐনা নংবু শেল পিদুনা মতেং পাংবা য়াই—নংনা অদুম ফমদুনা চাবা য়াই। অদুবু নহাক থবক অমতা পাইদ্রবদি চিন্তাদ তৌদুনা লৈবা তারে। অদুনা চিন্তা তোক্নবা চৎলুসি হায়বনি।

মদুসু চুম্মি। অদুগা ঐনা ওন্নিবমথৈদি নংঙোন্দগী ওরুনা চাবদি চুমদে। অদুবু······

অদুদগী চুরুপ থক্লম্মী।

চন্দ্রহাসনা অদুদগী হায়রম্মী—

করিগীনো অদুবু হায়বদি?

ঐহাক হৌজিকমক করিমতা তৌনিংদ্রিনে চন্দ্র। অদু-ননিনে।

য়েংউ, রাধা, কপতুনা লৈবা য়াদে। চন্দ্রাগী থাগী কর্ম্ম ফীরোই অসিনচিংবা শেল চংবা কয়া লাক্নি।

মতম্না কনাবুসু ঙাইদে। ঙাইবরা?

ঙাইদে চন্দ্র, চুপ্মি ঙাইদে।

অদুদি করি কান্নগনি অরেম্বদা ফমদুনা! মাগীদমক পী শিন্থ-দুনা মাগী থবক শোইরোইদরা? অদুগী শরুকপুদি মাগীদমক কপ্পা তোকতুনা খরা হোৎনবনা ফৈ।

পীগী ইরাদি কৎপা য়াত্রা মাগীদমক।

লৈবাক্কী চৎনলোন হায়বা অমা লৈনে রাধা।

চৎনলোন!

উম, ময়াম্মা চৎনবা ঐখোই চৎতবা য়াদেনে।

অদু চৎত্রগা করি কাইবা?

ময়াম্মা তিন্নবিরোই নোক্লগনিনে রাধা!

তিন্নবিরোই নোক্লগনি হায়বা। ফনদুম ফৈ। ময়াম্মা ঐগী অরাবদি পুবিরবরা?

পুবিরোই কৈস্থু, ময়ামদি নোক্লবা হৈবদনি। অদুবু ইন্দবদি য়াদেনে।

ইন্দবদি য়াদে হায়বা। চন্দ্রানা শাওগদরা?

করিগী শাওরোই?

শাওরোইদা, মানা ঐবু য়াম্না মুংশিজবনি।

নংনা মদু থংবরা?

থংই চন্দ্র থঙই, মাগী আত্মাগা ঐগী আত্মাগা শন্নবদি তৎত্তে।

নং ঙাওরে রাধা?

ফৈ, ঙাওরবস্থু মাগীদমক ঙাওজবা ঙম্নবদি।

মাগীদমক ঙাওদবনা ফৈ রাধা। মুন্না থল্লু, মহাক্না নংবু শাওগনি। মাগী প্রেত অদু লানবা ঙমত্রবদি নংনা করিমতা

ভৌবিদবনি হায়দুনা শাওগনি। নংনা মাবু মুংশিদে মা'না নংবু মুংশি হায়রবসু।

করিগী মুংশিদনি, নংনা হায়রগা হেকমক য়াগদরা?

য়া'দ্রবসু ভোকউ, মাগী আত্মানা শান্তি ফংনবা ইপা-ইপুনা ভৌনরকপা কর্ম্ম ভৌবদি চুম্মি।

ইপা ইপুনা ভৌনরকপা। চুম্মি চন্দ্র, ঐ নংনা হায়বা ইল্লগে। চৎসি কদৌঙৈনো, কলিকাতা চৎসি।

অসি হায়বা তারবদা চন্দ্রহাসনা মুংঙাইরম্মী। অদুদগী রাধাচরণ-না অমুক হায়রম্মী—

চন্দ্র, ললোনবা হায়বসি অমাঙ-অতোঙ অনি লৈদো। মাংলবদি ঐদি শেনফম অদু কুপথৎনবা লৈতে। অদুনা চৎলরোই। ঐগী ইরাইবকনি, চন্দ্রাগী মরাইবকনি। লাইদা কৎপা কৎতবা লাইনা তম্বা লাকনি।

য়াম্না রানা থেমদুনা য়ারক্লগা অমুক কদাইদগীনো অকায়বা রাখল অমা লাকলে। মসিদা চন্দ্রহাসনা ভৌকম-থংলমদে, য়াম্না লুবা রাখলদা তাওদুনা লৈরম্মী। করি ভৌরগা করম্বা রাহৈ হায়রগা রাধাচরণগী পুক্নিং ওনগদগে থনফম থোকলমদে। অদুবু অমুক হায়রম্মী—

ভাইখো রাধ', নংবু ঐনা শেন-মাং কুপ্পীউ হায়বরা?

নংনদি হায়রোই থংক হায়রোই হা'য়দুনা কুপ্তবদি ঐসু চুমদে।

নংগী ফীভম অসিনা মদু থনবা মতম নত্তে, থোইদোক হেন্দোক্লা নংগী নথক্তা অরূম্বা অমা তারবা মতমসিদা।

অরূম্বা তারবসু য়াংনা পুনবা থোরাংলগা লোইরে।

করম হায়না য়াগদৌরিবা ?

মিৎকী পীদা কৎলগা লোইরে। অদুগা মরক অসিদা লাইনা ঐগী ইতিক থোকপা লম্বেল অমা পিরক্লগা লোইরে।

চন্দ্রহাসতু ঙাইহাক খন্থরম্মী, অদুগা অমুক হায়রম্মী—

রাধা নং রা ামদি হায়গে।

করি রানো ?

ঐ ইথন্তা চৎপস্থ ফত্তে। মী অমা পুবা তারি। মী অদুদা ঐনা অরামল শোইদনা পিগনি। মী অদু নং ওইরবদি কমদৌই ?

রাধাচরণ খুম্লমদে। চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

হায়য়ুনে অদুম্মা চৎপদি চৎনিংদরা ?

চন্দ্র, ঙসি তোক্লসি, কোম্না অমুক খন্নসি। নংস্থ তম্লো থেংথরে। ঐ অমুক্তা খলহৌখিগে।

চন্দ্রহাসনা মুংশাশোর মপী অমা হোল্লগা হৌগৎলম্মী। 'চৎলগে 'হুদি' হায়রগা মম্নম পাংনা চৎখিরম্মী।

রাধাচরণ না মথন্তা খন্দুনা লৈহৌই।

২৫

চয়োন অমা হৌখরে। রাধ'চরণদু মাগী চন্দ্রাদেবীগী রাখল-দা অদুম খন্দুনা লৈরম্মী, মশাগী চানবা থক্লবা করি থবক তৌদুনা তানগনি হায়বা করিমতা খল্লমদে।

নোংমা হিদাক ঙাম্বক অমা চিংলদুনা রাখল খন্দুনা অসুম লৈরিঙৈদা নিপা পাখং অনিথক লাক্লম্মী। মথোই অদু মশক

উথিবগুমদি তৌই, অদুবু মমিং মথাদি রাধাচরণ-না থংলমদে। অমগী মমিংনা মণিহার কৌই, অমদুনা গৌরহরি কৌই।

মখোইনিবু রাধাচরণ-না ফিদা থাদুনা ফমহল্লগা হংলম্মী—

করি থবক্কীনো ইবুংঙোখোইনা লেংবিরকপবু ?

মণিহারনা খুম্লম্মী—

তাদা, ঐখোইগী লৈকাই মচা খরা তিন্নদুনা থিয়েটর পার্টি অমা লিংখৎলুরে। অদুবু অফবা এক্টর অমত্তসু য়াওদে। তাদবু ঐখোইগী ইরক্তা য়াওবিয়ু হায়জগে লাকপনি।

রাধাচরণ না খুমদ্রিঙৈনা গৌরহরিনা নোৎশল্লম্মী—

তাদা, হায়বদি হল্লোই, তাদবু ঐখোইনা লীলা শান্নবা খুদিংগী লুপা য়াংখৈ য়াংখৈদং তৌজগে।

রাধাচরণ—না হায়রম্মী—

মৈতৈ মচানা তৌবা লীলা হায়বসিদবু তুং কোইব শুকয়া য়াদেদা ইবুংঙো। ঐনা হায়বসি শাওদি শাওনু। তুং-কোইনা তৌবা উদেনে। অদুনা লুপা য়াম্না পিবা খিত্তা পিবগী রাদি থমবু থমখো। ঐনা অসুম খনবদা লীলাদু য়াওবা ওম্মোই নিংই, করিনা ঐনা লাইরবা মী অমনিনা, অদুগী মথক্তা নতৈমগী ফীরোই-ফুংলোই লাকদবা খিত্তা ঙাইরে। অদুনা খরা নোম-খোত্তবা য়ারোইদোরি।

রাসি তাবদা মণিহারনা হায়রম্মী—

তাদনা হায়রিদুসু য়াম্না চুম্মি। অদুবু ঐখোইগীসি অহল হৈশিংবা লুচিংবা অমতা য়াওজ্রি। থরাইদা য়াওজবনি।

তাদনা শিনবিরগা মতম কুইনা তৌবা য়ানবা খুজিল শিনবিউ হায়জরিবনি।

ঐদি শিনবা হৈবা পোৎ নত্তে, অতক য়াওজগদবনি। অতুনা ইবুংঙো, ঐবু কৃপা তৌবিয়ুদা, ঐ য়াওজররোইদা।

গৌরহরিনা অমুক হায়রম্মী—

ঐখোইগীসি তাদনা ওজাস্থ ওইবিগদবনি। নত্রবদি লীলা অসি ওইরোইদৌরিবা পোৎনি ওজা লৈতত্নুা। অহানবা হৌদোকপিবা অসিমদি থরা য়াওবিরমদবা য়াদে। ঐখোইগী অহল-লমন থরা য়াওরিবসি য়াওজবা হায়দুনি। ঐখোই নহা-রোল ময়াম্না হা সেক্রেটরী ওইদবা য়াদে, মেনেজর ওইদবা য়াদে হায়ত্নুা ওইজবতনি। থবকতি মথোং মরম খংবা অমতা য়াওদে। অতুনা.......

মণিহারনা অতুদগী হায়রকই—

হায়স্থ হায়নি, ঐখোইগী আশা অসিমতদি থুংহনবিয়ু হায়বু করি হায়গে তাদা।

রাধাচরণতু খল্লম্মী, য়াওসিরা য়াওহুসিরা করি হায়না পাওথুম থুমগদগে খংলমদরে।

নিপা অনিতুস্থ তকপা হৈবনা মপা লৈতবগুম তৌরম্মী।

অতুদগী মণিহারনা অমুক হায়রম্মী—

তাদা, ওজা ওইবিবগীস্থ অতুগা এক্টর অমা ওইবিবগীস্থ দক্ষিনা কৎচগনি।

অতুদগী রাধাচরণ-না খুম্লম্মী—

ওাইখো ইবুংঙো, নখোই অনিনা হায়রিসিবু চান্নবা হায়রবা জাংলা ?

মানি।—মখোইনিমক খুন্নম্মী।

অদুদি ফরে ইয়াম্বা রা অমা হায়গে।

মণিহান্নবা খুল্লম্মী—

হায়বিয়ু তাদা।

একতর অমা ওইবা হায়দু ঐ ওইরগে। অদুগা ওজাদি নখোইনা মী অতোপ্পা অমা থিরুরো। ঐদি তম্বি-লাকপিবদি অদুক য়াম্না হৈতে। করি হায়গে ?

ওজাস্থ ওইবিরবদি ঐখোইগী নিংবা পুংথুংমক থুংগদবনি। অদুবু ফরে, একতরবু ওইবিগে হায়রবদি ঐখোইনা থোকপা ওজা অমা থিরুবা হায়দুনি।

হোয়নে ইবুংঙো, অদুম্মা তৌসি।

অদুদি তাদা হোরেনদগী লাকপিরো। ঐখোই হল্লগে। চৎসি গৌরহরি।

অসি হায়দুনা মখোই অনি চৎখরে। রাধাচরণ অদু মবুক মচুংদা কৃষ্ণবু কৌদুনা থুরুমজরম্মী।

অম্মুম্না লৈরিঙৈদা চন্দ্রহাস লাক্লম্মী। মনাক্তা হোৎচন্দুনা ফম্লগা হায়রম্মী—

রাধা, নং ঐনা কলিকাতা চৎসি হায়সি য়াজ্রেদনা ?

খংজ্রেদা চন্দ্র, নংনদি ঐবু মুংশিবগী মহাইবা, হৌজিকমকস্থ নংনা থাকুনা চারি।

মদুগী রা নত্তে। ঐনা নংঙোন্দা লুপা অমনিদং পিবসিবু

নংনা শিংথানরুড়না করি কাম্নগনি ? মতুংগী পনজাও অমা লৈরি, মড়ুগী থল্ল ।

চন্দ্রহাসনা ফীরোইনচিংবা শোনবিবা ডম্মী, শোনবিগেস্থ নিংই । অড়ুবু মড়ু মবুক্তদদা নিংবদগী হেন্দোক্তুনা চিন কাংথোকপা ওল্লমদে ।

রাধাচরণনা খুল্লম্মী—

চন্দ্র, ঐ লীলা য়াওগে হায়খ্রে । ঐনা হৈনবা থবক অসি তৌবনা ফগদরা নিংই ।

কদাইদা ?

মখোইগী মণিহার গৌরহরি অনিড়ু হৌজিক্তা লাক্লম্মী, হুনখিবদা ওাটার । মখোইগী লৈকাইগী অড়ুদা থিয়েটার পার্টি অমা লিংখৎলে । অড়ু ঐবু থরা য়াওবিয় হায়রম্মী । ঐস্থ য়াওগে হায়দোকখরে ।

চন্দ্রহাসতু থরা শাওরপ তৌনা নোকমি নোকমি তৌরড়ুনা হায়রম্মী—

নংগী লীলা য়াওবড়ুনা কদৌনি ? অড়ুনা পুক থনবা য়াবরা ? ললোনবা হায়সিদি য়াম্না ফংনরিবনি । হৌজিক্কী মতমদা অমুক হেন্না ড়ুনা ড়ুনা ফংলিবনি । মসিবু নংনা খংড়ুনা লৈরিবড় মগাই ।

রাধাচরণস্থ খংলিবনি । অড়ুবু মরল লৈবা মীনা ললোনববু ফত্তে হায়না মবুক্লিংদা থক থল্লমদে । মাগুম্বা শেল মাংখ্রগা ফুগৎপা ওম্মোইদোবা মীনা করিমতা পাম্বা হৌনদে । রাখল অসিদা থন্দুনা লৈরম্মী ।

চন্দহাসনা চুরুপ অমা রাধাচরণদা পিরম্মী অড়ুগা অমনা

মহাক্না থক্লম্মী। মথোইনিমক চুরুপ চিংহুনা অহুম লৈরম্মী, কনামতা ৱা ঙাংনরম্দে। চুরুপ অহু তথাই অময়ম হেন্না চিংলবা কালদা চন্দ্রহাসনা হায়রম্মী—

চুম্মি ৱাধা, মা-মানা হৈনবা অদু তৌবনা। অদুবু ৱা অমদি লৈ-হায়।

করিনো?

কলিকাতা-দিল্লীগুম্বা সহর অচৌবগী মতৌদি ইম্ফালনা তম্বা মুমিৎ থরগাদি য়াগদরা, মতম শাংনদি য়ারোই।

থিয়েটরগা হায়সিবুরা য়ারোই হায়ববু?

অং মানি ৱাধা।

কদাইদগী য়াগবনো। অমুক হৌ—অমুক লেপ—অম্নমনা সুম তৌগে হায়বদি থংদে। মতম পুম্বদা তৌবদি কদাইদগী য়াগবনো।

নংদি মদু থংনা থংনা.......

থংনা থংনা তৌবসি ইথৱাইনা পাম্বা হায়হুনি। অদুগনে চন্দ্র অসিমম্ব লৈ—

করিনো—

মীওইবগী পুন্সিদা অসিনা লেপ্লবনি হায়বসি ইলৈ লৈতে। ললোনবম্ব থংদে অমম্ব থংদে মতম চুপ্পদা তৌবা য়াবসি থোক্কেদা।

অদুবুদি ঐথোইগী পুন্সিবু অরেপ্পরা? কনামনা নহা ওইরি শিখিরোই য়াবরা—কনামনা অহল ওইরে শিজরগে হায়বা য়াবরা? ফরে, ঐদি হংচিৎতু কলিকাতাদা চৎলুগে। নংম্ব লীলাহু য়াওহুনা অৱাবা ৱাখল তোকপা য়াবরা য়েংলম্মু।

হোয় অহুম্না তম্নিমাল্লে চন্দ্র ঐগী লাইবক্তা।

ফরে দুদি রাধা, ঐস্মু চৎমিন্ননবা মী থিরুখিগে। হয়েংমুক উন্নসি।

ফরে, থিরুরো।

অসি হায়দুনা রাধাচরণনা চন্দ্রহাসপু থাদোকলম্মী। মাস্মু হৌগৎতুনা ইমুং মন্নুংগী থবক—ইনথাং তৌরম্মী।

২৬

মণিহারখোইগী থিয়েটার হোলনি। হোল অদুগী মমিং ইরাং-শং কৌই। মমিং অসি থোল্লমদাইদা মুমিৎ নিনি চংনা রাথল খন্নরগা থোনখিবনি। অমনা সংস্কৃতগী শব্দ লৌথোক্লুনা থোনসি, খরমনা ইংরেজি লোন্দা থোনসি হায়নরম্মী। মচু পুম্নমক ইপাম পামদে হায়বা কাংবু অমা লৈরম্মী, পামদবা কাংবু অসিগী মশিংনা হেল্লম্মী। হেনবদা নত্তনা মখোইগী লৈকাইগী লুচিংবা অহল ওইরপ তৌবা অমস্মু কাংবু অসিগী মরক্তা যাওরম্মী। মানা শিথাং থাংনা মৈতৈ লোন্না থোনবনা কৈ হায়রম্মী।

অহুদগী অমনা হায়রম্মী—

লীলা শান্নকম অসি সংস্কৃত-তা রঙ্গমঞ্চ কৌই। রঙ্গগী মৈতৈ লোনদি ইরাং হায়বনি। ইরাং হায়বা রাহৈসি রঙ্গদগী ওম্বরকপনা মদুদি লোন-পোকপগী মরম থিবা মীনা থংজগনি। ওম্বরকপা ওইরম্মু ওইজ্রস্মু অর্থদি মান্নবনিনা অদুগা সংস্কৃত

পাম্বা কাংবুগীসু সংস্কৃত শব্দ 'ৱক্ত' হায়বসিগা হাইক্কেৎ মান্ন-বনিনা ইৱাং-শং হায়না থোনসি খল্লি।

মাগী ৱাসি তাবদা অমনমুক নোপশন্দুনা হায়রকই—

ঐসু ইৱাং-শং হায়বা মিংদাসি ফনা পাম্মী। পিখ্রিবা মরম-সিদা নত্তনা ঐনা হায়নিংবা মরম খরসু লৈরি। হায়জৌ হায়বরা?

ময়াম্মা হায়য় হায়য় হায়রকই। অত্তুদগী মানা হায়রকই—

অত্তুদি তাবিয়ু। ঐখোই মীওইবগী পুন্সিসি ইৱাংনি। অদুক লাংজবনি। মতম খরা লাংজরগা স্বাই মাংখিগদবনি। মসি কাওথোক্তুনা নত্তবা লখেল চৎতুনা পুন্সিসি অমরনি হায়না খনবা অরানবা ৱাথল অত্তু তাক্লবা এক্টর এক্ট্রেশ ঐখোইনমুক ইলাং-লাংনা ভাবোকতা কাওদনবা তাক্দৌরিবনি। অত্তুনা ইৱাং তোফম শং অসিদা পুন্সি অসি ইৱাংনি হায়বত্তু ইৱাং তৌতুনা তাকপগী দমক অসিবু ইৱাং-শং কৌশি হায়না হৌদোক-পিরকপদি ঐদি য়াম্না মুংঙাইজখরে।

অত্তুদগী অমনা অমুক হায়রকই—

ইৱাং শং হায়বা ৱাহৈসি য়ামনা কৈদামা ওইনা তৌইদা। মীনা তাবদা ইৱাং তৌবা হায়বসি ঐখোইবু য়ামনা তয়াং তয়াং খনখিবা তাইদা। অত্তুগা অহল-লমন লীলা য়েংনিংবা য়াওরম্নবসু মিংদাত্তু তাবদা হজোইত্তুনা য়েংদদনা তোকখিনি।

মাগী ৱাসি তাবদা গুসাইগী অহল ওইবা লৈকাইত্তুগী মুচিংবা ওইনা লৈরিবত্তুনা হায়রকই—

হজোইত্তুনা য়েংদবা হায়বা? অত্তুবুদি তোকচশত্তু কদৌগে। মখোইনা মশা অমমম্না ইৱাং-মত্তুম অমা ওইনা ওইনা তাৎ

তৌজবগীদমক তোকচবদি তোকশন্ন। ঐস্ন অহুলনি। মীয়াই চল্লবনি। লীলা তৌবসি ইরাং তৌবনি খংনা খংনা ঐস্ন য়াও-রিবনি। ইরাং-শং হায়বা মিং অসি য়াম্না ফখ্রবা পোৎনি। অদুগী মথক্তা মীগী মরোলদা থোল্লবদি অঙাং হুবী মরোল খংদবা জাতি অর্থস্ন খংলোই। মসিদি মীপুম খুদিংনা খংলগ-দবনি। য়াম্না ফখরে।

ময়ামস্ন অদুনা য়ানরমলে। অস্নমনা মখোইগী হোল অদু ইরাং শং থোন্দুনা শংগাখি।

শংগাবগী লীলা অহানবা শান্নবসি করি শান্নসিগে হায়দুনা মখোই ময়াম ঙাংনরম্মী। মণিহারনা অদুদগী হায়রকই—

ঐখোইগীসি ঐনা অস্নম খনবদা রামনা বন চৎপা মতাং অদু শান্ননিংই। লাইরিক অসি তাদা রাধাচরণ-না লেংবনি। অদুগী মথক্তা শ্রীথিয়েটরদা শান্নখিবদা শেল য়াম্না ফংখি।

গৌরহরিনা অদুদগী খুম্নকই—

য়াম্না ফরে মদুনা ফগনি।

অস্নম্না ঙাংনরিঙৈদা রাধাচরণ অদু লাক্লম্মী। মানা ফমথরবা কালদা মণিহারনা লীলাগী লাইরিক খন্নবগী বাহু হায়রম্মী।

মদু ভাবদা রাধাচরণ থুক লাওরম্মী অদুগা চন্দ্রাদেবীগী মূর্তি অদু মমাংদা চপ লেপ্লম্মী, অমমবদা লৈবগুম্না করিমত্তা উবা ফংঙমদে। পুক্নিং থরা য়াংনবা লাকপরা হায়ববু ওম্না-তৈননা খোকলমলে।

মানা অদুমনা খল্লিঙৈদা মণিহারনা অমুক হায়রম্মী—

তাদনা ৱামস্থ শাবিবা তাই। শ্রীথিয়েটারনা ফংথিবা শেনফং অদু ফংনবা ঐথোইস্থ তৌনিংই।

ৱাম শাবা মহাক ঙমগনি, সীতা শাবী কনানা চন্দ্রাদেবী ফংবা ঙমগদগে খল্লম্মী। মানা খনবদি চন্দ্রাদেবীবু লীপ ম্বাম্বা হৈবীনি হায়না খনবা নত্তে। মঙোন্দা অতৈ মুপী অমতনা চন্দ্রাদেবীনা হৈহল্লিংবগুম হৈহনবা ঙম্মোই খনবগীনি।

অতুনা ৱাধাচরণ-না হায়রম্মী—

ঐ ৱা অমা হায়জগে।

ময়াম্বা হংলম্মী—করি ওইরবনো ?

ঐনা লেংবা লাইরিক অমা লৈ, মদুস্থ ৱাম-সীতাগী ৱারিনি।

ময়াম্বা করিনিনা হায়রম্মী।

মানা খুল্লম্মী—

ৱামনা সীতাবু বন্দা থাখিবা মতাং অদুনি।

অহল অমনা হায়রকই—

করিগীনো ইবুংঙোনা মতাং অদু শান্নিংবদি ?

ইকাই ইকি থাদোক্লনা ৱাধাচরণ-না খুম্লম্মী—

ৱামনা বন চৎপদা ঐগী মুপীনা সীতা শারম্মী। হৌজিক্তি মহাক লৈতরে। মহাক লৈত্তবগী ৱাথলনা ঐ ইশাসি পুব ঙমদত্নুনা লৈরি হৌজিক। মতাং অসিদা মা থাইনবগী ৱাগ চান্নবা সীতাগা কাইনবগী মতাং অদু ওইরবদি ঐহাক লীলায় হায়বদি ৱাম শাবত্নু নিংথিনা শাবা ঙমগদরা নিংই।

চুপ্মি ইবুংঙো মদুস্থ ৱা অমনি, নৌনা থাইনবদা ঙাইরি বনিনা।

মণিহারনা অহুদগী হায়রম্মী—

অহুদি লাইরিক অদু হয়েং পাইবিরকলো। পার্ট য়েম্নহুনা সংগাবা হুমিং অসিদা শান্নবা থোৱাংলসি।

ৱাধাচৰণসু মানা হায়জবা য়াবহুদা য়াম্না মুংঙাইরম্মী। অহুদগী মানা খল্লম্মী—চন্দ্রাদেবীগা খাইনবগুম্না সীতা কাইনবগী মতাং অসি শোইদনা ফজনা উৎপা ঙমগনি। ষ্টেজদা কাহুনা সীতা কাইনবগী ৱাখল থনবদু চন্দ্রাদেবী কাইনবগী মীহুন অদু হন্দুনা থোক্লবদি ভাবোক্লা মুংঙাইরে হায়বদা নত্তনা মশামকসু অৱাবগী থুংশা-মপীগা লোইননা মপান নাইত্রবা হুংঙাইবা অমগী মথক্তা তাওবা ফংগনি—অসিনি মানা খন্থরম্বা।

অহুদগী মানা মণিহারদা হায়রম্মী—

মুপীদি নেক্লেদনা।

অহোয় তাদা, শ্রীমতী অহু নেক্লুরে।

মাবু শ্রীথিয়েটারদা য়াওব্রবরা ?

য়াওরি। অদুবু ঐথোইগী অসিদসু য়াওগে হায়না য়ারে।

শ্রীমতী শকতা কুচুদা য়েংলে চন্দ্রাদেবীদগী করিমতা হন্থরমদে। মপুং ফানা মথোনকারবী মকাফম্না শাকাইজরবী লৈরাংগুম শাৎচরম্বী শ্রীমতীনি। পাথং শানৈ কয়াগী থবাইবু হুহুনা লৈজরম্বী মহাকনি। শ্রীথিয়েটারগী মেনেজর নাৱাণতনা লিক্লি মমুংদা মথুম চেৎনা থুমহুনা থমম্বা লৈরাংগুম্না থনম্বগী চিংদা শাৎপা ইঙেনলৈগুম মাগী মনম তাম্নজরকপা খোইমু লাবাশিংনা মনম ফংদহুনা মহৈ য়াঙ্গদবনি।

লীলাদি হৈতরা ?—ৱাধাচরণ-না হংলম্মী।

লীলাস্থ করিগী হৈতনি। চন্দ্রাদেবীমকপু হেনবা শুমত্রবস্থ মাগদি করিগী মান্নদগনো ?

লীলাদদি রাধাচরণগা শ্রীমতীগা পান্নবদি মণিমুক্তা অনি মফম অমতদা থম্বগুম্বনি। অদু রাধাচরণগী থম্মোইদদি চন্দ্রা-দেবীনা লৈজরম্বা মফম অদু শ্রীমতী লিশিং অমা লাকুনস্থ য়াবা নত্তে।

মানা অস্থম থঞ্জরম্মী।

মত্তুগী মুমিৎ অদু ময়ামস্থ কাইনরমলে। রাধাচরণস্থ ময়ুমদা লাক্লমলে।

২৭

নোংঙালে।

মুংদাং রাইরম লাইরিক অমা মখুত্তা পায়রদুনা রাধাচরণ অদু লীলা তম্বা ইরাং-শং তান্না চৎলমমী। ময়ামস্থ তিল্লমলে।

মহাক হেক থুংবগা পার্ট য়েন্নদুনা লীলা তম্বা হোরে। শ্রীমতীস্থ লৈরম্মী।

লীলা তম্বা লোইরগা শ্রীমতীনা রাধাচরণদা হায়রম্মী—

তাদা ঐখোইনা তৌজবাসদি অদুক তৌজবা হায়বদুনি। ইনম্মখোই য়োৌবা ওম্বা নত্তে। তাদগী নপান কন্না তাংবা তাইদো!

ইবেম্মা, করি রানো। শ্রীমতী দেবী এক্লেশ হায়দুনা স্না-লৈবাকসি ধ্বনি চৎখ্রবনি। ঐগী ইপান তাংবা হায়বা করি লৈবগে। ইবেম্মগীদুম নপান তাংগদোরিবনি।

তাদা অমুক অমুক লাকচৌ হায়বরা তাদা লেংবিরকে হায়বরা থরা তিন্নদুনা ঔরাইবনা ফগনি নিংজে।

ঐ লাকউ হায়রমু কৈ। করিমু বেরা লৈতে।

অসুম তোনা মখোইনি য়ারি শারিঙৈদা শ্রীথিয়েটারগী মেনেজর নারাণ লাকতুনা থুংলরে।

ময়াম্না তরাম তরাম্না নারাণবু কৌশন্দুনা ফমহল্লম্মী। মানা ফম্নগা শ্রীমতীরোমদা য়েংতুনা হায়রম্মী—

শ্রীমতী নংবু চন্দ্রাদেবী য়োবা ঙমগদরনে?

কনানা খংবনো, লাইনা তম্বা হায়বত্তুনি।

ঙম্মোইদা, চন্দ্রাদেবীখোই হায়দুদি করি হায়রক্নি তম্বদা থোকপা নত্তে।

অদুক হোৎনবা হায়ত্তুনি।

রাধাচরণদু তুমিন্না তারম্মী। নারাণগী য়াদু তাবদা মহাকপু করেম্নরিবনি হায়না লৌরম্মী। অদুবু য়া অমতা হায়বা ঙম্মমদে।

নারাণ-নমুক রাধাচরণদা হায়রম্মী—

রাধা বাবু য়ুম হনবদা ঐগা হনমিন্নসি। ঐ য়ারি অমতা শাননিংই।

য়াম্না ফগনি।

মণিহারনা হায়রকই—

লীলা মুংঙাইনা শাম্নবা ঙম্নবা পাওতাক থরা পিবিরম্দুনা মেনেজর বাবুনা লেংলক্লিঙৈসিদা।

ঐনা করি পাওতাক পিগনি।

অসি হায়রগা নারাণ অদু ফুরিৎখাওদগী চুক্রপ অমা লৌথোক্নুনা চম্নম্মী। অদুদগী অমুক হায়রম্মী—

রাধাচরণ বাবু য়াওরবদা কনানা করিমুক তাক্লনি। হন্দক ইরাং-শংনা রাধাচরণবু ফংবদি লাইবক য়ামনা ফবনি।

মাগী রাসি তাবদা ময়াম্না হরাওদুনা মোমোন মোমোন তৌদুনা নোক্লম্মী। মণিহারনা মবুক্লিংদা হায়রম্মী—

অদুনা ওইরে নংনা রাধাচরণবু তাম্থোকখিবা!

অদুদগী ময়াম পুম্নমক থেংলদুনা কাইনরমলে। নারাণগা রাধাচরণগা মখোই অনিত্থ হনমিন্নরম্মী।—অসুম চৎনা চৎনা নারাণ-না হায়রম্মী—

রাধা বাবু, ঐ লাল্লে। নোংমতং লাকতুনা লাল্লে হায়না হায়জরগে তৌববু তাঙ্গা ইচা চাদে।

করি রানো মেনেজর বাবু? ঐগী ইরাল ঙাক্তনি।

রাধা বাবু, ঐ খংই, মুংশিগী ইচেল থিংবা ঙম্বা জগত্তা পোক্কে। ঐগুম্বা করিসু লৈত্রবা জীবদি লায়রদ্রে'—। থিংবা ঙমদ্রবা ইচেল অসি লৈবা মরম্না মীওইবনা তানবদা রারবা ঈশ্বরগী থুয়া তাম্না চেনশনবা ঙম্লিবনি। অপংবা ঐতনা পংথল খনবনি। রাধা বাবু, নং ঐগী ইনাওগুম্বনি, অদুনা ঐনা পুন্সি-সিদা খংজবা খরা হায়গে। নংনা ঐবু নয়াম্বমক্নি খন্দুনা তাবিয়ু। নংনা হেন্না খংলিবনি, অদুমকপু মহায়গে। মুংশিবগী মৈজাও হৌবক্লবদা মাবু থিংবদি লাইরত্রনা থিংগে চংবা মী পুম্নমক মমাই কাহৎতুনা হল্লিবনি। ঈশিংগা প্রমাণ তৌববসু মুংশিবদি ইচাও অমগুম্বনি। মহাত্মা চেনশল্লক্লবদা কনাগী মতিক লৈ পন শাদুনা খিংনবা! য়ুম-কৈ পুম্নমক পুম-লাক লাক্তুনা থুমহল্লিবনি। মুংশিৎ নোংলৈগা প্রমাণ তৌরবসু

করম্বনো হায়ববু মচু লাকপদা মী পুম্নমক হায়মা হায়মা হায়চুনা লাউনরিবনি। অতিয়াগা চাংদম্নরবস্থু মুংশিবা মাতনা পাকপা চাওবা হেল্লিবনি। চাওরে হায়রিবা পৃথিবী অসিনা কদৌগনি, মুংশিবা মাগী মতমবাক্তা কুন্দুনা লৈবদমক ঙমজে।

ঙাইহাক অমুক লেপ্লম্মী, মুংশাশোর মপী অমমুক হোল্লম্মী। অচুদগী অমুক হায়রম্মী—

মপান নাইদ্রবা মুংশিবা—মীওইবগী লোম্না ফোংদোকপদা ম্বারবা অসিগুম্বা মুংশিবা—অসিগী ইয়াইদ। তাওববা মীবু ঐনা য়েংথিরুবা পংবা উৎপদনি! ঐবু ম্বারৌগনু রাধা বাবু, ঐবু ঙাকপিবা ঙম্মরোইদরা?

করি ম্বানোনে মেনেজর বাবু?

ঐ লাল্লে। ঐবু ঙাকপিম্বু হায়রোই, ঙাকপিবা য়াবা ইরাল নত্তে। ঐগী পাপনা চন্দ্রাদেবীগী মমা শিথিবনি, ঐগী ইপাপনা চন্দ্রাদেবীনা শিরমদাইদা ম্বানা শিথিবনি।

বাবু, ঐ ম্বা অমতা হায়জগে?

হায়ম্বু, রাধা বাবু, করিনো?

মেনেজর বাবুনা খল্লিবা ম্বাখলচু থাদোকপিয়ু। ঐ-ঐগী কর্ম্ম-ফল চাজবনি, কনাগীস্থু দোষ লৈতে।

ম্বাধা নংনা ফজবতগী হায়বনি অচুম্না। ঐগী ইপাপননি। য়েংউ, শ্রীথিয়েটারগী শ্রীদি নখোই অনিনা ওইরম্বনি। নখোইনা চৎথিভৈদগী শ্রী কদাইদনো লোৎখ্রে।

মখোইনিমক তুমিম্না লৈমিম্নরমলে। অচুম চৎনা চৎনা রাধাচরণনা খঞ্জরম্মী—

চন্দ্রাদেবী, ঐগী চন্দ্রা, ঙসি মেনেজর নারাগনা ঐঙোন্দা হায়জরিবসি নংঙোন্দা হায়জরবদি ঐগী থরাই অসি কয়া খুংঙাইগবা। অদুবু ইবেম্মা, নংগী নঙুণবু ঐ ইথত্তুমক তাজ্জৌ হায়না তমখ্রবোইদো! মীওইবগী আত্মা শিদে হায়বদাই! নংগী আত্মাদি তারিনিদো! নংনা নারাগবু ঙাকপিনিংবরা ঙাকপিনিংদবরা? অদুবু ইবেম্মা নংগী ওইন ঐন নারাগবু ঙাকপিরগেকো! মাগী থম্মোইদা নিংঙমদবগী মৈচাক হোরি-বসি মুৎচরসন্নুকো।

অদুদগীমুক নারাগনা হায়রম্মী—

রাধা বাবু, ঐ য়াম্না তোল্লবা ভিক্ষা অমত্তা নিগে। নং পিবিয়ুকো।

করিনো মেনেজর বাবু।

শ্রীথিয়েটার অসি শ্রী লৈতবনা য়েংবা য়াদরে। ঐগী ইচা লৈতে খুপী লৈতে, কনামত্তা লৈজদে। শ্রী ওইরিবা নংগী নথুম্বা শ্রীথিয়েটার পিজরগে। ঐগী খুংশিহৈতবা পুকচেল অসিগী প্রায়শ্চিত্ত ওইজগনু। নংনা মসি লৌবিয়ু, লৌবিবা অদু ঐনা নিজবা ভিক্ষানি, ভিক্ষাসি হাপ্পিয়ু হায়বু করি হায়গে?

করি থানো মেনেজর বাবু, ঐনা মত্তু লৌদুনা লোইবা ঙম্বা পোৎলা। ইতিক-ইগুণ লৈতে থিয়েটার অমগী মপু ওইনবা।

তৌমু রাধা, ঐগী থম্মোইদুংদা চাকলিবা মৈ অসে নংনা কোকহনবিয়ু। চন্দ্রা লৈরম্নবদি নখোয় অনিনা মসিগী মপু ওইদুনা লৈরগদা অমুক হেন্না পেনজগদবনি। অদুবু অপংবা

ঐনা মত্থ ফংবা ওমজদরে। চন্দ্রা মুৎখ্রবস্থ চন্দ্রাগী আত্মা লৈনবা মন্দিরগুম্না শ্রীথিয়েটার অসি লৈশঙ্খ। নং লৌকো।

অসি হায়রগা অঙাংমচাদৌনা হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী। অদুগা অমুক হায়রম্মী—

রাধা বাবু, চন্দ্রা লৈত্রে, শ্রীনা নংগী চন্দ্রানি।

রাধাচরণ অদু করিনো তৌরিসিবো হায়দুনা মফম মরাং থংলমদে। তুমিন্না লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা হায়রিবা অদুনা ওক্লে হায়না রাধাচরণ খুম্নম্মী।

অদুদগী মখোই অনিগী খাইনফম য়ৌরদুনা মহৈ মহৈ মযুম পাংনা চৎনরম্মী।

২৮

ইরাং-শং সঙ্গাবা মুমিৎনি!

সীতাদেবীনা বন্দা চৎপা মতাং অদুনা লৈরাং ওইদুনা ময়ামগা মফমদা লৈনম পিরম্মী!

রাধাচরণ-না শ্রীরামচন্দ্র শাবদি মপা লৈতনা ফরম্মী। শ্রীমতীনা সীতা শাবস্থ মপা লৈরমদে হায়বা য়ারম্মী। মতৌ অস্থুম মখোইনিনা ইরাং-শংগী মখৌ শংলম্মী। শেন য়াম্না তারম্মী। মখোইস্থ মাগী মাগী শেনফং শুনা ফংজরম্মী।

লীলা লোইরদুনা ময়াম হন্নথরবা কালদা শ্রীমতীনা লাক্নুনা রাধাচরণগী নাক্তা লেপ্লম্মী অদুগা হায়রম্মী—

তাদা, তাদগী নপান্না ঐনা ওসি লীলা থোকচবা ওন্বনিদো।

শ্রীমতী, করিনো নংনা ঐবু লাইগুম পংথান্দা থাঙ্গৎপসিবু? ঐনা করি হৈগনি হায়গে।

অসি হায়না হায়না নোক্লম্মী। অদুগা শ্রীমতীনা হায়রম্মী—

তাদা, ঙসিদি ঐখোইগী য়ুম তান্না থিনবিরম্বা তাইদো।

ফৈ, ইবেম্মা।

মখোই অনিনা অম্নুম ঙাংনরিঙৈদা মণিহারনা চংঙক্লুনা মনাক্তা লেপ্লম্মী অদুগা হায়রকই—

ঙসিগী মতৌসিদি তাদা, ঐখোইদি মুংঙাইজবনা লোই-খ্রেদা।

মোমোন মোমোন নোক্লহুনা শ্রীমতীনা খুম্লম্মী—

করিগী ওইরবনো বাবু?

মী পুম্নমক লীলা মুংঙাইখরেদা হায়না হায়নখরে। অসি কনাগী মপাম্নস্থ নত্তেদো! তাদগা অদোমগগী নপাম্ননিদো।

হে ওস্তোকপা, ঐখোইনবু করি হৈজহুনা। তাদগীদি খংদে। ঐদি করিস্থ হৈজংখংজবা নত্তে।

ৱাধাচরণ-না হায়রম্মী—

অদুদি ঐখোই য়ুম হনবা য়ারেদনা? কদোঙৈমুক হনসিগে লীলাসি।

তাদনা খনবিউ। ঐখোইদি ইয়া য়াই। অদুবু ঐনা নিংবদি হংচিৎ অসি তনহন হেক হনবা, অদুনা হেন্না পাম্মী।

অম্নুম্মা মণিহারনা হায়রম্মী। ৱাধাচরণ-না খুম্লম্মী—

ফৈ ঐগীদি বেরা করিমত্তা লৈতে। অদুদি ঐখোই চৎলগে। চৎসি ইবেম্মা থিনবিরম্মু হায়রদি।

অম্নুম্মা মখোই অনি হনমিন্নরক্লম্মী। চৎনা চৎনা শ্রীমতীনা হায়রম্মী—

তাদদি লুক হায়রবরা ?

চাত্রি ইবেম্মা।

কনানা থোংলমগনি ?

ঙসিদি চরা হেল্লগনি ইবেম্মা। মীরোন লৈতবসিদি অম্থমা থরা চা থরা চাদা লেল্লি।

অদুদি ঐখোইদা হাখ্রসিদনা।

নখোইগী চাকতি লোইরম্লগনি। ঐগীম্থু হাপ্লম্লোই।

লোইজরমসমু কদোগে ? তাদনবু হাগে হায়রবদি ঐনমুক থোংবমু ঙাইদনা !

নখোইগী পাজিনা য়ৈগে হায়রকনি।

ঐখোইগী পাজিবু ফত্তবা মীনি হায়গেরা তাদা। করিম্থু তৌরোই, পিজ-পিথক য়াম্না ফবনি।

অদু ওইরমু চারোইদা ঙসিদি। ঐ নোংমা চাগে।

হোয় ঐখোইগীদা চাবদি হেঞ্জাং হাওরোইদা।

অদুম হায়মুনে ইবেম্মা। লাইরবা মচা ঐখোইনা করম্বা হেঞ্জাং অহাওবা চারুগনি। অফংবা অমা চারগা লৈরিবনি।

ঙাইহাক চৎমিম্নরম্মী, মা অমতম্ভু ঙাংনদবমথৈ। অদুদগী শ্রীমতীনা হায়রম্মী—

তাদা মা অমতা হংজগেবা?

হংউ করিদোগে ?

ইনম্মা লৈতবদি কুইত্রি হায়ববু তাদ মাদনবা ভুপী অমা থিবা পাম্মী।

ইবেম্মা, মী পুক্নমক্না অদুম্না হায়রিবনি—ঐ মারনি মারনি হায়না। অদুবু চন্দ্রাদু অমুক হন্না লাকউ য়াররোইনে।

কদাইদগীবুদি য়াদগে। অতৈ অতোপ্পা অমা থিগদবনিদনা।

থরাইসিনদি মাদবু হায়রি। অতৈ অমনা মা শাবদি য়ারোইবো।

করিগীবু য়াদগবনো। তাদনা য়াহনগে হায়রগা লোইরে।

অসি হায়রগা শ্রীমতীদু নোক্লম্মী। অদুগা অমুক হায়রম্মী—

তাদা শকতা কুচুদা ইনম্মক ওইবা ওমক্রবম্মু তাদগী সেবা তৌবদদি ইনম্মগী মতুং ইনবা ওম্বী লৈনিদা।

হোয় লৈরম্বসু য়াই। অদুদা ঐনা করম তৌনা মামল্লি হায়না লৌবা ওমগনি ইবেম্মা?

তাদা ওম্মোক্লা থমোই কনবিখ্রেদা।

ননম্মনা কলহনথিবনি।

ইনম্মনা সেবা তৌবদু কাওদনবা হায়দুনা মতুং শিনবা ওইনা লৈবদি য়ারোইদরা?

নোকমি নোকমি তৌরদুনা রাধাচরণ-না হায়রম্মী—

কনানবু লৈবিরগবনো। ঐনা মাবু চন্দ্রা হায়না কৌক্লবদা মানা মরাইনা শাওদুনা কুম্মৈ ওইগনি।

লৈনে তাদা, লৈনে।

কনানোনে শ্রীমতী নংনা ওাংজ-শারিসিবো?

হায়য়ুবা তাদা?

হায়গে হায়মু হায়য়ুনে।

ননাও তোল্লবী ঐনিনে।

করিনো শ্রীমতী ঐবু অমুক লীলা তোকহনবিরগেরা ?

ইনম্মগীদমক লীলা তোকপদি য়ারগা ঐগীদমক তোকপদি করি তৌই হায়বগে ?

রাধাচরণ করিমত্ত থুম্নমদে। অদুদা শ্রীমতীনা অমুক হায়রম্মী—

তাদা কদৌবিরে তুমিন্না লৈবিরবদি শাওবিরবরা ?

শাওদে শ্রীমতী। ঐ জ্ঞান মমলে।

অশিববুদি মুংশিদবা কাউবা ওমদে। অদুমকপু চিংদুনা লৈবা ঐখোইগীসু থরা মখনবিরুদা। ঐখোই অসিসু তোন্নবীনি খন্দুনা মুংশিবিবা য়াবনিদা।

তুমিন লৈয় শ্রীমতী। ঐ লাংদা থুবা লাকপা নত্তে। নংবু চুম্না থিনবিবা লাকপনি।

থরা শাওরপ তৌনা হায়রম্মী—

নহাক নিপা নৎতবগী তৌবনি। অদু নত্রবদি········

শ্রীমতীসু করি থল্লুরবনো অদুম শাওমিন্নরমলে অদুনা হায়রকই—

তাও, তাদা, মৈনাক্তা ঘী থম্বা শোদোকপনি। তাদনা ওইবরা ঐনা ওইবরা খংদে। অদুবু মুপী ঐখোইবুসু তগুপ তরাইনা খনগদু। ইনম্মা চন্দ্রানা মুপী ওইরবদি ঐসু মুপীনি। মহাক্না মুং পেৎহনবা ওম্লবদি ঐসু ওমবনি। মীনা নোঙৈ হায়বগী মতিক পংচাও চাওথোকহু।

শ্রীমতী হস্তৌ, ঐগী পুন্সিনা লৈরিবমখৈ থুবৈ অমতং কাওবা চন্দ্রাগী রাখলদগী লৈথোকহনবা ওম্মোই।

হঙ্কৌ হায়বা, ঐবু হঙ্কৌ হায়বা। চন্দ্রাদেবীনা নোংলৈ-মুংশিৎকুম কন্না শিংতুনা উজাও-উয়েল ফুকপা ওয়বদি ঐস্থু করিগী ওমদনি ? ঐ হম্বুরোই, নিপা, চাওথোকপা নিপা নংবু ফংদ্রিমখৈ হম্বুররোই।

নংবু মুপী নত্রবরা শ্রীমতী, ইকাইবা মচেৎ অমফাওবা লৈত্রবরা ?

নংদি নিপা নত্রবরা। মুপী অমগী থম্মোইদগী থোরকপা খোলবু তানিংদবা করিগীনো। নংনা চন্দ্রাদেবী মুংশিবদি করি-গীনো. মাগুম্বী মুপী অমবুদি মুংশিবা হৈত্রগা ? থম্মোই অমতদা পুকচেল অনি চেনবা, ওইথোক্কবনি। ইকাই ইকি থাদোকউ ঐনা থাদোকপগুম।

শ্রীমতী, শ্রীমতী, নং মত্তোইনরা ?

মানি।—অসি হায়রগা রাধাচরণগী মখোংদা তুরমমী।

রাধাচরণ খোং থাংবা য়ারমদে। নোংলৈ-নোংথাংনা য়েব-গুম্না লূম্লবা রাথন অমনা থমুং-মামুং পুম্বা পুমশন শিন্না থংনন নম্বখি। মম্লবা অহিং অমুক হেন্ন মমশল্লকখি। তাইহাক্কংগী মমুংদা মিৎয়েং-পাঙ্গল হম্বুরকপগুম তোরমমী। গুরা মম্লবা মমুংদা মাগী থম্মোই লাইয়ুমদা য়েকপগুম লৈরিবা চন্দ্রাদেবীগী শকক্ম তরু-তরুবী তনৌ-তনৌবীদু লেপ্লনা লৈবা নোংথাংগুম্না তরং তরং উরমমী। তাইবংদা মং মংবগুম্না থম্মোইগী মপু ওইরিবী চন্দ্রাদেবীগা রা ঙাংনরকখি। চন্দ্রাদেবীনা মো-মোন মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই—

ইবুঙো, মুংশিখোং-না ওইবা নংগী থম্মোইনি। তাইবং

মীকপ থোরকপী মুপী-মুজাশিংনা মীহৌনরবা মতমদা থরাই পেন্না থকচসন্থ হায়না লোইরিবা মুংশি থোং-নি; কাউরবরা? ইথৌ-লাংলবী মুজা অমা, মুজা ওইবী মাগী ইকাই-ইকি পুম্বা থা-দোকতুনা নথুয়াদা ওম্থোইরিবীদো কাউরবরা? শ্রীমতীগী থম্মোই, ইকংলকপদা নত্তনা ওলাংথাগী য়াক্লবা মৈচাক খাংঙম-দ্রবা থম্মোই মাগীনি। থীব্লগনু, থিকপিরো থুনা নংগী মুংশি লাইজন্থ।

রাধাচরণ কন্না যারমদে। হায়রকই—

করি রানো চন্দ্রা! নবুংগী থম্মোই চাংয়েংগে হায়না নংগী আত্মানা চোংথোরকপরা?

নত্তে, নত্তে। মতুম্না থক থনগনু। গৌজিক চাংয়েংবা তাঞ্জা নত্তে। ঐহাক চাংয়েংগে হায়বা নত্তে। শিব-চংবা মতম পুম্বদা নংগী পেন্নবদা লৈজনিংবী ঐহাক্নি। মীরন্নেন্দা তৌগদবা সেবাদি শুশ্রমদরেদো। অদুনা ইহুৎশিনবী অমা ক্ক্জ-বগী মুংঙাইবদি করিমুক হায়গনি? শ্রীমতী চন্দ্রা ঐগী শায়োন্নি। ইবুংঙো নং ঐ অমতনি। শ্রীমতীগা নংগম্ব অমতনি। করিগী কাউবগে?

করম্না করম্না চন্দ্রা! তৌগনু লোনম্, ইথাকোন্দা ইশাই-গোন্দা নংবু কোনবা ফংদরে। অদুবু নংগী থম্মোই-খোংগী মুংশি-লাইজদি ঐগী থম্মোই-খোংগী ইরন্নি।

চন্দ্রাদেবীগী শকফম থংমাং মাংখি, রাধাচরণ জ্ঞান অমুক হুম্বরকই। মখোং অনিবু চেৎনা কোঞ্জরিবী শ্রীমতী মুজাগী মতৌ নিংশিংলকই। রাথনগী অরেপ্পা লৈরমদে। মরাই লূক-

খয়ন্থুনা ঙাইহাক য়েংই। অদুদগী লুকথরদুনা তপ্প তপ্পা মখুৎ ঙনিনা শ্রীমতীগী মশাগন্দা পায়দুনা কোনখৎপিরম্মী। অদুগা হায়রকই—

শ্রীমতী! ইবেম্মা! ঐ অসে তোল্লবা মীনি। ঐবু নংনা খল্লিবা মওং অদু ঐগী ইরাইবক ফবনি। অদুবু অহল-লমন-ঙরিবী নংনি। থাজ-য়োঙ্কম চানা থাজগে নিংবা অহল-লমন লৈরিদো। পম্থোকোন্দা পোমশাৎননা নহাকপু শাৎহল্লগা লেম্নজগে খল্লিবা মখোইনি। পুক্নিং তাবা মী ঙাইরিবা মখোইনি। মদুগী থোদাং পাংথোক্কে হায়না পেৎনা নোনা নাওয়োকচরকপা অহল-লমনগী ময়াম্থং করি ওইরমগনি হায়বা খনফদবরা?

শ্রীমতী মপী-ইরা শিন্থদুনা লৈরম্মী, রা করিমতা ঙাংজবা থোক্লমদরে। ঙসাইমথৈ মচিন্দা কবোক পোকপমথৈ ঙাংলগী মহাক অদু কপ্পদগী হেন্না করিমতা তৌজবা ঙম্লমদ্রে। লীলা হৈবী রাঙাং থোবী শ্রীমতী মশাগী আততায় তারবদা তুফক তুফাই চনখরে।

অদুগা ঙাইহাক লৈরগা রাধাচরণ-না হায়রকই—

ইবেম্মা শ্রীমতী, মসিদা ফজদরে। অউবা অমনা উরগা করিনো হায়নরগনি। মসি লমজাও-সড়কনি। চৎসি য়ুম হল্লসি। ঙসিনা লোইবা নত্তে, মঙা-তরারক হন্না খন্নবা য়াই।

খোংথাং তপ্পা তপ্পা থাংনরক্লে। শ্রীমতীনা ফীজিনা মপী চত্থম চত্থম তারকপত্থ য়ারম্মী। রা ঙাংনিংই, অদুবু ইকাইবা হায়বা মুপী-মুজাগী মহোশা ওইরবা গুণ অদু হৌজিক্তা মঙোন্দা

তোংলরে ; য়াম্না লূম্না খাংনা খাংনা চৎপনা খোংথাং কম্না হাইগৎপা য়ারমদে।

রাধাচরণমু নিপা খোংথাং থাংলমম্রে। মাম্থু রাখল-মুংছুম অমা কোকথোং নারম্মী। অদুবু অরেপ্পা নাইদনা খোংশাল্লকপনা শ্রীমতীগী মমুম মপান নকশিল্লে।

নকশল্লকপা উবদুদা শ্রীমতীনা নংহৌররোই মতাঙুম থৌ-নাদি রাৎলপ তৌনা খোম্থাংদি পীগী ইরাদা লীশাং নাইনা চেম্থ-রকপগুম নৌরপ নৌরপ তৌরগা হায়রকই—

তাদা, থম্মোইনা পামজবগী হায়রুরদি হায়নিঙঙাই লৈতবনি। অদুবু তাদনদি—

শ্রীমতী, খল্লুখো য়ুমদা হল্লগা! থুদ্রিবৈঙদা মঙারক তরারক খলহৌবনা চুম্মি। মুংশি-লাংদা থুবদি অরাবগী মশক্নি।

তাদা, ঐগীদি লোইরবনি। ঙসিমকপু নতুং ইনগে নিংজ-রম্বনি। লাইবকথিবনা নিংবা থুংদবনি। তাদম্থু নিপানি, মুপী মুজা পাঙ্গল শোনবীনি, নশাইগোন্দা তাংজগে, ইপুন্সগী পাম্বৈ ওইবিমু হায়জরিবসি থুংহনবিদবা তৌবিয়ু।

শ্রীমতীখোইগী কোম্থোং য়োরে। রা ঙাংনবা লেপ্পরে। মমুম-মাঙ্গোন কাদুনা মী হোদোকলে। শ্রীমতী মমুম চংনা চংনা হায়রকই—

তাদা, ঐ লৈহৌরগে, হয়েং অসি অয়ুকতা ঐ লাকচগে, খৌরাং লোইবিরয়ো।

অদুদি ঐ হল্লগে!

অসি হায়রগা রাধাচরণ শ্রীমতীখোইগী কোন থাদোকহুনা

ময়ুম পাংলক্লে। খোংথাং থুবা য়াদে। মখোইনি কায়নরমদাইদা শ্রীমতীনা হায়রকপা র:চুদা খন্দুনা লাক্লম্মী। ময়ুম চংলে মফী মরোল হোংদোকই, ভাব ইতা তাদে, মহৌশাগী ওইবা স্বভাবনা অদুম হোংদোকপনি।

ফমুংদা চংলে, তুম্বা য়াদরে। য়াথন্দা তাওত্তনা লৈরে। শ্রীমতীগী মথুত্তগী করম্না নাম্বোকনি হায়বসিতনা মাগী য়াথম্নি। থল্লকই—

হৌজিক কমদৌবা! অমরোমদা মুপী মুজা অমগী ভিক্ষা, অমরোমদা চন্দ্রাদা তিনথ্রবা থম্মোই। শ্রীমতী মাস্থু অমরোমদা থল্লুরগদি চন্দ্রাগুম্বী মুজানি। মুপীমচা ওইরিবী মহাক্না ইকাই শেন্দোই হাং মুংশি ইচেম্মকম থিরকপা ঐনা লাইনা পম্লিংবা! মুংশিহৈত পুকচেল চেন্দে করম হায়গনি? শক য়েংই র'ব্রেদো, গুণদা য়েংই নোপ্তেদো। শ্রীমতী মাগী মশকপু থী কোবদা হায়নিংদে। অদুবু—

মথা তাবা ওম্মদে। লৌশিং চাওবা নিপানি; রাধাচরণ নিপাদি লৌশিং থেনবা ওইরম্লে। অমুক থল্লকই—

শ্রীমতী মানা পংহায় হায়জবনি। অহল-লমন লৈরি। মানা মনিং পংতম তম্বা গুম্বা নত্তে। অদুদি করি কান্নবা ঐনা য়াথল থন্দুনা?

মীছন হুম্বরম্লে, মথন্তা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরম্লে। অদুবু শ্রীমতীনা 'হয়েং অমুক থৌরাংলম্লো' হায়রকপা রাহুদি অমুক-মুক লোৎলুরগা ঐ লৈরিনে হায়বা মতাগুম রাধাচরন্দা নিংশিং-হল্লম্মী। অদুনা অমুক থন্দবা য়ারমদে। থল্লকই—

কনাগা তান্নরগা থোকনি ? চন্দ্রগাসকা—মা দি ঐগী মীচং চংলোই। মাগী ম্বাথন্না অমনি। অদুদি—

মথা তাবা য়ারমদে, মীহুন পীং পীং চোংবা লেপ্পনদে। মানা য়েংলকপদা লম্বী খুরমৃমী। মুংশি লমদম পাক-চাওই হায়নৈ, মাগীদি অম্তুম অম্তুম খুজল্লকপগুম তোরক্লে। য়েংথ-য়েংখিবদা মম্বা অম্তুম হেল্লক্লে।

অহিংগী তাংলৌ ম্বাইশল্লক্লে। তুম্বদি মিৎনকক্লা অমকাওবা উইশিনবা য়ারমদে। শ্রীমতীগী ম্বাথন খনবরা হায়ববু চন্দ্রাদেবীগী ম্বা অমুক থল্লক্লে। মথোই অনিনা পাল্লম্বা পুন্সি মতেক অদুগী ম্বা নিংশং-নিংশংলগা চন্দ্রাদেবীবু মমাংদা উবগুম তোরমৃমী। হন্দকমুক্তি লম্বেল-লমথাংদা গুসাই উথিবা মায়থোং অদু নৎলম-দরে। মতম্নগা অমম-অঙাল শিম্নরমদাইনি। উচেক-ম্বায়ানা মায়কৈ নিন্না খোংগদবগী মশা-মউ খিংনরকপা মতম্ম। মসিদা মোমোন নোকপা মনোক্লা লৈত্তংলবা, কনাগুম্বা উপায় লৈত্রবা অমদা মুংশিবিবা উৎপা মায়থোং অদু পুরহুনা চন্দ্রাদেবীনা ইঙ্গিত উৎলমৃমী—

লাক্লো চৎসি। অসি নত্তনা শ্রীমতীগী মুংশি-ইরৈ নাম্বোকপা ঙমৃমোই। চেন্নক্লো! ঐগা তুমিন্না—মতম অসিরাইদা—তুমথুন হন্নরিঙৈ অসিদা। থীনকদে, নত্রবদি মীকপ থোক্লরগনি।

রাধাচরণ অমম্বদা লৈরম্বনি, মঙাল ফংলে। উরিবা মঙাল অহুনা পরীং চুন্না মিৎলম শেম্লমৃমী। থরাই মঙা য়াওনা য়েংখিবনা

ফক্লাং কাচিন অমদা কোইরপ তাবা লৈ পরেং অমা থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈবা উরম্মী। লৌরি লৌরি শিৎপা মালংবনা হুমজল্লক্লুনা লৈপরেংচু চন্দ্রাদেবীগী থুৎ য়েনবা হায়জল্লম্মী।

রাধাচরণ-না থল্লকই—

শোয়দ্রে, চন্দ্রাদেবীনা লৈপরেং অসি হুক্লুনা ঐগা অমুক লৈমিন্নরসি হায়রবোই।

হায়রকই—

চন্দ্রা, চন্দ্রা, ইবেম্মা, ঐগী নিংজমল ফংলেদো। নংবু অমুক হন্না ফংবা ভাবেদো। মুংশিবী! করিগী ফংলোই? নং-ঐ— ঐ-নং!!

তাইবং মালং শেবাৎখিবগুম ঙাইহাক পুঙ্গোই লৈরুরে। অউবা মী য়াওরম্লবদি রাধাচরণবু তুমথখরে হায়নরমগনি। মমিৎ পাংজে হায়বদু মঙাই, ঙসাইগী মঙাম্না ওইরিবা মিৎলম অদুগা লৈপরেং অদুগা নত্তনা করিমতা থংলমদ্রে।

নোংঙাদ্রে। মুমিৎ তরং তরং হন্দোক্লে। শ্রীমতী তুম্বা য়ারমদবনা য়াহৌ ঙম্না হৌদুনা মুংশি-চেংলৌ খোংলিরকই। তফিং তফিং খোংথাংলম্মী। রাধাচরণখোইগী কোম্বোং য়োরে। সুমাং থেলোং মীগী মীঙাক্তা পুংঙৌ ঙৌরম্মী। মীহুন পীং পীং চোংই। হুংশাসোর কন্না থিংহুনা ঙাংনরম্বা রা ভারম্মী। মনাকোংদা চংলম্মী—রাধাগীদি থৌরীনা লৈপরেং ওইখরে।

ইকাই-ইকি চেনখরে, শ্রীমতী পোমশাৎনবী নিপা মরায়

অমগী থোনা ফংখরে। অহুবু থম্মোইদি ইংনা তপ্পা পেংলবা নুংশিকোন অহুম মওইরম্মী।

নৈপরেংদা য়াম্লিবা রাধাচরণগী কায়দোংফম ওইরিবা পাম্বেল মাগী মথোংদা নুংশি-লমন শিংনবা পীগী ইরাঁ শিম্বুথি।

লোইরবা।



## শ্রীশীতলজিৎ সিংহনা লেংবা

**উপন্যাস**

১। খাদোকপা ১॥০  ২। ইমা ২৲  ৩। রোহিণী ২৲
৪। লুংশি-রাখৈবা ১৸৵০

**রাস্ত্রী অচা**

১। লৈকোয়ুংবা ১৲  ২। লৈলুংশি ১৲

**শৈরেং**

১। কেতুকী ১৵০  ২। ইখৌলাংবা ১।০  ৩। বাল্মীকি ॥৵০

**অতৈ অতৈ**

১। নরোত্তম লালসা ১৸০  ২। নেতাজী সুভাষ চন্দ্রবসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ ১॥০  ৩। হিন্দি হৈনবা লাইরিক ২॥০

---

## শ্রীযুক্ত মীনকেতন সিংহনা লেংবা

১। মৈতৈ উপন্যাস ২৲  ২। মৈতৈ লাইরোল ১৲
৩। রামায়ণগী রাজী খরা ২৲